# কৎচবা

নপারি নমোম অনিনা
খোমলাং চিঙ্গুপনরিদৈ
নোংমা কানা লায়কম্নহৌদ
অ'ন্নায়বা য়াহিপ তমগ্রবা— পন্থৌ।

হুংঙাইবা শরুক কংথিজ্রবী
পুন্সিগী অরোয়বা মিকুপকাও
মপারি মমোমগী মিংলেন্না
লাইশোল ওইহনা চৎগ্রবী— পলেম।

কৎচরি লৌবিয়ু লৎনদনা
পলেম পন্থৌগী মফমদা
অনিশুবা লৈরাং পয়েং
"থায়নগী লৈরাং" মিংথোন্নব— নচাগী।

ইম্ফাল।
তাং ৮। ৮। ৭০ ইং

নীংঙমহৌত্রবা নচা
নদীয়াচান্দ শর্ম্মা

# ফোংদোকচবা

হৌজিক্কী চাওখৎলবা যুগ অসিদা জাতি অমা চাওখৎকে হায়রবদি মখল মখেলগী লাইরিক মতিক চানা লৈবা হায়বসি চঙত্রবা য়াত্রবা পোৎচঙনি। মী খুদিংমক শকমাল্লদবগুম রাখলস্থু খেন্নৈ অপাম্বস্থু তোঙাল্লি লাইরিকস্থু মশক খল্লি। কনাগুম্বা অমনা ধর্ম্ম, শাস্ত্র নত্রগা বিজ্ঞাননগী লাইরিক পাবদা নুংঙাইবা ফংবা অদু মী খুদিংমক্কা অদুগুম্বা নুংঙাইবা ফংবা ঙমদে। "খাইনগী লৈরাং হায়বা লাইরিক মচা অসিস্থু মখেল অমা ওইনা লাখোকচরি।

"থায়নগী লৈরাং" হায়বা লাইরিক মচা অসি ঐনা পাক্রুবা অমস্থুং ত জরুবা মমাংডগী ভারতকী বারী খরদগী মীতৈলোন্দা ইথোকচবনি। মাসি খাঙ্গেশেংনা ওরিজিনেলদগী চপ মান্ননা অনুবাদ তৌবা নংচদে। লৈরমলিবা মশাগী বারী অমস্থুং ভাবতি কায়হন্দনা ইমালোন্দ বাহৈ বাতা অমস্থুং লৈথেং খরা হাপচিনজৈ। মণিপুরীগুম্বা অদুক হক্কা লাইরিক মশীং য়ামদ্রিং-বশিংগীদমক্তি অতোপ্পা। জাতিশিংগী লোন্দগী অনুবাদ তৌবা হায়বসি য়াম্না মমল য়ামপ্রবা থবকনি। অতৈ অতৈ চাওখৎলবা লোন্দদি মশীং লাকঙমদ্রবা মখল মখেলগী লাইরিক কয়ামুক লৈদ্রে। মখোয়দু অখমবা মী খরা নত্তনা মী অয়াম্বদি অতোপ্পা লোন্দা লাইরিক পাবা অমস্থুং মাহুগী রস চুপ্পা ঙম্নদে। ইমা লোন্দ মখল খুদিংগী লাইরিক লৈরবদি মীশক থান্নদনা পাবগী খুনোংচাবা ফংলগনি খনজল্লনা থাইনগী লৈরাং হায়বা লাইরিক মচা অসি মন্নামগী মকমদা লাখোকচরি।

এন, সি, শর্ম্মা

# হীরম-লামায়

# থায়নগী লৈরাং

## নিংথৌমচা মরিগী ৱারী ।

থায়না মমাংঙৈদা, সদারসহর হায়বা সহর অদুদা মতিক মগুন চাওরবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। নিংথৌ অসিগী পুকচেল খোয়জেগ তপ্পবী, প্রজাবু মচাগুম নিঙবী লৌশিং লৈবী অমসুং ধর্ম্মদা মায় ওনশিনবী মহারাণী অমা লৈরমই।

নোংমা কালেন্থগী ফজরবা অয়ুক অমা মহারাণীনা ওস্তানা য়াহৌরমই। অয়ুক্কী হৈনম লৈনম পুবা নামিবনা খোঙনাও মচুঙদা লিরি-লিরি শিংচিল্লক্লিবা থোঙ মপাদা লেপ্লুনা লৈরমই। নাকল অমরোমদা শাংদোকাগ্রবা দলানগী মচি অমদা শেন্দ্রাং অনিখকনা মচিন মচাশিং অদুনা নাপী শীংনা চীক্কুনা পুখংগ্রগা দলালগী মথক্কী শিলিং ময়া অমদা মচুম শাবা অদু মহারাণীনা হৌবদগী লোইবা ফাওবা য়েংহুনা লৈরমই।

মথংগী মুমিং অদুসু মহাক্না য়েংনিংবা য়াওরদুনা ওরাংগী মফম অদুদা য়েংথোকথিবদা শেন্দ্রাং অমোম অদুনা মরুম মরিখক কোক্লগা কোনবা উরমই! মুমিং থরগী মতুংদা অপিকপা শেন্দ্রাং মচা মরিখক ওল্লক্লমই। শেন্দ্রাং লাবা অদুগা অমোম

অত্থগা মখোয়গী মচাশিংগী চানবা মচিঞ্জাক মখোয়না অনিনা পাল্লি নাইরত্থনা মচীম্না চীক চীক্কুনা ইনবিরমই। নোংমা, মহারাণীনা অস্থুম্না য়েংত্থনা লৈরিবদা কদায়দগীনো খুম্ন খরঙ অমা পাইশিল্লক্কুনা শেন্দাং মমা অত্ত তাপ লাক্কুনা হাইহত্তুনা হাত্তোক্লমই। শেন্দাং লাবনা শাইজিন্দা তোংলত্থনা খাঙঙমগ্রবা খোম্থোক্তা চীক চীক খোংলত্থনা মচাশিংদা অমুক য়েং অশিবা শেন্দাং অমোমদা অমুক য়েংত্থনা লৈরমই। অস্থুম্না মতম খরা লৈরম্লগা শেন্দাং লাবা অত্থ মহুম থাদোক্কুনা পাইখোকখিমরই। অসিগুম্বা তুংঙাইত্রবা ফিভম অত্থ মহারাণী য়েংবা ঙমদ্রত্থনা মহাক্কী কা মন্থুঙদা চঙলমই।

য়েংলরোই হায়রবস্থ হেন্না য়েংনিংবা পোক্লবা খল্লরোই হায়রবস্থু খোইনা খল্লিংবা পোক্লবা মহারাণীনা মথংগী অয়ুক্ক মহৌশাগুম য়েংথোকখিরদা কারি উক্লরবনো? মহাক চপ লেপ্তুনা করিগুম্বা অমগী রাখন্দা উংত্থনা লৈম্লে। মুমিৎ অত্থ মহাক চা থক্কে অত্থগা করিগুম্বা থবক অমত্তদস্থ মপুক্লিং চঙদ্রে। পাও অসি নিংথৌনা তারত্থনা মশা ঙমদবা ওইরমগনি খন্দুনা অমাইবা অমাইবী কৌত্থনা য়েংহনবদা মশাদা করিস্থ অকায়বা ফংলমদে। নিংথৌনা হংবদা মহাক্কা উক্লবা শেন্দাংগী রারী লিরমই।

মহারাণীনা মহাক্কী রারীশিংত্থ লীরবা মতুংদা অকোনবা মুমিত্তা, শেন্দাং লাবনা অতোপ্পা শেন্দাং অমোম অমা পুরক্কুনা লাক্লগ! হায়গী শেন্দাং অমোমগী মচাশিং পূম্নমক থাদগ্রগা অতোপ্পা মহুম অমা শংংলম্বগী রারী নিংথৌদা। মহারাণীনা লীরত্থনা

হায়জরকই। "ইনিংথৌ ইবুংঙো ঐগীস্থ ইচা মুপা মরিথক লৈজরিবসি করিগুম্বা ঐনা শিগ্রগা মখোয়না করম তৌহৌগদগে খনবদা ঐ য়ৗম্না য়ারে।" মাহ্ন তাবদা নিংথৌনা মহারাণীবু কোনশি-বিরহুনা করিস্থ নত্তবা য়াথন্দা পংথল খল্লুবা ফত্তে হায়্রবিরমই। করিগুম্বদা অহুগুম্বা বিধিগী নোংদম লাক্লবস্থ অতোপ্পা মুপী অমা থিরোই হায়নস্থ তাকপিরমই। নিংথৌগী য়াহৈ তাবদা মহারাণীগী চিংনবা কোক্কুনা মুংঙাইতবা পুম্নমক মাঙখিরমই।

বিধিনা মহারাণীগী পুন্সি শাংনা মুংঙাইনু তমখিদবনা মহাক অনা লায়কল্লবমই। হৈর হৈরবা লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবী কয়ানা মহারাণী হিংবগী আশা থাদোক্লমই। মহাক্কী মুংশিজরবা মচা মুপা মরি অমস্থং নিংথৌবু থাদোক্লমহুনা পুনশিগী অরোয়বা য়াহিপ তানখিরমই।

মতমগী মতুং ইন্না মহারাণী লৈখিদবগী অল্লাবা য়াথল নিংথৌনা নোংমা নোংমগী থরা থরা কাওরক্লমই। অহুবু নোংমা ফাদোক মহারাণীনা লৈরম্বা মফম অদ্বাইদা চৎলুরবদি মহৌশাগী য়ারী নিংশিংলক্কুনা তৌগদনা মখৌ পুম্নমক কাওহুনা অরা-য়াথন্দা ঈরাক্লহুনা চপ লেপ্তুনা নিংথৌনা হেক হেক লৈ। অসি-গুম্বা ফিভম অসি উবদগী মন্ত্রি ময়াম তাম্নহুনা মহারাজদা অতোপ্পা রাণী অমা লুহোংনবা হন্নংলমই। অহানবদদি য়ারমদে। মমৈ-থংদা মন্ত্রিশিংনা কন্না তকশিল্লক্লবদা মখোয়না হায়রিবসিনা চুম-গদম্বে হায়বা য়াথল অমা লাক্লহুনা লুহোংবগী য়াকম অহু য়ারে। থুামক মশক মত্তৌ য়াম্না ফজরবী তনৌ তনৌরবী লৈশাবী অমা লুহোংহুনা মহারাণী হাপলে।

হন্দকী মহারাণী অসি হেক লাকপদগী মহাক্কী য়েক্কবা অচৌবা অসি মহারাণী অহন্না পোকলম্বা মচানুপা মরিহুনি। করিগুম্বা মহাক্না মচা নুপা অমা পোক্লবস্তু নিংথৌ ওইবা ফংলরোই, হান্নগী মচা অহন্না শোয়দনা নিংথৌ ওইগ্রগনি অসিগী কল্লক রাথন্না নিংথৌ মচা মরি অহুগী অশোয় অভাম য়েংহুনা নত্ত নত্তবা মরাল থিহুনা নিংথৌদা রাকংলমই।

অহন্না নহা.লৌবা হায়বা অদু চপ চানা হেক থোকলে! নিংথৌ অদু মহারাণী নহাগী ফজবনা পূমস্নম শুমমংগ্রে। মহারাণীগী খুদোনবীদা নিংথৌ মাইকৈ খওদনা উরু উরু লৈগ্রে। মহাকপু নিংথৌনা কা হেন্না পামশিনবা অমস্তং নু.শিবা উরহুনা মহাক্না পাওথোকদৌরিবা থবক অদু মায় পাক্লগনি হায়বা থওজরমই। মহাক্না ঠোক অমা শান্নবা হৌরক্রে। মহৌশাগুম্না নিংথৌনা মহাক্কী কাদা লাকপদা, নুমিদাংরাইরম অমদা মশাগী লৈতেং পূম্নমক লৌথোক্লগা মশম মনা ইকু ফারহুনা মমিত্তা মপি ওর ওর শিন্থরহুনা য়াম্না নুংঙাইতবা মওংদা কপ্পুনা লৈরমই। মরমদি থওদ্রি অহবু নিংথৌ পাথংগ্রে। মহারাণীবু নুংঙাইহন্দবা মীশক অদু অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু হেকতা মহাংলগে থনগ্রে। নিংথৌনা হংবদা মহারাণীনা মহাক্কী মরাইবক্না ফত্তনা তন্নম্বননি হায়শিন্নরমই মমৈথংদা য়াম্না পেল্লবা নুংঙাইতবা মওংদা নিংথৌগী মচানুপা মরিনা মহাকপু ফত্ত ফত্তবা বদনাম কয়া কয়া পীশিনবিরে, শিজখিবনা হেন্না ফরে, নিংথৌনা মহাকপু লৌবিবসি মৈরক্তা হুন্জিনবিবগা মান্নরে। মপামদা চত্তুনা লৈজগ্রগে, মাহুনা শাস্তি ফংলগনি অসিনচিংবা কয়া কয়া হায়রে।

মহারাণীবু মথরাই হুংভাইহন্দবদা নিংথৌ শাওখিবনা মচা হুপা মরিমক অথাপ্পা মীবৈবাক্ত লোই থাবগী য়াথং পীখিরমই। নিংথৌমচা মরিমক মপানা পীবা অমুবা শগোল অমম্বুং ফিজোলশিং শেংলহুনা মপাগী লৈবাক্তগী অমুক অঙনবদা খোঙ শান্দোকলমই। মখোয়না অম্বুম লাকপদা হুনিং তারক্লবদা অতোপ্পা দেশ অমগী লম ফংলমই। চাওরবা, লূরবা ঈশিংনা থল্লবা ফজরবা পাং অমগী মপান্দা মখোয় মরি অহিং লেল্লে। নোংভাল্লবদা মখোয়গী লোই থাবগী ফিজেংশিং হোংদোক্লরে। ময়াম্বা অহন্না মনাওশিংদা, মমা ইবেম্মা মহারাণীনা তাকপিরম্বা পাওতাক অদু মতম পুম্নমক্তা থক কাওবোইদবনি, মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরবু থম্মোইদা চেংনা থমগদবনি অদুগা মীগী কান্নবা মতেং পাংগদবনি হায়রমই। অদুদগী মখোয় মরিমক চহি অমগী মতুংদা মক্কম অ'সদ' অমুক হন্না উনসি হায়নরগা মাগী মাগী শগোল তো থংনহুনা মাইকৈ অমমদা মখোয় অমমম চৎনখিরমই।

## নিংথৌ মচা অহনগী ৱারী

(ক)

নিংথৌমচা অহন্না অরাং পাংনা শগোল তোংহুনা, থম্মোইদা হুংভাইতবা ৱাথলগা লোয়নননা লাক্লমই। লৈখিদ্রবা মমাবু নিংশিংলুবদা মমিত্তা মপি তারমই। মরাইবক থীরবা মনাওশিংগী থল্লুবদা মহাক শ্বর ফুনগৎলমই। মমা অতোনবীগী থৌইনশিন্দগী মপা মহারাজনা মখোয়দা তৌরকলিবহু থল্লুরগা মহাকা থম্মোইদা

মৈ হৌনা শাওরমই। রাখল ময়াম অতুনা পুন্থনা মহাকনা লাক-পদা লম্বীদা, অঙকপা ফংনা রাং চাওরবা অমম্মুং শামুগুম মপাঙ্গল কল্লবা মুপা অমনা, মপোং পিক পিক থম্না হাপ্লবা গাড়ি কুন ( ২০ ) থৌরিনা পরেং শানা পুল্লগা চিংথুনা চৎপা উরমই। মুপা অদুগী শাওং শাদা, মপাঙ্গল, মথৌনা অমম্মুং থৌওং উবদা ওল্লথুনা লেপ্পুনা য়েংলমই। গাড়ি চিংবা মুপা অতুনম্মু নিংথৌ মচাবু মশক খঙলথুনা, গাড়িচিংবা লেপ্লগা তরাম তরাম কৌরথুনা হায়রক্লনই "মচা ইবুংঙো, ঐদি নমা মহারাণীগী লমন তোল্লিবনি। মহাক্না ঐবু য়োকপি থাকপিরকপনি। মাথুগী তৌবিমল খঙবা ওইনা ঐনা ওমজবা থবক অমত্তং নহাক্কী নতেং পাংগে।" হায়রথুনা মহাক্না লৈ অনিথক ফুরিৎখাওদগী শত্তোক্লক্লগা নিংথৌ মচাদা অনা পীরথুনা হায়রকই "ইবুংঙো, লৈ অসি নহাক্কী থরাংইনি, নহাক্না অয়ুক খুদিংগী লৈ অসি অমুক অমুক মনম নম্মু, কনাগুম্বনা লৈ অসি মৈ থাদোক-ত্রিবমৈথ নহাক অমাঙ অতা লৈবহৌইদবানি অতুগা নহাক্না করিগুম্বা অৱা-অনা তারবম্ম ঐনা পাংহৌরিবা লৈ অসিগী মতেংনা খুদক্তা খঙগনি। নতেং পাংলগনি।"

নিংথৌ মচানা লৈ লৌরগা, মহাক্না চৎকদবা লম্বীদা লাক-লমই। মুখিং তাশিল্লক্লবদা মহাক তুরেল মপাল অমদা থুংলমই। মফম অতুগী ফজবা উবদা মহাক তুরেল মপান্দ অহিং অতুমা লেপ্লমই। নোংঙাল্লথুনা চংলগে তৌরকপদা হৎঙাই অমা মঙাল-লোমদা ফন ফন চোংশিল্লকপা অমম্মুং মতুংদা অকিবা ফংনা

চাওরবা মুশিন মুরবা লিঙ্গ অমনা তাম্নরকপা উরমই। শিগদৌরবা হাঙোইগী অরাবা উবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইত্রবদুনা থাঙদা হৈ-শিংলবা নিংথৌ মচানা নাকন্দগী ছুরি থুনা য়াংনা শংলগা লিলগী মডক তম্না শং লংশিনখিরমই। লিলগী মডক তঙ্খায় হেন্না ছুবিনা কক্লহুনা ঈনা ওব রও থোক্লদুনা লৈরম্বদগী নাওথ্রগা চাংমুক চাওরবা অাকিবা ফংলবা হিংচাবা অমা মডক তঙ্খায় অমা তুম্লদুনা ওংও থোংলদুনা লৈপাক্তা থরো থরো ওল্লম্বদগী অদুম শিরে। হিংচাবা অসিনা লিল ওনলগা হঙোই তাম্নরম্বনি হায়বা থওলদুনা হিংচাবগী অাকবা মশা অদু তুরেন্দ পাদরয়্রগা লম্বীদা অম্মুম লাকপদা ইনক নকনা ফজরবা কোনুং অমা উরমই। মহাক মায়কৈ অদোমদা লাক্লমই।

কোম্নুং অদু হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরমই। পুক্লিং হুরবা লৈকোল্ল ইকোয় কোয়শিল্লমই। লৈকোল অদুগী মতুংদা ফজরবা উপাল অমদা নিংথৌ মচানুপী অমনা থৌরি হায়বী শাম্নদুনা লৈবা নিংথৌ মচানুপানা উরমই। মহাক নিংথৌ মচানুপীগী ফজরবা শকফমনা শুমহৎখিদুনা মায়কৈ অদোমদা চঙশিল্লকই। রাজ কন্যানা রাজকুমারদা হায়রকই "লাকপিরিবা ভদ্রলোক নহাকপু কনানো, করি মরমগীনো, মকমসিদা লৈরবদি ফত্রবা হিংচাবা হল্লক্লগা হাংথ্রগনি থুনা হনবিহোরো ?"

কোনুং অসি মহাক্না হাংখিবা হিংচাবা অদুগী কোম্নুংনি হায়বা থওলদুনা রাজকুমার মথৱাই নুংঙাইরমই। রাজকৈন্যা অদু হিংচাবা অদুনা অতোম্না লৈবাক অমদগী ফাদুনা পুনকখিবনি হায়বা

খঙলমই। মখোয় অনি য়াম্না নুংশিনরমই। অমস্তুং গন্ধর্ব বিবাহ তৌরমই। মখোয় অনিমক কোম্নুং মনুংদা নুংঙাইনা লৈমিন্নরম্মী। রাজকৈন্যানা ইমুং মনুংগী থবক ইথ্যাং পুরমই অদুগা রাজকুমারনা শাদানবা চত্তুনা মখোয় অনিগী চানবা পুশিল্লক্লমই। অদুম্না মখোয় অনি য়াম্না নুংঙাইনা অমদু অমনা য়াম্না নুংশিননা লৈমিন্নরমই। নোংমা রাজকৈন্যানা ঈরুজবা চংলমই। ঈরুবা লোইরদুনা শমচেং হাংপদা মহাক্কী স্না মচু মানবা শম থরা শমচেত্তা য়াওরকলমই ; মাদু মহাক্না উনানা দোনা শারগা তুরেনগী তোরৈদা তাওথহনখিরম্মী।

অলাসিসহর হায়বা লৈবাক অদুগী নিংখৌ শাদানবা চংলমই। মহাক্কী শগোল ঈশিং পীথক্কে হায়না তুরেন্দা পুনরকপদা তুরেন মনুঙদা দোনা অমদা হাপ্লগা করিগুম্বা অমা লংব্রেক লংনা তাওথরক্লিবা অদু উরমই। মহাক্না পোং অদু লৌখংলগা য়েংবদা শমনি হায়বা খঙলে। অশুক ফজপ্রবা শম অসি তৌবা মুজা অদু চাংদমনিংঙাই লৈতনা ফজরমগনি খনবদা মহাক অপাম নুংশিপী রাখম্না ঙাওদুনা ময়ুমদা হল্লক্লগা রাখন্দ লুপ্পুনা লৈরে।

নিংথৌনা অরাবা ফিভমদা লৈবা উরদা মী পুগ্নমক চারাং মশা পাম্নরে। মরম হংনবদা স্নাগী শম ফংলুবদগীনি হায়বা খঙনরদুনা শমগী হৌরকফম থিনরমই। হৈগোই শিংথোইরবী নুপী অমা লৈরমই। নিংথৌদগী শম ফংকম খঙলগা মহাক্না সিপাই থরগা লোয়ননা তুরেনগী ঈচেনগী মায়োক্তা হি হোনগংলক্লমই। নুমিৎ থরগী মতুংদা রাজকৈন্যানা ঈরুজরম্বা কোম্নুংগী

হিদেন ফংলদুনা মহাক্না লোয়নরকপা সিপাইশিংবু মফম অদুবাইদা লোম্না লৈহল্লগা মহাক্না কোন্নুং মন্নুংদা চঙলক্লমই। কোন্নুং অদুগী মপুংদি হিংচাবা অমনা ওইরমই, মতম খরগী মমাঙদা শিংখ্রে হায়বা খঙলদুনা মহাক হিংচাবগী মচল মুপানি হায়শিন্নদুনা রাজ কৈন্যাগী মনাংদা মবুং শিখিবগী অরাবা উৎলমই। মুমিদাং-য়াইরম য়োৌবদুনা রাজকুমার লাক্লবদা, মহাক হিংচাবগী মচন মুপানি হায়শিন্নদুনা মশক খঙহল্লমই। রাজকুমারস্ু অয়ুক মুংথিল মহাক্না শাদানবা চংখ্রিডৈদা রাজকৈন্যাগা লৈমিন্ননবা য়াম্না ফরে খন্দুনা হরাও হরাও লৈমিন্নরনই। লৌনম চাঙরবী মুপী অদুনা রাজকৈন্যাবু য়াম্না থাজহল্লমই। মহাক্না রাজকুমারবু য়াম্না মুন্না কুপ্না য়েং শিনবা হৌরকলমই। রাজকুমারনা শাদানবা চংখ্রিডৈদা মহাক্কী লৈ অদুদা হেক হেক মনম নম্বা উরমই। শিংলবী মুপী অদুনা মহাক্কী খুদোংচাবা অমা ফংলদুনা রাজকৈন্যাদা লাং থাকপা হৌরগে খল্লদুনা হায়রক্লমই "ইনেগী ইবেম্মা মুংশিরবী রাজকৈন্যা, ঐদি নঙগীদমক্তা য়াখ্রেদা! করিগুম্বা খুদোংথিবদগী নপুরোইবনা শিবা থোক্লবদি নহাক লুখ্রা ওইরেদকো, হৈস!"

নিংশিংবদা তুচুংলবা ওইথোকপা য়াবা য়াফম অদু খল্লুবদা, শরতকী পুনিমা থাঙগুম নিংথিজরম্বা রাজকৈন্যাগী মায়থোং অদু মকশিনখিরমই। রাজকুমারনা লাক্লবদা "ঐদি নহাক্ল মথৈ খঞ্জরু-দবানি ইনেনা হায়রক্লবদা খঙলিবনি, অদুগুম্বা খুদোংখিবা থোক্লবদি ঐদি মাঙজরেদো" হায়রম্লগা হিক হিক লাওনা কপ্লমই। রাজকুমারনা খুম্লকই "ইবেম্মা মাদুগীদমক করিস্ু য়াক্লগনু। উপু

মনুঙদা ঐনা য়াম্না চেকশিন্না থমলিবা লৈ অসি কনাগুম্বনা মৈদা হেক থাদোক্লি মখৈ ঐ শিরোইদবনি। লৈ অসিদা ঐগী থরাই থমগ্রবনি।" রাজকৈন্যা মপুক্কিং নেমথজরে। নোংঙাল্লে, রাজকুমার মহাক্কী হুমিৎ খুদিংগী থবক শাদানবা চৎপ্রবদা রাজকৈন্যানা মরম পূম্নমক হুপী অহুদা তমথোকলে। খুদোংচাবা থজিক্তুং ফংবদা কা হেক্সিন্না কাবু লৌবদা হৈনরবা হুপী অহুনা, মহাক্না লোম্না থমলিবা পুঙ অহু দরং দরং থীনবদা সিপাহি ময়াম চেনশিল্লক্তুনা রাজকৈন্যাবু শগোল অমদা চেৎনা পুনাশিন্দুনা অলসি সহর তাম্না পুখিরমই। ফক্রবী হুপী অহুনা রাজকুমারগী চেৎনা থমলিবা থরাই-লৈ অহু লৌথোক্লগা মৈ তৌরিবা ফুঙ্গাদা লংশিল্লম্লগা চেনখিরমই। মহাক্না থবক অহু ফিংনা তৌমনখিবনা মৈহুংদা লৈ অহু তাখিদ্রে, মৈনাক্তা তাহুনা লৈহৌরে। রাজকুমার, মহাক্কী থরাই লৈনা অকনবা মৈশা লাংবদা, বন মহুংঙদা মহাক থাঙকম খঙদ্রবা অরাবনা শগোল মথক্তগী ওন্থহুনা লৈমায়দা থরো থরো ওল্লমই।

গাড়ীচিংবা হুপা অহু মহাক্না পায়হৌরিবা লৈ অহুগী মচু ওল্লকপদা রাজকুমার অরাবা তারে খঙলহুনা কোন্মুং তাম্না চেল্লক্লমই। মহাক্না, মৈনাক্তা মৈশা লাংহুনা খুইথরবা লৈ অহু থুনা য়াংনা লৌরগা ঈশিংদা লুপশিল্লমই। লৈ তোকখৎলকপগা লোয়ননা নিংথৌমচাসু মশা তেকখৎলহুনা কোন্মুংলোমদা শগোল তোংলগা শেম্বাং পাইবগুম থৌরকপদা মহৌশাগী গাড়ীচিংবা অকনবা হুপা অহুনা মহাকপু ঙাইহুনা লৈরম্বা থেংনরমই। রাজকুমারন, গাড়ী চিংবনে অমসুং মখোয়গী মরুপ মপাংশিং ময়াম চঙহুনা

কোমুংগী অকোয়বদা কোইথি থিবদা রাজকৈন্যাবু ফংখিত্রে। মখোয়না, শগোল খোঙ্গুল অমসুং মীশিংগী খোঙ্গুল য়াম্না থেংনরমই। রাজকৈন্যাবু কয়দা খোদোক অমা খোকথ্রবনো খনবদা ওক্লমই।

অলাসি সহরগী নিংথৌ, রাজকৈন্যা পুরক্লবদা মুংঙাইনমগ্রহুনা থা অমা চুপনা হরাও কুম্মৈ চৎথনবা য়াথং পীরমই। মীপুম খুদিংমক হন্দক পুরক্লিবা, লাইরমলেনগী শকুমগুম ফজরবা অমসুং মমাগী শম্না লৈতেংলবা রাজকৈন্যাগী মরমদা ঙাংনরমই। রাজকুমারগী কাংবুসু অলাসি সহর য়ৌরক্লবদা মকম অসিদা রাজকৈন্যা লৈরে হায়বা খঙলমই। রাজকৈন্যা ফংনবগীদমক গাড়ীচিংবা মুপা অহুনা মহাক্কী গাড়ী কুন অহু মপোৎ পিক পিক থম্না হাপচিল্লগা থৌরিনা পরেং শানা পুনশিল্লগা সহরগী মকম অমদগী মকম অমদা কোয়চিং চিংহুনা অচৌবা কুম্মৈ অমা হৌরকলে। কোমুংগী মমাওদসু লাক্লমই। সম্রিশিং অহুসু মহাক্কী অঙকপা মপাঙ্গল অমসুং অঙকপা থৌঙং অহু য়েংনিংহুনা খোক্লক্কুনা য়েংলমই। মখোয়না ইঙক ঙকনা য়েংহুনা লৈরিঙৈদা কল্লবা মুপা অসিনা থৌরি কোঙ্গোই অমা হুলক্কুনা মখোয় পুম্নমক অমুক্কদা ক্রক ফাজিনহুনা গাড়ীদা চেৎনা পুনশিন্দুনা থমগ্রে। খোঙশংবা মী লৈত্রবদা তাঞ্জা ফংলহুনা রাজকুমারনা মহাক্কী শগোল অহু রাজকৈন্যানা লৈরিবা মকমদা গ্রুং থৌজিনখিহুনা থুংলৈ থুনা রাজকৈন্যাবু শগোল মথক্তা হাপকৎলগা মুংশিংকী মমাঙ থানা পাইথঙ্গা থৌগ্রে। মখোয় অনি নাম্মোকগ্রে খঙলবদা গাড়ীচিংবা মুপা অহুসু খোঙশঙবশিং অহু তপ তানা ফুরম্লগা মকম অহুদগী থুনা য়াংনা চৎগ্রে।

রাজকুমার, রাজকৈন্যা অমসুং গাড়ীচিংবা মখোয় ফোইদবক হায়গী কোম্বুংদা থুংলরে। অহিংচুমা ফুংঙাইনা লেপিম্বরে। নোংমাজুপদা রাজকুমার, মহাক্কী মনাওশিংগা উরগদবা ভূমিং নিঙ্গিদা মঙাইরে হায়বা খঙলদুনা, রাজকৈন্যাবু গাড়ীচিংবদা য়েংশিনবা শিরজুগা মখোয়না হায়নখিবা মফমদা মনাওশিংবু উননবগীদমক মরোল তোংদুনা থুনা য়াংনা চৎখিরমই।

## অনিঙ্গবা নিংথৌমচাগী বারী

(খ)

অনিঙ্গবা নিংথৌমচানা মথা পাংনা শগোল তোংদুনা, অয়াবা য়াথমা মুংবংনদুনা চৎলমই। ক্রোশ মরি মঙারোম চৎলকলবদা লম্বীদা মফি মরোল মোৎলবা অমসুং ইশে শেগায়বা শেংপা ব্রাহ্মণ অমা থেংনরমই। রাজকুমারনা য়াম্না ব্যবহার তৌনা "ঐঙ্গাবু কদোমদা লেঙবিরিবনো।" হায়না হংলমই। ব্রাহ্মণ থুমকই "ইবুংঙো, ইপা শিরুরগে চৎলিবনি।" রাজকুমার:— "এঃ করি য়াম্না, মরম করিগীনো ?" ব্রাহ্মণ:— ঐগী ইচানুপী তয়েৎ লৈজে, মখোয় পুম্নমক থাজ-য়েঙবা মতম লোইনা ওইরে। অউমপোং অমনিংঙাই লৈতদুনা নুহোংবিবা ওমজে। অদুগা ঐগী ইয়ামা অহল অম রাজ পুরোহিত ওইরম্মি, মহাক হন্দকা লৈখিজেংদা পুরোহিৎকী থিজেং লৈরবদি ঐস্মু তাথলগী মফম ওইহৌবা

য়াবনি অহুবু ফিজেত্তু ফাওবা লৈনবা শেল লৈজখিদ্রে। নিঙবা থুংদবা ময়ামসিনা ঐ লৈবা ওমদ্রে। নোংশা ময়াম লৈরিবা মফমহুদা চংলগা ঐহাক অসে মখোয়গী চরা তমহল্লরগে।"

ব্রাহ্মণগী অৱাবা ৱারী তাবদা রাজকুমার য়াম্না নুংঙাইরমদে। মচান্নুপীশিং লুহোংনবা অমম্তুং রাজপুরোহিত ওইনবা রাজকুমারনা শোয়দনা চোংনগনি, শিবগী থংক্রু, থাদোকপিয়ু হায়রবদা ব্রাহ্মণনা য়ারমদে। রাজকুমারগী রাজাং অহুদা খরদি থাজরমই অদুবু মহাক্না ইচন চম্মা ফিজেত্তুনা অমুকস্তু থাজরমদে। ব্রাহ্মণনা মখোঙনা মথন্তু চংপা নুঙাইরোই খল্লদুনা রাজকুমারস্তু শগোন-দগী কুমথহুনা অমুক চাকচাঙাও অংগাং লম চংমিন্নরক্লবদা অচৌবা চৌঙেল য়োকল্লহুনা নোংশানা ঙংবা তারনই। শিরুংনি লাক্লবা ঐজ্ঞা অহু নোংশানা ঙংবা তাবদা কিখিনা মশা পূম্নমক চেং খৈবগুম নিকাখ্রে, লৈয়েং ফায়খ্রে অমম্তুং মবোল থোকখিদ্রে। ঐজ্ঞা শিবা কিবে। রাজকুমারনা লেপ্পুনা মুম্না তাবদা ঙংবা নত্তে নাহেক্নি খোইনা কোক্রুগনু হায়দুনা। অদুম ওইহুনস্তু ব্রাহ্মণ নোংশাগী মাইথৈরেমদা অমুক চঙশিনবা পামলমদে। মখোয়না লাকখিবা লম্বাদা অমুক হংদোকলগা, কৈরিগুম্বা নোংশানা চোংশিল্লক্লবাদ রাজকুমারদি শগোল তোংবাননা চেংথিগনি অদুগা মহাক্ক চেনবা ঙমদুনা চাখোকাখিগনি হায়না ব্রাহ্মণনা হায়রমই। রাজকুমারনা শগোন্দগী কুমথহুনা, শগোল চুপালি কম্না পায়দুনা ব্রাহ্মণগা চংমিন্নরমই। থঙিজ্ঞং চংলগা নোংশা অমনা উথা অনদা নাক্তেহুনা লৈবা থোনরমই। নোংশাদুগী খুমাঙ অনিহুনা

মথবাক্তা দং দং শুরদুনা ময়াদগী মখোল অমা থোকলমই।

রাজকুমারনা নোংশাগী মনাক্তা য়াম্না চেকশিন্না চঙশিল্লমই। মনাক য়াম্না নকশিল্লরুবদা নোংশাগী খুমাংগী খুবাম অনিমক্তা চাওর চাওরবা ছায় তিংখং অনিথক থুম্না থুম্না য়ৈশিনদুনা লৈবা উরমই। মাদুনা নোংশাগী অরাবা তাহল্লিবনি হায়বা খঙলমই। রাজকুমারনা চঙশিনখিদুনা নোংশাগী খুমাং অনি-মক্কগী তিংখং অনিমক শত্তোকপিরমই। লৈপাক্তা নেৎথদুনা য়েংবদা অনাবা কাওরদুনা নোংশা অদু য়াম্না হরাওরমই। চঙ-শিল্লক্তুনা রাজকুমারগী মখোঙদা মরৈনা শৎ শৎ লেক্লমই। রাজকুমারনা মকোক্তা শৃৎ শৃৎ নানবিরমই। নোংশানা মঙক হাইরদুনা করিগুম্বা খুদম অমা তৌদুনা রাজকুমারবু মাগী মতুং ইল্লকউ হায়বগী মওং তৌরকপা উরদুনা, রাজকুমারনা নোংশাগী মতুং ইল্লা চৎলমই। থরা চৎলগা শুরুং ওইনা তৌবা মফম অমা ফংলমই। মফমদু নোংশাগী মকোল মাল্লি। শুরুংদুগী মচি অমদা, সনা, লুপা অমসুং মণি মুক্তাগী লৈতেং মপৈ অমা লৈরমই। মখোয়শিং অদু নোংশানা চাখিবা মীশিংগী মপোৎ মচৈ ওইগনি হায়না খল্লমই। রাজকুমারনা স্না, লুপা অমসুং লৈতেংশিং অদু ফি অমদা য়োমশিল্লগা ব্রাহ্মণগা অমুক হন্না লাকমিন্নরমই। ব্রাহ্মণগী মচাম্নুপীশিং লুচোংবা অমসুং রাজ-পুরোহিত ওইনবা হোৎনগনি হায়খিবদু ঈশ্বরনা থৌজাল পীবিরে হায়না রাজকুমারনা ব্রাহ্মণদা হায়রমই। অদুগা ঐজ্ঞাদি অহল ওইরবনিনা পোৎ অসি পুবদা রাগনি সহর য়ৌজ্রিবফাও মহাক পুবিপে হায়বদ: ব্রাহ্মণনু য়াম্রমই।

ব্রাহ্মণা, মপাম্বোংদদি রাজকুমারনা পোং পুবা য়ানিংবা উৎলগা মহাকী রাখল্দ য়াম্না য়ানিংলমদে। পোং অহুগী অপাম্বা অম্নুম অম্নুম হেনগৎলক্লে, পুম্নমক মহাকী ওইনিংলমই। করি-গুম্বা হুপা অসিনা মঙোন্দা শরুক খাইরক্লবদি মহাক তোক-চরেদো অসিনচিংবা খল্লুরগা করি উপায় তৌশিগে হায়না খন্দুনা লাকপনা শুমিৎ তাশিল্লক্লবদা কুহা অমগী মনাক্তা থুংলমই। ব্রাহ্মণ অহু য়াম্না চোকথরে চৎপা ঙমদ্রে ঙসিগী অহিংসি মকম অসিদা লেক্লসি হায়হুনা ফমথরকই। রাজকুমারসু য়ারহুনা মখোয় অনিমক মমাই তাথোক্লে, মখোঙ মথুং হামদোক্লে। রাজকুমারনা পুরকপা চানবশিং অহু চামিম্নরগা হিপথনরমই।

রাজকুমারনা পোংয়োম অহু মখোঙ মনাক্তা থম্নগা থুনমক তুমথখিরমই। তুমশিন্নহুনা লৈরিবা ব্রাহ্মণা, ফত্রবা খুজিন-খৌরাং শীনবা লোইখিরমই। মহাক্না তুমিন্না হোৌগংলগা থুংলৈ থুনা রাজকুমারবু শুপকোন কোনশিল্লগা কুহা মনুংদা থাদখিরমই। অহুগা পোংয়োম অহু তাপ লাক্কুনা লৌরগা রাজকুমারগী শগোল তোংহুনা সহর তাম্না খৌখিরমই।

রাজকুমারনা অয়িংবা ঈশিংদা হেক তাখিবগা মিকপ থোক-লমই। মহাক্না ইরোই ইরোইনা মাহুনা য়েংবদা শৃৎ শৃৎ নানবা অকনবা পোংশিংনা ইকোয় কোয়শিনবা খেংনরহুনা কুহাদা তারে থঙলমই। মহাক কাখৎনবগী পাম্বৈ লৈখিত্রে। থোকলগদবা পুম্নমক ঈশ্বরদা শিন্নখোক্লগা ঈশিং থর থর থক্কুনা হুমিৎ হুমি কুহা মনুঙদা লেল্লক্লে।

ইনাক খুল্লবা বনজারা ( লল্লোনবা ) অমনা মহাক্কী মীয়ামগা লোয়ননা লম্বী অতুদা লাক্লমই । হুমিৎ তাশিল্লকলতুনা মখোয় কুহা মপান্দা অহিং লেক্লবা থোরাং তৌরমই। বনজারাগী মী খরনা ঈশিং শোক্লবগীদমক থোরিদা বালটিন অমা পুল্লগা কুহা মনুংদা থাদরমই। রাজকুমার, ঈশ্বরনা উকল পীবিরক্লে খঙতুনা বালটিন অতু তাপ ফারগা মনুঙদা তোংলে। মমলি মমলিবা মতমদা ঈশিংগী মহুত্তা মী অমা য়াওরম্বতুদা কিরতুনা ময়াম চেনগে তৌরমই। রাজকুমারনা, মহাক ভুত নত্তে তাইবং মীনি করিগুম্বা খুদোংথিবা অমদগী কুহা মনুঙদা তাতুনা লৈরল্লিবনি। হায়না লাওরমই। ময়াম ভাব তাম্লরতুনা রাজকুমারবু বনজা-রাগী মনাক্তা পুখিরমই।

বনজারা অতু য়াম্না পুকচেল চাওবা মিনুংশি খঙবা মীশক অমা ওইরমই। মহাক মচা পোকলমদে। রাজকুমারগী মশক মতৌ কজবা য়েংবদা মগুণ লৈবা অমম্নুং নুংশিবা মতৌ উবদা মচা ওইনা য়োকচরগে হায়রমই। রাজকুমারনা মহাক্কী খোকখ্রিবা থোদোক পুম্নমক তল্লমই। বনরাজানা রাজকুমারগী মশা হঙ্গৎত্রিবা ফাওবা মফম অতুদা পন্দুনা লৈখিরমই। চয়োল অমগী মতুঙদা মশা পুক্ষা ফবা উরতুনা বনজারানা শল্লোল অমা পীরগা য়েৎলোমদ লৈরিবা লম্বীদা চৎলু অতুগা ওইরোমদা লৈরিবা লম্বীদা চৎলুরবদি অরাবা ফংগনি। হায়রিবা লম্বী অসিদা চৎ-লূবদি, ইথাপ থাপুনা কোম্নুং অমা থেংনগনি, নিংথৌগী সিপাহি-শিংনা নঙবু ফারগা। নিংথৌগী মমাঙদা পুশিল্লগা খুৎলাত অমত্ত

রাওহন্দনা নোংশাগী মমাঙদা নঙবু থাজিনগনি। করিগুম্বা নোংশাম্বু তেহনবা ঙম্লবদি মচাম্নপী লুহোংহনা পীগনি ঙমহনগবা নোংশাগী চিঙাক ওইবা। অসুম তৌহনা মী চাবা চামা হাংদ্রবনি হায়না বনজারানা রাজকুমারদা তাকপিরমই। অহুদগী মখোয় বিদায় লৌনরমই।

নিংথৌ মচা ওইবগী মরিংক্তেন মথৌনা লৈবনে ইনথংলকপা নহাগা ওইবনে, রাজকুমারনা খুদোংথিবহু থোকনগে খল্লমই। অহুগা ময়াল লৈত্রবা মী কয়া হাংপস্থ মতুংদা হাংহন্নবা হোৎনগে খল্লমই। মরম অহুনা খুদোংথিবা লম্বীদা খুরুপ থানা শগোল খৌরকলে। হায়বগী মতুং ইয়া কোম্নুং অমা থাপ্লা উরমই অহুগা মঙোম্নগা ইথাপ থাপ্তনা শগোল তোংবা খুংগু খুংলাই চপচানা য়াওবা সিপাহি তরা থক লম্বী চৎপা মী ঙাইহনা লৈবা উরমই। রাজকুমার শগোল থোবা লেপ্লগা তেন্দোংদগী তেন অমা শৎলগা লৌরিদা তেন্দা থোংহনা সিপাহিশিং অহু ঙাইহনা মোংশোং অমগী মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈরে। মহাকী থাপা হেক য়ৌরকপদ লাওরমই "কনাগুম্বা অমত্তনা ঐবু কাগে চঙলক্লবদি হ য়াওরবা তেনসিনা নথবাক্তা লেংথাইহনা হাংকনি। ঐহাক, নখোয়গী রাজকন্যাগী মরম পুম্নমক থঙলহনা ইশানা য়ামা কোম্নুংদা চঙগে লাকলিবনি।"

সিপাহিশিং অহু কিবোই থাজবোই তৌহনা কোম্নুং তাম্না লাকমিন্নহনা নিংথৌগী য়ামাঙ য়ৌরে। অহিং অহুবা অতিথি লৈনা লেপ্লা য়ৌরে। নোং ওয়াকপদা মী লিশিং লিশিং তিল্লরে।

নিংথৌ অমম্বং মচানুপীসু থোক্লক্লে। মীয়ামগী মমাঙদা চাওরবা য়োংকী শারং অমদা, মী হেক উবদা চোংশিন্দুনা লাক্কুনা চানবগীদমক মুমিং মঙানি মচিঞ্জাক পীজরবা চাওরবা নোংশা অমা লৈরমই। রাজকুমারবু ময়াম মমাঙদা কৌথোকলমই। মশানা য়ানা লাক্লবা রাজকুমারনা মথুত্তগী খুৎলাই লংথোকপ্রগা মপান্থোম অনিডনা চপথায়দুনা নোংশা হাৎকে হায়না শারং মমুঙদা চঙখিরমই।

রাজকুমারনা শারং মমুঙদা হেক চঙলকপদা নোংশানা অকিবগী শকথম পুথোক্কুনা ভংলব্দগী রাজকুমারদা মুমা য়েংলমই। অদুদগী, অতেবা তুইগুম চঙশিল্লক্কুনা মাগী মথোঙদা মরৈনা শং শং লেক্লরে। নোংশা অদু মুমিং থরগী মমাঙদা রাজকুমারনা তিংথং শত্তোকপিখিবা অদুমক্তি হায়রবা তশেংনা খঙলমই। অদুবু কনানসু খঙদবনিনা খুবাক প্রোক প্রোক থুদুনা রাজকুমারবু থাগৎনরমই। নিংথৌ য়ামনা হরাওরমই। মচানুপীনা খ্বাইদগী ইহেন হেন্না হরাওরমই। রাজকুমারনা নোংশা অদু শারং মমুঙদগী মনা পায়দুনা চিংথোকলক্কুনা নিংথৌগী মমাঙদা লাকলমই। নিংথৌ, কিখিবনা মশা থক থক নিল্লদুনা লাওরমই "নোংশা অদু শারং মমুঙদা অমুক হন্না পুশিনগ্রে। মিংকুপ অমকাওবা থিন্দনা হৌজিকমক ইচানুপী নঙোন্দ লুহোংলগে।" মাদু তাবদা রাজকুমারনা, "কনাবুসু শোকহনগে তৌবা নত্তে, উমংদা মনিং তৌনা লৈজরনবা থাদাকপিরগে তৌজনি" হায়না খুমমই। নোংশা অদু সহরদগী মায়া লাপ্পা উমং অরক্

থাদোকপিখিরমই। থৌদোক অসিদগী রাজকুমারবু মী খুদিংমক্না য়েংনিংলমই অমসুং মাগী মরা তানিগুলমই। চৎলু চৎলুবা মফম খুদিংমক্তা মী খুদিংমক্না তরাম তরাম তৌরমই।

মথংগী নুমিত্তা রাজকুমার অমসুং রাজকন্যা অনি লুহোংনবী-দমক রাজ পুরোহিত কৌশিল্লমই। পুরোহিত অদু রাজকুমারগী মশক হেক উবদা মশা থক থক নিক্তুনা মরোল থোকখিদ্রে। মরমদি রাজকুমারবু কুহাদা হুম্বরম্লগা স্না লুপাগী ময়োম পুন্থনা চেনখিবা ব্রাহ্মণ অদু ওইরমলে। রাজকুমারনা মোমোন নোক্লহুনা হায়রকই "ঐক্তা করি'মত্তা কিবিগনু, ফিভমনা থোক্তবা য়াদহুনা থোকখিবা থৌদোক্নি। ঐদি মাহুগী মরমদা করিসু খন্দে।" রাহৈ অসি তাবদা ঐজ্ঞা অদু হম্বরক্তুনা নিংথিনা বেদ শাস্ত্রগী মতুং ইন্না লুহোংবা লোইখ্রে।

নিংথৌগী মচা নুপা পোক্তবা মরমনা রাজকুমারবু যুবরাজ হাপলে। রাজকুমারনা মফম অদুদা থা কয়ামুক মহাক্কী নুপীগা লৈমিন্নরে। অসুম্না থা কয়া হৌখিহুনা চহি কাগদবা নুমিৎ হুমনিডা ওইরক্লহুনা মহাক্কী নুপীদা করিগুম্বা চত্তনা য়াদবা থবক অমগীদমক চৎলুখিগে হায়রম্লগা ময়াম্বা অমসুং মনাওশিংগা উন্নসি হায়নখিবা মফমদা শগোল তোংহুনা চৎখিরমই।

# অহুমশুবা নিংথৌ মচাগী য়ায়ী

(গ)

অহুমশুবা নিংথৌ মচা ( রাজকুমার ) না শগোল তোংদুনা নোংপোক হায়ম পাংনা, থোকখিবা খোংদোক অমস্তুং মচিন মনাও ময়াম কায়নরকপগী য়াথয়া মুগুক মুংজাবনা চংলমই। মুমিং অহু য়াম্বা শায়মই। মুমিদাংয়াই য়োরক্লবদা ফজরবা উপাল-য়াপম্বা ইকোয় কোয়শিনবা লুয়বা ঈশংনা পিক থম্লবা পাং অমগী মপান্দ থুংলমই। শগোলদগী কুমথদুনা মমাই মমিং তাথোকপা লোইরদুনা শগোল ঈকজবিরিঙৈদা, মোইনা অমনা অকিবা অমস্তুং অয়াবা থোক্লোকতা খোঙবা তারমই। খোঞ্জেল অহু উক্রোং অমগী মমুঙদগী তারমই। মহাক্না থাঙ শক্লোক্তুনা চেনশিনখিবদা তোকপা অমা উক্রোং মমুংদগী কল চোংথোক্তুনা চেনখিরমই। অহুগা শাখিনা শোক্লবা ঈহং-নাইহং শায়বা মোইনা অমা শয় থবেং থবেং হোল্লদুনা লৈরমই। মাহু উবদা মহাক্না য়াম্না থুংঙাইরমদে। মহাক্না মোইনা অহু ঈশিং অয়িংবনা নিংখিনা চামথোকপিদুনা মশা তেকথংহল্লমই। মহাক্না মোইনা অহু য়াম্না কুংশিনা চায়া তোরমই। অহিং অহুমা মোইনাহু মহাকী নাকন্দ থম্লগা তুম্লমই। নোং ঙাল্লতনা মথোয় অনি চামিন থকমিয়রমই।

মকম অহুগী ফজবা, লৈবদা খুদোংচাবা, শগোলগী শক্তিক মরাং কায়না হোবা অমস্তুং চাবদা হাওয় হাওরবা মথল মথেলগী মহৈ মরোং পানবা উরদুনা মতম থয়দং লৈথোকখিগে থম্দুনা লৈরমই। মোইনাহুসু মহাকা লোয়ননা লৈমিয়রমই। মুমিং

খরনিগী মতুঙদা মোইনাগী মশা করক্লবনা পাইজখরো হায়না হৌনগংলমই। অঙকপনি; স্বর্গগী লাইরেম্বী অমা মমাঙদা চপ লেপ্লবনা হায়রকই "থৌজাল হৈবা ইবুংঙো, মোইনাদু ঐনা ওনবনি। নহাক্না ঐগী মপোক অমা পীবিবগীদমক লমন তোনজরবনি।"

লাইরেম্বীনা রাজকুমারদা, পৃথিবীদা লৈনিংবগী মরমদা ৱারী শারমই। মহাক্না মোইনাগী মশক লৌদুনা পাং অসিগী মপান্দ ইত্তরুতনা শায়বা, মহাকপু রাজকুমারনা থেংনবা মুমিত্তা তোকপনা লাক্নুনা শিগদৌরম্বা অশোক জপন অমসুং অরা অনা তারিতৈদা মহাক্কী হায়গী লাইরেম্বীগী শক্তমদা হনজিনবা ওমদবনচিংবগী মরমদা ৱারী শারমই।

রাজকুমার, মহাক্না সুংশিজরবা মোইনানা ওন্নকপা লাইরেম্বী অহবু য়ান্না সুংশিরমই। মরম অদুনা, রাজকুমারনা মথোয় অনি পুনাস লৈপুল ওইনবগীদমক হায়রমই। লাইরেম্বীনা তাইবংমীদা লুহোংবা য়াদে হায়বা খঙলবসু রাজকুমারবু য়ান্না সুংশিরমই। ইন্দ্রগী য়াথং অমত্তং ক লবদি লুহোংবা য়াগনি হায়রবনা লাইরেম্বী অদুনা যোগ শক্তিগী পাঙৈনা রাজকুমারবু তেরা মকোলশুম য়াংহন্দুনা মখুদাং নামা পায়রগা ইন্দ্রগী মনাক তান্না পাইখিরমই। ইন্দ্রগী মনাক য়োরিবদা, মহাকপু শিরুবদগী কনবিবত্তা নত্তনা লুনা চান্না য়োকপি থাকপিরকপনচিংবা অমসুং থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক ইন্দ্রগী মকমদা তন্নমই। মহাক্না রাজকুমারগা লুহোংনবগী য়াথং পিবিয়ু হায়না নিজরমই। ইন্দ্রনা

ঙাইহাক থল্লগা হায়রক্লমই "হন্দক খোকলিবা নহাক্কী খোঁদোক অসিনা ইহান হানবনি। নহাক নশানা য়ান্নবনিনা, লাইগী শক্তি য়াওরবা, নভোম্ব পাল্লিবা মাশা অহু থনম্মু?" মাশা লৌথোক্কুনা থনমলে। লাইগী দোলাই অপাইবা অমনা মথোয় অনিবু হান্নগী পাং মপান্দ খম্বীরম্লে। মথোয় অনি গন্ধর্ব বিবাহ তৌরে। শও মচা অমা শারহুনা মথোয় অনি লৈমিন্নরে। রাজকুমারনা অয়ুক মুংথিল শাদানবা চংহুনা চানবা থিবা চংলি। লাইরেম্বীনা ইমুং মনুংগী থবক ইংথাং লোইরগা পাত্তা কুমথহুনা ঈরোইহুনা হেক হেক শান্নে। নোংমা মহাক্না মুংঙাইনা ঈরোই-রিঙৈদা চাওরবা ঙা অমনা মহাকপু ফারমই। লাইগী শক্তি য়াওরবা মাশা য়াওথিদবদগী মহাক মশাবু খুদোংথিবদগী কঞ্জবা ঙমজখিদ্রে। মমৈথংদা রু হুথিরমই। মহাক্না ভার্ব তারকপা মতমদা ফজরবা কোঙ্গুং অমগী মনুংদা কমুং অমদা হিপ্পুনা লৈরমই অহুগা মশক ফজরবা মুপা অমনা মনাক্তা লেপ্পুনা লৈরমই।

রাজকুমারনা মমুম য়োৌরকপদা মহাক্তা মুপীদি লৈরমদ্রে। থেংলবা মতমসিদা কদায় চংগ্রিবনো থনবদা মহাক মখরাই রারমই। কোটথি থিবদা কংদ্রে। অচিং হৌখ্রে, নোংঙাল্লে। কৌবদা মথোয়েন তারে। মহাক চুম্না লেপ্লা ঙমলক্তে। চংপা ঙম্নক-লহুরা উপাল অমগী মখোঙদা তুহনা লৈরমই।

মুংথিলগী মতম লোইখিহুনা মুমিং তাঁরক্লে। মহাক্না মখে'হদা কমলিবা উপান্বী অহুগী মথক্তা লমখুমু পাইরক্কুনা তেংলরমই।

তাইহাক নৈরগী অমোম্মা দাবদা হংলম্মি "ইন্দক মরক করম করম্না থৌদোক উবিবগে?" দাবনা খুমকই "তারাং ওসি-সি, রাজকুমার অমগীদমক মাম্মা সুংভাইখিত্রে। মহাকী সুংশিজরবা খুপী অহু যাঁহু মালা অমা ফাহনা লৌম্মা পুত্রে।" "অহুদি অমুক কংলরোইত্রা।" হায়না অমোম্মা হংলকই। দাবমা খুমকই "উথোঙ অসিদগী মমাং পাংনা থোংকাপ চামগা ভরেং চংলগা সুঙজাও অমা থেংনগনি। নিংথৌ মচা অহুনা থঙজরবদি, মহাকী মখুং ওইগী খুধি অহু থাঙনা কক্কৎলগা মুঙ অহুদা ঈ তা-হল্লবদি অচৌবা ভা অমা থোক্কনি। তাহুনা মহাকপু যাঁহু মালাগী কোম্মুং তাম্মা থিনবিরমগনি।" উথঙ্গা তাংনরিবা মাকম পুম্নমক রাজকুমারনা লৌইনা তারমই।

নোং হেক ভামবগা, রাজকুমারনা থোংকাপ মপাং খাঁহনা চংশিনগা, হায়খিবগী মতুং ইন্না সুংজাওগী মথক্তা ওইগী খুধি কক্কৎনা ঈ তাহল্লমই। খুদক্তা মহাক্না য়েংথোকখিবদা অচৌবা ভা অমা সুঙজাওগী মনাক্তা লাকলমই। মহাক্না, ভা অহুগী মথক্তা তোংখৎলগা মিৎনা কুমগা মত্তু দা যাঁহু মালানা লৈরিবা মখত্তুগী মপান্দা থম্বীরমই। মহাকপু যাঁহু মালানা উখিদনবা মাম্না চেকশিন্নমই। কোম্মুং অহু শোঙলবা উমংনা ইকোম কোম-শিনবা মরমনা মতোম্দ খুদোং চাবা অমা ওইরমই। মহাক্না কোম্মুং য়োরিমদাইদা, কোম্মুং মহুভদগী মশক থীত্রবা অহল অমা থোক্কলমই। অহল অহুনা কাংশি অমা য়ৈরমই। রাজকুমারদি, মহাক নৈরে হায়রবা থঙলহুনা ফানবগীদমক সিপাহি কৌরিবোই

নিংদুনা পাখংলমই। অদুবু নংলমদ্রে। অচৌবা ঙা অমা লাক্লুনা অহল অদু পাং লাম্থোক্লুনা চংখিরমই। রাজকুমার মরম পুম্নমক থগুখিরমই।

রাজকুমারনা লোল্লা কোম্বুং মন্থুংদা চঙলকপদা মহাকী হূপীনা চাওরবা কল্লরবা অচৌবা কা অমগী মন্নাইদা মোক্তুখিবা অমদা কমন্থুনা হুংঙাইতনা লৈদা উরমই। মহাক্না য়াম্না লাঙ-তক্লনা খোঙনাওগী খোঙবা পায়দুনা চোংশিনখিরমই। মহাকপু উবদা মহাকী হূপীনা হুংঙাইমনগ্রদুনা চেম্বোক্লকপা চেক্তেং কোয়-মই। অধুগী মথুংদা মখোয় অনি করম্না চেনশিগে হায়না খল্লরমই। “ঐবু ফারিবা হূপা অদু মশক য়াম্না থীগ্রবা হন্নবনি। মহাকী যাদুগী পাখৈনা কল্লগ্রবা পাখং অমা ওইনা ঐগী ইনাক্তা লাকই। মকুম অসি যাদুগী কানি। ঐবু মানা বন্দী ওইনা থম্মলিবনি। ঐগী ইশা য়াওদ্রবদা ঐনা করিগুম্বা অমত্তা পাঙ-থোকপা ঙমখিদ্রে, মাশা য়াওদ্রবা উচেকা ঐগা চপ মান্নদ্রে।” ইন্দ্রগী মনাক্তা লৈহৌরবা ঐহাকী মাশাদু লৌখিরকউ নম্রবদি শিব য়াবা খুদোংথীবা ফিভম থোক্লগনি “হায়না লাইরেম্বীনা হায়জরমই। ইন্দ্রদগী করম্না মাশা লৌকগনি” হায়না রাজ-কুমারনা হংলমই। “থানিলগী থাবল করবা অহিংদা স্বর্গগী লাইরেম্বী ময়াম লোলাই ভোংদুনা কুমথরক্লগা ঐখোয়গী মহৌ-শাগী প্যাং অদুদা ঈরোইদুনা শান্নবনি। মখোয়না চনখিবদা লোলাইহুদা রাজকুমারম্ন য়াওগ্রগা, ইন্দ্রদা হায়জদুনা মাশা অদু পুখিরকউ।” হায়না লাইরেম্বীনা রাজকুমারদা মরম তাক্লমই।

যাম্ভবালা চৎথোকপ্রে হায়বা খঙলহনা রাজকুমারনা কাংশি অহু রৈবদা ভাজাও লাক্লমই। ভাজাওগী মথক্তা ভোংহনা মহাক পাংকী অশোম থংবা বাংমদা থম্বীরমই। খানিলগী খাবল করবা অহিংদা মহাক পাংকী মপান্দ হৌবা মোংশোং মরক্তা লোম্ভুনা লৈরমই। করিগুম্বা অমত্তা লাকপা উত্রহনা মহাক নিঙবা কায়রুরে অহুবু ভাইহাক লৈরগা মাশা পানবা দোলাই অমা পাইখরক্নুনা মহাক্তা লোংলিবা মকমদগী পঙলাপ লাপ্তুনা থাররে। লাইরেম্বী ময়াম ঈশিংদা কুমথহনা ঈরোইহনা, ঈশিং চাইথনহনা শাফরিঙৈদা রাজকুমারনা চঙশিনখিহনা দোলাইগী মথাদা পায়হনা লৈপ্রে। ঈরোইবা লোইরহনা লাইরেম্বী ময়াম হনখিবদা রাজকুমারম্বু অহুম বাওখিহনা ইন্দ্রগী মনাক য়ৌপ্রে।

ইন্দ্রগী কোম্নুংদা শোরারেনগী জগোইশাবী ময়াম্না জগোই শারমই। পুঙরৈবম্নু রাম্না শাওগন্নমই। মহাক করিগুম্বা অমদগী শাওগংখিহনা পুঙগা জগোইগা তান চায়দহনা জগোই মুংভাইরমদে। রাজকুমার পুঙ রৈবদা মাপা লৈতনা হৈরমই। মহাক্তা অমুক্তং রৈজগে হায়হনা পুঙ লোরগা রৈরমই। রাজকুমারনা পুঙ অহু অম্বকী মতিক কজনা রৈখিরমই মাহুদি জগোই শাবীশিং অহু মথোয়না হৈজবা মথৈ উৎপা ওয়হনা খাইদগী মুংভাইবা কুম্মৈ অমা ওইরমই। ওসিগী জগোই অসি হায়নিংভাই লৈতনা মুংভাইপ্রে করি মনা পামই হায়না ইন্দ্রনা জগোই শাবীশিংদা হংলমই।

জগোইশাবীশিংনা হায়রমই "মহারাজ ওসিগী জগোই অহুক

ফজত্রিবসি ঐখোয়না নংচদে, পুণ্ড য়ৈবনা ফজনা লৈরকপদগীনি। মনা পুন্নমক পুণ্ড য়ৈবদা পীহিয়ু" ইন্দ্রনা মহাক্কী খুদোপ লৌথোক্লগা রাজকুমারদা হুনজিল্লক্রমই। রাজকুমারনা খুদোপ্তু খুজিল্লগা ইন্দ্রদা বর অমত্তা নিজগে হায়রক্রমই। "পাখং, ঐনা খুদোপ পীবগী অর্থদি নহাক্না নিনিংবা বর নিজবদা শোয়দনা পীরগনি হায়বনি।" হায়না ইন্দ্রনা হায়রমই।

রাজকুমারন মহাক কনানো হায়বা ইন্দ্রগী মফমদা তাকথোক্লমই অদুগা য়োকখিবা অরাবা থোদোক পুন্নমক্কী বারী লীরমই। মরম অদুনা মহাক্কী তুপী লাইরেম্বীগী মাশা পীবিয়ু হায়না নোল্লুক্না হায়জরমই। লাইদি হায়নখিবা শোয়দে। মরম অদুনা ইন্দ্রনা য়াবিরদুনা রাজকুমারদা মাশা অদু পীখিরমই।

রাজকুমার ইথং অদুদা খুমলরে। যাত্রাদা লৈতবা তাঞ্জা লৈরক্লা কোম্মুং মম্মুংবা চঙলক্কুনা মাশা অদু মহাক্কী তুপীদা পীরমই। মাশা হেক ফংবগা লাইরেম্বী, মহাক্কী লাইগী শক্তি পুন্নমক তাক্লমই। মখোয় অনি কোম্মুংদগী মপাল থোক্লক্লমই। খুঙ্গৌদগা, শামুলখশা অমনা মখোয় অনিবু নেংথত্তুনা হাংকে চাইমা মখোয়রোমদা খেক্কুনা খোংহুনা চেনশিল্লক্লমই। লাইরেম্বীনা মপাল নাইত্রবা অকিবা কংনা চাওরবা শাখিরবা লম্মৈ অমা তাক্লমই। লম্মৈ অদুনা শামু লমশাদুবু মায়কৈ তরা মক্তুগী কোরশিল্লক্কুনা পুময়োম য়োমশিল্লগা মখোণ্ডদগী মতোন কাওবা উৎ-তানা চাকথেকলমই।

লইশ্নমা চাকুনা শিখিবা শামু লমশা অমু রাজবালা অমুনি, হৌজিক্তি মহাক শিরে হায়বা মহাকী মুপী লাইরেম্বীনা হায়-রমই। রাজকুমার অমখৈ নৈতনা মুংঙাইরমই। রাজকুমারনা নিংথৌ ওইরে অমসুং মহাকী মুপী লাইরেম্বীনা মহারানি ওইদুনা থাজুরাআগী খোমলংদা মুংঙাইনা পানখিরমই।

হায়নখিবা মতম য়ৌরক্লদুনা মহাকী মুপীদগী বিদায় লৌরগা মকাক্সুং অমসুং মনাওগা উমকম তায়না শগোল তোংদুনা চৎখি-রমই।

## মরিশুবা নিংথৌমচাগী ৱারী

(ঘ)

মরিশুবা নিংথৌমচা (রাজকুমার) না শগোল তোংদুনা লোংচুপ হায়রম পাংনা মথক্তা মুংঙাইতনা, মুমিং মরিনিগী লম চৎলক্লবদা মমক্তা মপান্দ লৈবা ভেট হায়বা সহর অমদা থুং-লমই। লৈবাক অসিগী নিংথৌনা মচা মরু অমত্তা থনমদনা লিঙ্গ্রবদা, শামু রাইশনবা লৈ পরেং হকপা। মুপানা নিংথৌ ওইবা হায়না লোক্লমই।

সহর অদুগী মীপিংনা পরেং পরেং লেপ্পুনা লৈনরমই। অদুগা শামু অমনা মনাতোন্দ: লৈ পরেং অমা কোৎলদুনা কোম্লচং চংলমই। লৌরমলিবা থৌদোক্কুগী মরম ইথগু থগুদনা, কয়িশুবা মুখৈ অমা লাকদৌরিমাল্লে হায়না থম্মুনা রাজকুমারসু মীয়াম্না লেপ্লিবা পরেংদা লেপ্লমই। শামু অদুনা মহাকী মমাঙদা অনিরক

অহুমলক হজংহন্দা চংলম্লগা চঙশিল্লক্কুনা মনাতোন থাজংলক্লপা রাজকুমারগী মঙকশমদা লৈ পরেং হুকখিরমই। মীয়াম পুম্নমক জুংঙাইবগী খোল্লাও লাওনরমই অমস্থুং খুবাক খোক খোক খুনরমই।

হায়গী নিংথৌগী মন্ত্রিশিং মরক্তা লালসিনহা কৌবা মন্ত্রি অমনা, নৌনা খল্লিবা নিংথৌগী মরমদা য়াম্না য়ানিংদে হায়না য়েংলমই। তান চারুবদগী অঙাং অহুবু শামুনা লৈ পরেং হুক-লুবনি, মহাক্না নিংথৌ ওইবা য়ানিংব্রা? অসিনচিংবা কয়া মরামদা হায়রুমা অমুক হন্না নিংথৌ খল্লবা থৌরাংলমই। থাজৈশেংনা হায়রবদা মহাক নিংথৌ ওইনিংলমই। অনিরকশুবদস্তু অতোপ্পা শামু অমনা রাজকুমারদা লৈ পরেং হুকলমই। অহুমকশুবদস্তু ইতোপ তোপ্পা শামু অমনা রাজকুমারদা নিংথৌ ওইবগী লৈপরেং অহুম মহুক্রে। মী পুম্নমক লালসিনহা মন্ত্রিগী মরা লৌবিখিরে। রাজকুমারবু ভেট লৈবাকী নিংথৌনি হায়না অক্লেংপা লৈতনা য়াম্নরুনা হরাও কুমৈ চাওনা তৌদুনা সিংহাসন কাপ্লে।

রাজকুমার, হৌজিক নিংথৌ ওইরে। হায়গী মন্ত্রি মন্দলা মহাকীগ্র মন্ত্রি মন্দল অহুম ওইরমই। লালসিনহাস্তু মন্ত্রি মরামগী মচুঙদা অমনি। লালসিনহগী মথক্তা টদা রাজকুমারবু খুদোংথিবদা থাদগে হায়না শীংদুনা লৈরমই। নোংমা দরবারদা মন্ত্রি মরামগা নিংথৌগা করিগুম্বা অমগী হীরমদা নৈনরম্বদগী লালসিনহনা নিং-থৌদা হায়রমই। "শামুনা লৈ পরেং হুক্কুমা নিংথৌ ওইবা হায়রবসি কারম্নু লৈতবা, তান চাবদগী থোকনা য়াবা খবাক

অদুগা নিংথৌগী থবক্তি হায়নিংঙাই লৈতনা য়াম্না নুঙ্শিবা থৌদানি। নিংথৌনা, নিংথৌ অমনি হায়না থমবিরবদি ককদ্বীপকী রাহং কুন হংবী রাজকুমারীবু লৌবিরকউ। ঙম্লবদি ঐথোয়গী নিংথৌ ওইবিবা য়াজরে।" রাজকুমার, মহাকপু উশিং থৌওইদবগী রা ঙাং তাবদা য়াম্না শাওনিংলমই অদুবু অশাওবা কাথদুনা হায়রকই "ফরে, ঐহাক ককদ্বীপকী রাজকুমারীবু লুহোংদুনা লাক্লগা লৈবাকসিগী নিংথৌ ওইরখিগনি" হায়না চেনবগী শেম শাগ্রে।

রাজকুমারনা মথন্তা হি মচা অমা তোংদুনা ককদ্বীপ তাম্না লাক্লমই। দ্বীপ অদু য়োবদা মুমিং নিনি চঙলমই। ককদ্বীপতা হেক থুংবগা কোনুং তাম্না প্রপ প্রপ লাক্লগা য়ান্দুনা লৈরিবা অচৌবা শরিক্তু খিংলমই। হাম্নরিবা শরিক অদু খিংলবদি রাজকৈন্যাগী রাহং কুন থুমগদবা বর অমা লাক্লে হায়না থঙলমই; ঙমদ্রগনা শগোল শওদা শগোল শেন্দুনা লৈগদবনি।

ইহান হানবা চাংয়েংদি—রাজকৈন্যানা তেনজৈ অহুম কাপলকপদা ফাবা। রাজকুমারদগী রাজকৈন্যানা খোংকাপ য়াংথৈ হন্দোকপ্লগা তেনজৈ অহুম অহুক্কদা কাপশিল্লমই। রাজকুমারনা মথুং য়েং অমসুং ওইনা তেনজৈ অমমম অদুগা মরানা অমা ইরাঙলাইনা তেনজৈ অহুম কাখিরমই। রাজকুমার অইানবা চাংয়েংদা মায় পাক্লে।

অনিশুবা চাংয়েংনা রাজকৈন্যাবু মশা শোকহন্দনা থুংলাই পায়হন্দবা। অদুবু লুরিবদি রাজকন্যা অদু থবাগী মুপী নংলমদে।

থাংদা তাদা অমস্তুং শরিৎ শরাত্ত', মরম অসিদা হৈশিংলবা ফুগা অমদগী করি অমত্তা হম্বরমদে। মরম অসিনা রাজকুমারগী অরুবা থবক ওইরমই। মথোয় অনি থাঙ হাইনরম্বদগী রাজকুমারনা তানজা ফংলদ্রুনা রাজকৈন্যানা পায়রিবা থাঙগী খুৎপায়কমদা থবৎ ককখৎখি। রাজকৈন্যা মশাদা খুৎলাই য়াওদ্রে। অনিশুবা চাংয়েংন্নু রাজকুমার মায় পাক্লে।

খ্বাইদগী লুরিবদি মখংগী লাক্কদৌরিবা রাহংশিংগী পাউথুম-শিংনি। রাজকৈন্যানা হংলকপা রাহং খুদিংমক মরম চারবা যুক্তি প্রমাণগা লোয়ননা য়াম্না থুনা থুনা অচুম্বা পাওথুম পীব-সিনি। নত্রবদি পুনশি চুপ্পা মীনাই ওইবা তাই।

রাজকৈন্যানা অহানবা রাহং হংলক্লমই।

"অমা, হায়ব'সি করিনো?"

"অমা, হায়বদি ঈশ্বরবু খঙনৈ।"

"অনি?"

"লোক অনি। স্বর্গ অমস্তুং মর্ত্ত।"

"অহুম?"

"লোক অহুম, স্বর্গ, মর্ত্ত অমস্তুং মতাল।"

"মরি?"

"বেদ মথল মরি।"

"মঙা?"

"পান্দবপু মঙা হায়না খঙনৈ।"

"তরুক?"

"থাঙ্ক তরুক।"

"তরেৎ ?"

"সমুদ্র ঈরম তরেৎ।"

"নিপাল ?"

"চীংজাও নিপাল ?"

"মাপল ?"

"গ্রহ মাপল।"

"তরা ?"

"মায়কৈ তরা।"

"তরা মাথোই ?"

"মৈ মখল তরা মাথোই ( দেব শাস্ত্রগী মতুংইন্না মৈ মখল তরা মাথোই লৈ। )

"তরা নিথোই ?"

"চহি অমগী খা তরা নিথোই।"

"তরা হুমদোই ?"

"জুন্নারগী তরা হুমদোইশুবা দাও।"

(জুন্নার শান্নবদা মাংলবস্তু তোংলবস্তু তরা হুমদোই শুবদা অওনবা অমা লাকই হায়না থাজনরমই। )

"তরা মরি ?"

"মণি মুক্তাগী মখল তরা মরি।"

"তরা মঙা ?"

"খা অমগী মনুংদা হুমিৎ ১৫/১৫ অনিরক লৈ।

"তরা তরুক হায়বা মশীং অসি করিগীদমক শীংখানখগে ?"

"চহি তরা তরুক শুরক্লবা মুপীদি খাইদগী ফজরবা মীওইনি। মরম অদুনা তরা তরুক হায়বা মশীং অসিবু শীংখানরিবনি।"

"তরা তরেৎ হায়বসি কনা কনাবুনো ?"

"নিংথৌ অমগী সভাদা অঙম অথৌ হায়বদি ফমমাইবা তরা তরেৎ লৈগদবনি। মখোয়না তোঙান তোঙানবা বিষয়দা নিংথিনা থবক পায়থৎতুনা, লৈবাক প্রজাগী চাওথৎনবা অমস্তুং য়াইফনবা নিংথৌগী মতেং পাঙ্গদবনি।"

"তরানিপাল্লা করিবু খঙনৈ ?"

"আয়ুর্বেদগী মতুং ইন্না হিদাক পাম্বী মথল তরা নিপাল লৈ। হিদাকশিং অসিনা মীওইববু অনাবা অমস্তুং শিবদগী কল্লি।"

"তরা মাপল ?"

"লুহোংগদৌরিবা কৈন্যা মচাইবেম্মা রাজকৈন্যাগী চহি তরা মাপল্লি।"

"কুন ?"

"লুহোংগদৌরিবা বর ঐহাকী চহি কুল্লি। ঐখোয় অনি লুহোংবদা য়াম্না পক্লরে মুংঙাই য়াইফবা চাওখৎপা পুন্সি ওইরগনি। লুহোংলসি।"

মখোয় অনিগী রাহং পাউখুম হেক লোইবগা মীয়াম্না পুং শেল যন্ত্র ময়াম য়ৈথৎ থোংগৎলক্লমই। মুন্নিৎতুমকদা কুম্মৈ ফিওং চাওনা তৌদুনা রাজকুমার রাজকৈন্যা লুহোংলমই। রাজকৈন্যাগী রাহং কুন্দ মায়থিল্লুনা মীনাই শিম্মা পীরবা পূন্নমক

রাজকুমারনা থাদোকপিরমই। মখোয় পুম্নমকনা যর পীয়ম্নগা মরুম মরুমদা হন্নবি।

মপুক কয়রবা মতুং লালসিনহানা রাজকুমারবু মীনাই ওই-ররবা য়েংবা লাকপদা, রাজকুমারগী হৈ-শিংবা থৌনা কবা পুম্নমক মথিৎনা উথিরমই। মহাক্না রাজকুমারবু থাগৎ য়াহৈ কয়ানা থাগৎলমই। মথংগী নুমিত্তা ককদ্বীপ থাদোক্লুনা ভেট তায়না হি ভোংলুনা চৎলমই।

মরৌ চাওরবা লালসিনহাগী মকোক্তি পোংথাবা লৈত্তনা রাজকুমারবু মাঙনবা থনবা লেপক্লে। মখোয়না অশুম লাকপনা অহিংগী মতম ওইরক্লমই। রাজকুমার তুমথুল হুন্না তুমথক্লে থঙলহুনা লালসিনহানা লোয়না চঙলক্লুনা রাজকুমারবু থুংলৈ থুনা গুপকোন কোনশিল্লগা সমুদ্রদা শংথখিরমই। রাজকন্যা য়াম্না মিৎশিং নাশিংবী অমস্তুং অথাও কনবী নুপী অমা ওইরমই। ভৌত্রিবা থৌদোক্লু মহাক্না নিংথিনা থওঃহৌরমই। অদুবু খোংহৌ থরা থীনখিবদগী মপুরোইববু কনবা ওমহৌরে। হৌজিক হায়-দোকলুরবদি থুদোং থীবা থোরগনি হায়বা উরহুনা থঙ উদা শাশিন্নরহুনা তুমিন্না লৈরে।

নোংঙাল্লকপদা রাজকুমারবু উত্রবদা ময়াম পুম্নমক য়ানখি। লালসিনহানা খ্বাইদগী হেন্না অরা কোংদোক্লুনা য়াম্না কপখি অমস্তুং ভেংথাখি। মথংগী নুমিত্তা ভেট য়ৌরমই। লালসিনহানা ভেট লৈবাকী সাসন লৌশিন্নমই অদুগা ককদ্বীপকী য়াহং কুন হংবী রাজকন্যাবু মহাক্না অচাবা পাওথুম পীহনা পুরক্লবনি

থুঙনক লুহোংলগনি হায়বা ওয়োকতা অমা চৈথাক অহুম অকোন-লমই। রাজকন্যানা মহাকী দমক্তা অতোপ্পা কোমুং অমা শাগদকনি, মাহ শাবা লোইমদা লুহোংগদবি হায়রমই। মমম অহুবা কোমুং অমা শাবা করা হৌগংলমই। রাজকুমারীনা কোমুং শাবদা থবক ওনবা মীশিংহু হুমিং থুদিংগী য়েংলমই।

রাজকুমারগী থাকপা করম তৌরি তারমদা, মহারাজা ঈথিলা হেক তাবগী মীকপ থোক্লক্তুনা মথরাক হিংমরাকপদমক ঈপাক্তুনা ঈপ্পাক্তরমই। মরাইথক কথনা অচৌবা থবক অমা তাওক্তুনা মাতুগা লোয়ননা হুংশিংনা পুবা মকমদা মাইকৈ-সনাক থবক ঈপাক্তনা তাওহনা চৈরমই। হামঙহনা মহাক মমক্র মতুঙদা লুপশিনদুনা মথরাক থারগে হায়না অনি অহমলক থবমই। অদুবু মহাকী মমা মহারানীনা তাকপিরবা পাওতাকনা মশাবু মশানা হাংচখিদ্রে। অদুমনা, মাকনা শারবা তুংগা মরক্তা করিগুম্বা অমত্তা চাদ-থক্তনা হুমিং হুমনি কোমতাও তাওরম্বা মতুংদা সমক্র থোঙবান অমদা ঈথক্না মহাকপু হনগৎহুম্ন থবী-রমদগী তুম থরমা থেংনহনা মথোরগী ময়ুমদা পুশিন্নদা লাকলক-বিরমই। থাথায় অমগী মতুংদা রাজকুমারগী মশা হনগৎলমই।

ভেটকী নিংথৌ লালসিনহানা ওইরে হায়বা শাও রাজ-কুমারনা তুমশিংদগী তারমই। মহাক তুম অমগী কিজেং লোং-লহনা ভেট তাম্না চংলিবা হিদা মাওরমই। মুশিগুগী মুখিলাং-রাইরমদা ভেত্তা থুংলমই। মথংগী অয়ুক্তা রাজকন্যাগী অনৌবা শাগৎলকলিবা কোমুংগী থবকতুবা মী অমা ওইনা মাওরমই।

রাজকুমারনা পল্লিং পাখাপ চুম্না লৈখাক ওাকপদগী মীপুম খুদিংমক্না মহাকপু মতিক চাবা নিংথৌনি হায়না খাগৎনরমই। অসুম্না লৈরকপনা চহি কারকলহুনা, প্রজা অমসুং মহাকী হুপীদগী মতম খরগীদমক বিদায় লৌহুনা ময়াম্বুংশিং উরবা চৎখিরমই।

## ( পোম্লোই )

হায়নখিবা হুমিং অহুমক্তদা ময়াম্বা অহন নত্তনা মনাও অহমদি অমগা অমগা উম্নহুনা চহিহুগী মতুংদা মখোয় মখোয়না থেংনরকপা অবা হুওাইবা অওক খোঁদোকশিংগী মরমদা রাম্নী রাত্তাই শাম্বরমই।

নোংঙাম্বকপদা মখোয়না অথাম্বদা লাম্মী মপৈ অমা লাকপা উরমই। চিংনরহুনা মখোয় অহুম মশা মশাবু ওাম্রবগীদমক শেম শারমই। অতোপ্পা মাইকৈ অমদগী, রাজকুমার অহুম্না লুচিংবা লাম্মী মপৈ অমগা তিনশিন্নখিরমই।

মকশিন্নরুবদা মখোয়গী মপা ইবুংঙো মহারাজগী বরমন্ত্রি অমসুং সেনাপতিনা লাম্মীশিংগী লুচিংহুনা লাকপা উরমই। বরমন্ত্রি অমসুং সেনাপতি মখোয় অনিনা রাজকুমারশিংগী মনাক মৌরবদা শপোন্দগী কুমথহুনা রাজকুমার অহুম ভমনা চওশিন্নরমই। রাজকুমার অহুমক চিংনবা অমসুং লাওতরুবগা লোম্মনা লেপ্পুনা লৈরিভৈদা মখোয় অনিনা সায়দার সহয়দা থোকলিবা খোঁদোকশিংগী মরমদা রাম্নী লীরমই। মচাইবুংঙো মন্নিন চৎখিবা খা খরগী মতুংদা মহারাণী অতোপ্পীনা মচাহুপা অমা পোকখিরমই।

তুমিং থম্না লৈরগা মহাক্কী মথুং সারদর সহরদা কৌরমই। মথু অহুনা মন্ত্রিশিং অমস্তুং অওব অথৌশিংদা শেনজা থুমজা পীবগীদমক নিংথৌগী মাওনবা লৌতু-শরৌশিন্দুনা অওক অওকপা থবক লৈরগা পায়থৎলকলমই। লৈবাক্তুদা থোকলকইবা ফত্তবা থবক্কী দার্রি পুন্নমক নিংথৌগী মথক্তা হৈথরমই। প্রজা পুন্নমক নিংথৌবু ফত্তবা মীওৎপনি হায়না লাওনরকলমই। ফত্রবা থবক্কী হৌরক-ফম ঐথোয় অনির্তনদি থিংথিনা থওবা মরমনা নিংথৌবু কররবগী দমক লোম্না লাম্মী থরা থোমহুনা পুরকলিবসিগা মচা ইবুংঙো অহন্না পুরক্লিবা লাম্মীগা তিন্নহুনা সারদর সহরদা লান্দকররবদি মহারাজবু অন্নাবদগী শোয়দনা কনবা ঙমগনি হায়না হায়জরমই।

মচিন মনাও মন্নিমক য়াকম অহু য়াম্নরহুনা লান্দানবগী-দমক সারদর সহর ডাম্না চৎপা হৌরক্লমই। মথোয়না লাকপদা লম্বীদা থেংনবা খুঙংশিংগী মীশিংস্থ লাম্মী ওইনা য়াওরমই। অস্নুমনা লাকপনা পাকচাওরবা লাম্মীগী ঈপাক অমা ওইরমই। সারদর সহরদা লৈরমলিবা মী পুন্নমক রাজকুমার মরিগী মাইকৈদা য়াওরমই।

মশীং থীওমত্রবা লাম্মীশিংনা সহর অমস্তুং কোম্নুং পুমকোয় কোয়শিন্নমই। রাজকুমারশিংনা বর মন্ত্রিবু দরবারদা থাজিনক-কহুনা, নিংথৌগী মিংদা ফত্রবা থবক পায়থৎলিনা মীশিংনা নিংথৌদা লান্নে হায়রুহুনা খুরুম্নগা লৈবাক্কী সাসন লাম্নোকউ, নত্রবদি মীহাৎপুংদা পুথোক্তুনা উচুক্তা পুন্নগা ভুথোং খুদিংগী তেৎথৈ অমমম য়ৈশিনগনি হায়না লাওথোকলমই। মীওৎপা

কনানো হায়বা মশানা অহুম হেক্তা তাকথোকচরমই। পাও অহু তাবদা মহারানী অতোনবীগী মবুংহু কিথিবনা মশা পূম্নমক চেং থৈবগুম নিকলমই। হমাং অনম্বা কারমই। হায়রক্লিবা রাজ্যম অহু য়াবা নত্তনা করিশু উপাই লৈতহনা নিংথোদা হাকপিয়ু হায়না থুরুমজরমই। বরমন্ত্রি অমস্থুং সেনাপতি অনিনা লমজিংহনা রাজকুমার মরিমক চঙলকলগা মপা ইবুংঙো মহারাজবু থুরুম-লমই। অদুগা রানী অতোনবীগী মবুং মীওৎপা অহুবুনা অথাম্বা লৈবাক অমদা লোই থাখিরমই।

অহুল ওইরবা নিংথৌনা মচা ইবুংঙো অহনবু অকবা হুমিং থা পুংকম য়েংহনা নিংথৌগী সিংহাসন কাহল্লমই। মহাকনা মহাক্কী হুপী পুরকলগা মহারানী হাপলমই। অহুমগুবা মনাও হুপা অমস্থুং মহাক্কী হুপী মথোয় অনিমক কৌহনা লৈবাক গুরুপগী মতেং পাংহল্লমই। নিয়ম চুম্না লৈবাক গুক্তুনা লৈবাক প্রজা পূম্নমকনা হুংগাইনা মতম কুইনা পানথি। অদুগা মনাও হুপা অনিগুবা অমস্থুং মরিগুবা মথোয় অনিদি হায়না মশা মশাগী লৈবাকশিংগী নিংথৌ অমমম ওইনা পানখিরমই। মথোয় অনিমক চহি অমদা সারদর সহরদা অমুক অনিরক মচিন মনাও শিংগা হেক হেক উনবা লাকলমই। অস্নুম তৌনা মচিন মনাও মরিমক পুকচেল থোয়জেন তিমনা হুংগাইনা পুনশি লেনখি।

# ডালিমকুমার

খাল্লনা মমাংঙৈদা মতিক মগুণ চাওরবা মপাজল মথৌনা লৈরবা নিংথৌ অমা পাল্লমই মহাকী হৃও অমস্তুং গুও হায়না কোবী মহারানি অনি লৈরমই। মখোয় অনিমক মচা অমত্তা পোকলমদে।

নোংমা লখোইবা অমা মহারানি গুওগী মকমদা ভিক্ষা-নিন্না লাকলমই। গুওনা ভিক্ষা হাপ্পবগীদমক চেং খরা পুহনা থোরক্লমই। লমবোইবনা হংলকলমই "ইমা নহাক নচা পোকপ্রা।" গুওনা খুমলকই "বাবাজী, ননাই ঐহাক লাইবক থীবদগী ইচা অমত্তা পোকচদে।" লখোইবনা "ঐদি মচা পোকতবী মুপীনা হাপ্পা ভিক্ষা লৌদে" হায়রগনা লম্বোইবদু মমাই ওন্দুনা খরা চৎলুরগা মপুক্লিংদা মহারানিগীদমক মুংচাইতবা পোক্লহনা অমুক হজিনকলমই। মহাক্না মহাকী বু়লি থাওদগী করিগুম্বা মকুপ খুবাম অমা লৌথোরক্লগা হায়রকই। "মহারানী, ককোই মপাল খরা হেক্লগা মাহুগী মহি নিংথিনা শুমগা ঐনা পীরিবা মকুপ অসিগা লোয়ননা য়োংশিল্লু। শোয়দনা কজরবা নচা মপা অমা পোকনি। অতাং অদু মাচদগী থোইদোক হেন্দোক্লা শক্তমদা, শাবাম্বা, মপাজল্লা, মরোশিংদা অমস্তুং মথৌনা হেংনগনি। মহাকী মমিংদি ডালিমকুমার হায়না থোল্লু। অদুগা অরুবা রাকম অসিমগা হায়রম্লগে মুন্না তাশিল্লু নহাক নাশাদগী হেমা কনাবুম্থ থক্তহল্লগদ্রু, কনক চাওবা তাইবংনি। অতাং অদুগী শোয়দনবা

পুনশি মুংশাংনবা, য়েক মুক্কই চাক্লবা মহাকী মথরাই অহু, স্নাকোয়ুংগী মমাণ্ডদা লৈরিবা পাক-চাওরবা পুম্রি অসিগী মমুণ্ডদা চাওরবা বোল ( ভা মথল অমা ) অমা লৈকনি। "ভাহুগী থম্মোই মমুণ্ডদা উপুমচা অমা লৈবনি, মাহুগী মমুণ্ডদা করুবা য়াম্না লিক্লাং পরেং অমা য়াওরমগনি মাহু মহাকী নচা তুপাগী মথ-রাইনি।" রাহৈশিংসি হায়রম্লগা লম্বোইবা বাবাজিহু চংথিরমই।

থা থরগী মতুংদা মহারানী গুওনা করুবা মচানুপা অমা পোক্লে। নিংথৌনা অত্তাং অহু মশক উক্রবদা মগাক পুমণ্ডম গুমহৎপ্রে, পুমপেন পেনথ্রে। মুংভাইবগী ভংথে লৌথপ্রে। অত্তম অথৌ অমম্বুং লৈবাক প্রজা পুম্নমক হায়নিংভাই লৈতবা ইমাগু-নরমই। বেদ বিধি কায়দমা মচা ইবুংঙোগী ষষ্ঠী পূজা চাওমা শোন্নে।

নোংমা নোংমা হৌথিবগা চহি কুমথা ওন্নে। মচা ইবুংঙো ডালিমকুমারনু থিংথিরবা তুপামচা অমা ওইরকলে অত্তাং অমা ওইনা মহাক্লা থাউদগী হৈনা পান্বা মশাগ্নসি থুম্ব-শিংগা তাম্নহুনা শাম্নবনা মহেক্লে। নোংমদি, মহাকা শামরিবা থুম্ন অমা লোম্নবী মমা হুওগী কা মমুণ্ডদা পাইশিনথিরমই। পাইশিনথিবা থুম্ন অহু হুওমা পীথোক্লমই। অহুগী মতুংদা অমুকম্ন পাইশিনথিরমই। অনিত্তবা পাইশিনবা থুম্ন অহু হুওনা য়াম্না পীথোক্লিণ্ডদনা পীথোক্লকই। মহারানী হুওনা ডালিম-কুমারবু য়াম্না কম্নক য়েংথিরমই। ডালিমগী মশক মতৌ করুবা, নোয় নোয় লাওবা, ভৌয়োক ভৌবা কুচু, মী পুম্নমকী পেম্নকম

ওইবা অদু উরগা হুওনা তুকচবা মিয়েংনা য়েংলমই অমসুং মমিৎ নারমই। মরমদি ডালিম কুমার হেক পোকপদগী লিং-থোনা মহাকপু নোংমা নোংমগী থৌওইবিরক্লে। হন্দক মরক্তি হমা ফাওবা য়েংখিখিদ্রে। ডালিম কুমারনা পোকখিবগী মরমদা হুওনা তাখি মহুদি মহাক্কী লোম্নবী রানীনা কনাগুম্বা বাবাক্কী অমদগী অওকপা হিদাক অমা ফংহৌবদগী গুওনা মচা মুপা অসি পোকখিবনি। অদুগা অঙাং অসিগী মথৱাইশু করিগুম্বা পোৎশক অমদা লোৎতুনা থমলি। অঙাং অসিগী মথৱাই থম্লিবা অরোনবা পোৎশক অদু মহাক্না খঙদোকপা য়াম্না পাম্লমই। মহৌশাগুম্না ডাল্লিম কুমারনা মহাক্কী খুমুগা লোয়ননা শাম্নমুবদগী খুমু অমা মহারাণী হুওগী কা মনুংদা পাইশিনখিরমই। তাঙ্গা ফংলে খন্দুনা মহাক্না খুমু অদু পাথোক্লক্লে। ডালিম্না খুমু পীযু হায়না চঙলুবদা হায়রক্ই। "ডালিম নঙোন্না রা অমা হায়গে মদু য়ারবদি খুমু অসি প্নীগনি য়াত্রবদি পীররোই।"

ডালিম—"করিনো ইমা, ঐ শোয়দনা য়াগে।"

হুও—"ইমাগী ইবুঙো করিসু লৈতবা থবকনিদা।"

ডাঃ—অদুদি হায়রোদনা।

হুঃ—ঐনা খঙনিংবদি নহাক্কী নথৱাই কদাইদা লৈ হায়বা অদুদনিদা।

ডাঃ—হৈমা। ঐগী থৱাইবো? ঐগী থৱাইবু ঐঙোন্দা লৈতদনা কদায়দা লৈরুনি।

হুও—নত্তে নত্তে, ইবুংঙো! মসিগী মরম নওনা খঙলোই।

লম্বোইবা অমনা নওগী নমাদা নহাক্কী থরাইছু করিগুম্বা পোৎশক অমদা থনমগে হায়খিবনি। মহু ঐ য়াম্না খঙনিংই।

ডাঃ—ঐদি মসিগুম্বসি অমুক্তা তাখিজিনা।

চুঃ—অহুদি, নমাদা নহাক্কী থরাই কদায়দা থমলিবগে হংলুরো অহুগা মহাক্না হায়রকপা অহু ঐঙোন্দা অমুক তাক-থোক্কে হায়রবদি খুমু পীগনি নত্রবদি পীররোই।

ডাঃ--করে, ইমাদা ঐগী থরাই থমকম হংলুগে। মহাক্না হায়রকপা অহু নঙোন্দা তমথোকে। খুমু পীরো।

চুঃ—ডালিম, নংনা হংলুগদৌরিবা য়াহু ঐনা ইনশিল্লকপা নত্তে হায়না য়াশকউ।

ডাঃ—সত্যা হায়দোকলোই। ঐ খঙনিঙহুনা হংবনি হায়শিন্নগে।

মহারাণী চুওনা ডালিমদা খুমু পীরে। অঙাংগী হৌনশা, মহাক্না পাম্লিবা পোৎ অহু কংখিবগা চুওনা হায়খিবা পুন্নমক কাওথোকখিহুনা শান্নবদা মথরাই লুপত্রে। মথংগী চুনিংতা খুমু অমা লোৱবী মমাগী কাদা পাইশিনখিরমই। ডালিমনা খুমু পীয়ু হায়না চঙখিবদা "ঐনা ওরাং হংখিবহু হায়ররো" হায়না চুওনা হায়রকই। ওস্লিমক হংলুগে খুমু পীয়ু হায়রমই। খুমু পীরবা মতুংদা ওাইহাক শান্নমলগা মমা চুওগী মনাক্তা চৎখিহুনা হংলকই। "ইমা, ঐগী থরাই কদায়দা থম্বগে হায়বা ঐঙোন্দা অমক্তা তাকথোকপিয়ুবা ?" চুও থংপ্রেক থংই। শান্ন লাওই। মচায়দা মুন্না য়েংলগা হায়রকই" ইবুংঙো ন্মনা ওাংলিবা

অহুবু করিনো ?" ডালিমনা খুম্নকই "কনাগুম্বা লম্নোইবা বাবাজি অমনা ঐগী থবাই অসি করিগুম্বা পোৎ অমদা থনএগে হায়না ইমা নওোন্দা ছ-য়রমই হায়বা মীনা ডাংনবা ঐনা তায়, করিদনো ঐগী থবাই থনম্লিবা পোৎ অহু।" "অহুগুম্বা রা- ঐভোন্দা থক হংলকনু, ঐগী ইশা অসি মচেৎ মচেৎ থোকনা ককথৎলবা কাওবদনু হায়দোক্লরোইদবা রাকমনি।" হায়না গুওনা হায়রকই। "অহু ওইরবদি, ঐ চাকনু চাররোই ঈশিংনু থক্ল- রোই, ঐনা হংলিবা পোৎশক অহু হায়দোকপিগ্রবদি।" অমত্তা ভায়জরবা মচান্নুপানা অসুমনা তকশিল্লকপদা মহারাণী গুওনা করম্বা ঈশ্বরগী নোংদমনা অহুক চেকশিন্না লোন্না থমগ্রবা রাকম অহু মচাদা হায়দোকগ্রে। মথংগী নুমিত্তা ডালিমগী খুহু অমা হুওগী কাদা পাইশিনখিহুনা মহু লোথোকপা চংলুবদা, থোং- নৌরবা নিংখিবা রাহৈ কয়ানা হুওনা ডালিমদা অরোনবা রাকম অহু হংলমই। ডালিমনু নিংঙাইবা লৈতনা অরোনবা রাকম অহু মথংশিংনা হায়দোকখিরমই।

মহারাণী হুওনা মহাকী য়েক্লবগী মথরাই লৈকম হেক থঙ- খিবগা মতম মাওহনবা লৈখিগ্রে। মহাকী কত্রবা খুজিন থৌরাংশিং পাওথোক্লবগীমক মহাক নারে হায়শিন্নরে। নিংথৌনা লৈবাকী অকাওবা মাইবা কৌথহুনা য়েংহল্লে। ওম্নোকপা চীরোনগী শেনজাবা মাইবা ওইরম্লে। হুওনা শেল পীজহুনা অওকপা লায়- নাগী অওকপা হিদাক থাবা ডাল্লে। মা কোজুংগী মমাওদা লৈরিবা অচৌবা পুম্রিসিগী মনুংদা লৈবা ভাজাওগী মবুক

মমুত্তদগী করিগুম্বা পোৎ অমা ফংগনি, মথু মশুনা মহারাণী ছিংবগী আশা থাদোকপীদু হায়না মাইবনা নিংথৌদা হঙ্ংখ্রে। নিংথৌনা ত্তা কানবগী য়াথং পিখ্রে। হুম কৌহুনা ত্তাজাও কানবগীদমক ঈল হেক লংবদা ত্তা অহু কারে। মতম অহুমক্তদা ডালিমকুমারসু পুক্ষি মপাল অহুদগী পংলাপ লাপ্তনা মমায়বশিংগা শাল্লহনা লৈরমই। ত্তা অহুগী মশাদা ঈলনা হেক থেংবদা ডালিমকুমারগী মশা অহু থাই লাওহনা মশা থক থক লিক্লমই। ত্তা অহুনা ঈল মমুত্তদা চত্তবগা ডালিমগী জ্ঞান মাত্তলক্লে। ত্তা অহু কংকাদ্দা চিংথংলকপদা ডালিম লৈমাইথক্তা দম হেক তুই। শিরমদাইগুম্বা ক্লিভর ফংচিল্লক্লে। মরাম চত্তহুনা মচাকপু মমাগী মনাক্তদা পুশিনখ্রে। নিংথৌদসু মহাক্কী মমত্তা ত্তাইজরবা মচাহুপা নারে হায়বগী পাও হন্থংখ্রে। অঙোমদনা মাইবনা ত্তা অহু মহারাণী হুওগী কাদা পুশিল্লগা শিনবা অচৌবা চৈ অমনা হম্বা হম্বা ফুরকপদা ডালিম লৈমাইথক্তা ডনুথোইনা থাত্তলক্লে। ত্তাগী থম্মোই মমুত্তা ম্লাওরম্ব উপু মচাগী মমুংদগী মলগী চিক্লাং পরেং অহু হন্দ্রা মন্তকপ্লমদা হেক শিচিনবগা ডালিমকুমার মথল্লাই থারে।

ডালিমকুমার শিরে হায়বা পাও তাবদা নিংথৌ হায়নিংঙাই লৈক্তনা রাখ্রে। মহারাণী হুওগী অনারা করে হায়বগী পাও তারবসু নিংথৌনা হুংঙাইবা কংখদে। নিংথৌ, হন্দক মচা শিবদা অমুম্বা মতিক রাখ্রে, মধুদি মহাক্কী কম্লাইবশিংনা মহাকপু তাওবা নত্তগা শিবা থোক্লরনি হায়না খৈ। নিংথৌনা মহাক্কী

মচাগী অশিবা মশাহু মৈশু থারোই লৈপাকক্তম্মু ফুমলোই হায়খ্রে। অদুক থুনা শিবা মশি অদুদা মহাক্কী মচা শিরে হায়বা মহাক থাজখিদ্রে।

সহরগা খুনশিংগা তাইনবা মকম অমা লৈ। মকম অসি ফজরবা অমসুং চাওরবা হৈকোল-লৈকোল্লি। হৈকোন লৈকোন-শিংগী মরক্তা নিংথিরবা চাওরবা দলাল অমা লৈ। হায়রিবা দলাল অসিগী মতুংদা, নিংথৌ মচা অমনা চাগদবা অহাও-অথুম মখল মথেলগী সন্দেশ ময়ামগা লোইননা ডালিম কুমারগী অশিবা মশা থমগদবনি। য়ুম অসি অহিং মুংথিল চুপ্পা অকনবা শো লোন্দুনা থমগদবনি। অদুগা ডালিম কুমারগা খ্বাইদগী চান্নরবা বর মন্ত্রিগী মচানুপানা শোজৈ পায়বা, মহাক্না য়ুম মনুংদা নোংমদা অমুক অমুক চঙবা য়াবগী নিংথৌনা স্না য়াথং পীখিরমই।

অয়ুক মুংথিলগী মুমিৎকুম মুমিদাংগী থাজগুম পেনবা নাই-দনা য়েংজদুনা লৈরম্বা অমওা পোকচবা মপারি ডালিমকুমারনা লৈখিত্রবদা মহারাণী শুওনা য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা হৈনিংবা অমত্তা পোকখিদ্রে। লমবোইবীগুম মহাক্কী চীকলবা কাদা মথম্রতা পুনশি লেপ্লক্লে। নিংথৌনা মহারাণী দুওগা লোয়ননদুনতা লৈখ্রে। মহারাণী দুওনা লিক পরেং অদু অয়ুক মুংথিল শিম্নরগা মুমিদাংদা হেক হেক লৌথোক্তুনা থমই। অয়ুক মুংথিন্দা লিক অদুনা দুওগী মঙকশমদা শিদুনা লৈরিবমখৈ ডালিম শিদুনা লৈ অদুগা মুমিদাংদা লিক অদু হেক লৌথোকপগা ডালিন হিংগত্তুনা, মহাক্কীদমক্তা থনমলিবা চান থরুবা পোৎশিং অদুগী মরক্তগী

চানিং চানিংবা লৌতুনা চায়। মহাক্না য়ুমগী মপান্দ থোক্লু়না লৈকোনগী অকোয়বদা হঙ্গং হন্দা চংলি। অমসুং মহাককী লাইবক্তা বিধিনা তমলকলিবা অঙকপা থৌদোক্কী মরমদা হয় হয় থল্লমই।

বর মন্ত্রিগী মচা, ডালিমকুমারগী মরুপনা মহাকলু অয়ুক ফুংখিলগী মতমদা মুমিং খুদিংগী অমুক অমুক য়েংবা লাকলমই। ডালিমগী অশিবা মশা অতু মহাক্না হেক শিবা মুমিত্তা উথিবা অতুগুম মুমিং অমুক কুইরবা ফাওবদসু তগং তগং তেক্না অতুম মরৈরি। মহাক্কী ঙকপদা থেংগ্রে। অতুগী মথক্তা মহাক্না থনম্বা অচা-অথকনচিংবসু খুংকম কায়না লৈবা থেংনরমই। করম মওং মতৌনো হায়বা পাল্লপকম খঙদ্রতুনা অহিংদসু য়েংলগে হায়না লেপ্লে। মহাকনা ভুবদনা য়েংবা অহানবা অহিংতুমক্তদা অশিবা ডালিমনা হৌগত্তুনা ইমুং মমুঙদগী মপান থোক্লক্তুনা লৈকোনগী অকোরবদা কোয়চং চংপা উবদা মহাক্কী ঙকপা ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মহাক মথক্ত থনজ্জে "উম, মসিদি শোয়দ্রে। হিয়াং অথোবা ওল্লেদনা। মহাক্না খাঙেনকমদা লৈরিঙৈদা লমহৌদোংনা শোয়দনা কাল্লমগনি। ডালিমবু মখোঙ লৈপাক তাবরা তাদত্রা মুম্না য়েংলমই কৈ, ঐ লৈবাক্কী বর মন্ত্রিগী মচাঙুপানিদনা, শিরগা শি চঙলগা চঙ চিংনরিবা পোক্তি খঙদনা তোকপা য়াদে" হায়বা থৌনা অমা লাক্লু়না ডালিমগী মনাক্তা চঙশিল্লকপদা তশেং তশেংনা মচা ইবুংঙো ডালিম কুমারনি হায়বা খঙলে। ডালিমনা মরুপ্তা থোকখ্রিবা অরোনবা থৌদোকশিংতুগী মরমদা

য়ারী লীরে। অয়ুক য়ুংখিন্দা লিক অহুনা হুওগী মওক্তা শিরিবমখৈ ডালিম শিহুনা লৈ অহুগা লিক অহুনা য়ুমিদাংদা লৌথোক্কনা খম্বগা ডালিম হিংগৎলি। মহাক্কী পুনশি অসি লিক অহুতনা শান্নরিবনি হায়বা নিংথিনা খওলে। মথোয় অনি চুঙশিন্নহুনা করম্বা পাম্বৈনা মহারাণী হুওদগী লিক লৌশিগে খন্নরমই অহুবু পাঙথোকপা ইওম ঙমদনা, ডালিম, নোং ঙাক্লে শিরে, য়ুমিৎ তারে হিংলে অসুম তৌহুনা অহিং কোঙ্গাই হৌখ্রে।

বিধিগী অঙকপা নোংদমদগী মচাইবুংঙো ডালিমকুমার চহি কুমজা কয়ামুক অসুম্না কনানসু খঙদ উদনা লৈখ্রে।

ডালিমকুমারনা পোকলবা চহি অমাগী মতুংদা বিধাতা পুরুষকী মচন মুপীনা মচা মুপী অমা পোক্লমই। অঙাং অহুগী ষষ্ঠী পূজা য়ুমিত্তা মবুংগী মফমদা মচন্না মচাগী মরাইবক্তা করি ইবিরিবগে হায়না হংজখি। মবুংনা খুমখি “নহাক্কী নচা মুপী অসি অশিবা বর অমদা লুহোংগনি।” বিধাতা পুরুষকী মচন অহু মচাগী মরাইবক খীবগী মরম খল্লুবদা থম্মোই পুবা য়াদনা মুংঙাইখিদ্রে। মবুংনা ইরমলিবা অহু মহাক্না পামদে হায়হুনা মুক্নবা য়াবা ক্ষিভমসু লৈতে। বিধাতা পুরুষনা অমুক্তং ইগ্রবদা অমুক হম্না হোংবা লৈররোইদবনি। মুপী মচা অসি চাওরক্লে। হায়নিংঙাই লৈত্তনা ফজরবী অরাংপা লৈত্রবী লৈশাবী অমা ওইরক্লে। অহুবু মাবু পোকপী পলেমনা তুংদা ওইরকদবা তমখিরবা বিধিগী নোংদম অহু খল্লুরগা থম্মোইদা তাশেন্নো থিনবগুম য়ারমই। মচামুপীগী বিধিনা তমগ্রবা ফত্রবা পম্মুংকমদগী

কনবা ঙমব্রা য়েংগে হায়বগী রাখল্দা মচাতুপীগা লোয়ননা মরৈবাকথাদোক্তুনা চৎলগে হায়বা অসিনা মহাক্কী অরেপ্পা রাখল ঙইগ্রে। মমা মচা মখোয় অনি লৈবাক মথং মথং লাম্না চৎলকলে। মখোয়না অস্থুম লাকপদা তুমিদাংরাইরমগী মতমদা ডালিম কুমারনা লৈরিবা লৈকোনগী থোঙ মক্তদা থুংলরে। লমশাং চৎলকপগী চোকথবা অমসুং অরাবনা তনৌ তনৌরবী লৈশাবী অহু অরাম খৌরাংবনা থাঙবা ঙমলকত্রহুনা মমাদা ঈশিং থরা থক্কে হায়রমই। মমানা মচা লৈশাবীবু থোঙ মনাক্তা ফমহল্লগ্রা থক্কবা ঈশিং থিবা চৎখিরমই। মমাবু ঙাইবদা মশা অহু মফম মরাং থঙজিল্লকত্রহনা মহাক্কী মতুংদা লৈরিবা থোঙজাওত্থদা হেক নম্মুবদা মথন্তু গে……… লাওনা হাংদোকপ্রে। মহাক্না মমুং চঙখিবদা কজরবা কোমুং অমা উরে। অমুকহন্ন থোক্কে হোৎনরুবদা থোকফম থঙখিগ্রে। মহাক মফম মরাং থঙদনা লৈকোলতুংদা মথন্তু কোয়চৎ চত্তুনা লৈরমই।

অরেপ্প লৈতনা মতমনা চৎখিবনা মুমিৎ তাপ্ত্রে। অহিংগী মতম য়ৌরকপগা লোয়ননা ডাগিম কুমার হিংগৎলকলত্তুনা লৈকোনগী অকায়বদা অস্থুম লাকপদা থোঙ মনাক্তা মীগী মঙং মানবা অমা লেপ্তুনা লৈবা উরুরে। মহাকনা চঙশিন্দুনা য়েংবদা রামনা নিংখিরবী কজরবী অমসুং তনৌ-তনৌরবী লৈশাবী অমা ঙইরমলে। ডালিমনা লৈশাবী অহুদা কনানো, করিগীনো কদায়দগীনো মহাক্কী মরি মখোঙ হংলমই। লৈশাবী অহুনা মহাক্না পোকপদা মহাক্কী মামা বিধাতা পুরুষনা মহাকপু অসিবা

বর অমদা লুহৌংঙ হায়না মরাইবক্তা ইখিবা, অহুগুম্বা বিধাতাগী নোংদমদগী নাম্থোকনবা মমানা মহাকপু পুহনা মরৈবাক থাদোক্লুনা মকম অসি য়োরকপা অরাম খৌরাংলকলহুনা মমানা ঈশিং খিবা চংখ্রিবৈঙেদা মহাক্তা করিগুম্বা লাওতনবা লৈর্কম লাককম খঙদবা অমা লাক্লুনা থোঙদা নমলুবদা খঙহৌদনা থোঙ হাংদোকলক্লুনা মহাকনা চঙলকপা অমুক থোকে হোংনবদা থোঙ থিংলমহুনা মকম খঙদমা লৈরিবৈঙেদা ডালিমগা উনবা কাওবগী থ্বারী পূম্নমক নিংখিনা তারবা মতুংদা ডালিমনা হায়রকই "ইবেম্মা অশিবা বর হায়বা অহু ঐনি, নঙগা ঐগা পুনশি লৈপুন ওইরসি। ঐগী য়ুম অসিদা লৈরসি" লৈশাবীনা খুমকই "লেপ্লুনা ঐগী ইমাওদা থ্বা ঙাংলিবা নহাকপু করমনা অশিবনি হায়বিরিবা ইবুংঙো ?" ডালিমকুমারনা হায়রকই" মাহুগী মরম মতুংদা শোয়দনা খঙ-লকখিগনি, লাকও চঙলসি" হায়তুনা ডালিমনা মাঙ থাহনা মকম অহুদগী চংখিরমই। লৈশাবী অহুসু ডালিমগী মতুং ইন্দুনা দলাল অহুগী মনুঙদা চঙখ্রে। ডালিমনা, মতম কুইনা চারক-থক্লক্লুবা লৈশাবী অহুবু অতিথি ওইনা পীজ-পীথকলি। লৈশা-বীগী মমানা হল্লকপদা মচা লৈরমত্রবদা অনকপদা য়ুমশিংগী মীশিংদা হংলুই অহুবু কনানস্থু উই হায়খিত্রে। কপ্প কপ্পা মচাবু থিজখি ভৌইগুমস্থং অরেম্বদা তাখি।

মচা ইবুংঙো ডালিমনা, মশক মতৌ কজরবী, তিংদা থ্বাওদা চুম্লবী চুঙ-কিরানি চারবী বিধাতা পুরুষকী মগৌ ইবেম্মবু পীজ পীথকহুনা লৈরিবৈঙেদা মহাকী মরুপ বর মন্ত্রিগী মচানা উনবা

লাকলমই। মশক খঙদবী কজগ্ৰবী লৈশাবী অমনা ডালিমগী মনাক্তা কমছুনা চা-খক্তুনা লৈরম্বা উবদা মগাক য়ামনা ঙকলমই। অমুক হেন্না ঙকপদি লৈশাবীগী য়ারী তারগা। অহিং অছুমক্তা বর-কৈন্যা অনিমক গন্ধর্ব বিবাহা তৌছুনা লুহোংলে। ডালিমগী মরুপস্থ মখোয় অনিদগী বিদায় লৌছুনা ময়ুমদা হনখ্রে। নোং-ঙাল্লছুনা ডালিমগী মুপীনা হৌণংলকপদা নপুরোইবদি মশা পূন্নমক পূমইং ইংছুনা শিছুনা লৈরমলে। -করাদা অৱাবগী মশক্লো? ঙরাং অহিংদা লুহোংলগা ঙসি অয়ুক য়াহৌরকপদা মপুরোইবা শিরমলবী মুরা অমগী রাখল। মপুরোইবনা মুঙনা শাবা মুৰ্ত্তিগুম থরাই য়াওদনা তাছুনা লৈরি। মুমিৎ তাবা ঙাইবদা যুগ অম-গুম শাংখ্রে। অছুবু অৱেপ্পা লৈতনা চেল্লিবা মতমগী খোঙজেন্না পুরক্তুনা মুমিৎ তাখিছুনা তৃম্মুবদগী হৌগংলকপগুম ডালিম হৌ-গংলক্তুনা রাজরবী মশানৌবু কোনবিছুনা চামিন খকমিন্নছুনা মুংঙাইনা মতম লেল্লি। ডালিমকুমারগী মরুপস্থ ইতৎ তত্তুনা লাক্তুনা মখোরগা য়ারী য়াতাই শান্নছুনা চানিং চানিংবতা চা খক্তুনা মুংঙাইনা মতম লেল্লি। অস্তুম তৌছুনা চহি কুমজা তরেৎ নিপাল হৌজিনখ্রে। হায়রিবা মতম অসিগী মনুঙদা ডালিম কুমারগী মচা মুপা অনি পোকখ্রে। মুপা মচা অনি অসি ডালিমগা অস্থকী মতিক মান্নখ্রে, মখোয়বু ডালিমগী মমিনি হায়নৈ।

নিংথৌ, মহারাণী, অঙম অথৌ অমস্থং প্ৰজা পূন্নমক ডালিম কুমারদি শিখিবা মতম কুইখ্রে হায়না মহাকী মরমদা করিগু থননাখখ্রে।

ডালিমকুমারগী মুপীনা মপুরোইববু পোকপী মহারাণী শুওবু উনলনিংলমই। অদুগা করিগুম্বা উপাই অমা তৌদুনা মহারাণী ছুওগী মফমদগী মপুরোইবগী পুনশিবু শান্নপোংকুম শান্নরিবা লিক পরেং অদুস্থ লৌথোক্কে হায়না মপুকনিংদা চপ মুংনা লেপলমই। মসিগী মরমদা মপুরোইবগা রা তান্নরে। অদুদগী মহাক্না নাপিত মুপী অমা ওইনা স্না কোমুংদা চংপা হায়না রারেপনরে। নাপিত মুপী অমনা পুগদবা খুজিনথাং, কাতি, শমজেং, মিয়েংশেল, খুয়া তক্কুনা নালহম্নবা চেক অকাবা অমমুং খুনিং, খোংচেপ খোঙশা মচু শঙনবা উনা মখল খরা পুদুনা নাপিং মুপী অমগুম মখুত্তা পোংয়োম অমা পায়দুনা মচা মুপা অনিগা লোয়নননা কোমুংগী খোংজিন্দা লেপ্পরে। খোঙ শঙবদা মহাক নাপিত মুপীনি, মহারাণীগী শুওগী মনাক্তা চঙগদৌরিবনি খরা চঙজগে হায়জরমই। খোঙশঙবনা চঙহল্লমই। মহারাণী শুওনা অঙাং অনিদু হেক উবদা চহি কয়াগী মমাঙদা মদুঙ মতম চাদনা লৈখিদ্রবা মহাক্কী মচানুপা ডালিম কুমার অমুক হন্না লাক্লবগুম নিংউরে। ডালিমনা অঙাং ওইরিঙৈদা হৌখিবা শাহৌ-শাওং, শক্তা অমসুং খোনজম করি অমত্তা খেন্নদে। মমিগী মপি শিন্দুনা অঙাং অনি অদুবু ওস্থোকপা লুনা চান্না শুওনা তৌরমই। অদুবু মরাইবক থীরবী শুওনদি লাকলিবা অঙাং অনি অদু মহাক্কী মচা ডালিমনা পোকপা মগুনি হায়বা খঙজরমদে। শুওদি মচানুপা হেক শিখিবদগী মীওইবগী মুং-ঙাইদা পূম্নমক থাদোক্লবনি অদুবু মহাক্কী ফজবা মচা মুপা অনি

উবদা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইগে হায়রকই। অছুনগী নাপিত মুপী অছু মহারাণী চুওগী মনাক্তা চৎখিরমই, মকম অছুদা থবক কংলমই। মহাক্তা মহারানী চুওগী খুজিনৎখুয়া ককলমই মখোই মখুৎ নোইরন্মি অমসুং খুনিং, খোঙচেপ, খোঙনাওনচিংবা অঙাংবা মচু শঙলমই। মহাকী থবক্তা হৈ-শিংবা মশা মউ তনান-তনানবা অছুগা মুংশিবা শকওং লৈবা অছুদা মহারাণীনা মহাকপু মুমিৎ খুদিংগী লাকউ হায়না হায়খিরমই। নাপিত মুপীনা মহারাণী মঙকশমদা শিরিবা লিক্লাং পরেং অছু য়ামনা মুম্না য়েংশিল্লমই। অস্নমনা মুমিৎ থরা হৌঞবা মতুংদা নোংমা নাপিত মুপীনা মচামুপা অহন্দা, হোরেন কোম্মুং য়োরগা মহারাণীগী মঙকশমদা শিরিবা লিক পরেং অছু পীত্রিবফাওবা পঙকপ্তা কপউ হায়না ইনশিল্লমই। মখোয় কোম্মুং মক্তুং য়োরক্তুনা মহারাণী চুওগী কা মনুংদা চঙথ্রে। নাপিত মুপীনা মহারানী খোঙ মোইরি-ঙৈদা মচামুপা অহন্না য়াম্না শাখিনা কপলকলমই। করিগী কপলিবনো হংনবদা মহারাণীনা শিরিবা লিক পীমু হায়রক্রে। মমল্ল অশুক য়াম্বা লিকলু অঙাংদা করম্না পীগনি হায়রমই অছুবু অঙাংতুনা কপমল্লবতুদা মুংশিবিরতুনা ওাইহাক্তং পায়হন্নবগীদমক লিক অছু লৌখোক্তুনা অঙাংদা পীরে। অঙাং অছু কপ্পা তোক্রে। মখুংনা চেৎনা পায়শিন্দুনা লৈপ্লে। নাপিত মুপীনা থবক লোই-রমতুনা চৎকে তৌরক্লবদা মহারাণীনা লিক থনমনবগীদমক হায়রম্মী। অঙাং অছুনা লিক অছু শুকথা থাদোকউ য়ারমদে। মমানা মূনগে হৌংনরুবদা অঙাং অছু ওন্থোক্লা শাখিপ্রবা মওংদা থম্মোই কায়গদৌবগুম্না কপলমই। মমৈথংদা নাপিত মুপীনা মহারাণীদা

য়াম্না নোল্লুরা. লিক অসি য়ুম ফাওবদা পুজরুগে, লমহেনবা অঙাংসিনা অচা অথক পীজদুনা থেমদুনা তুমহনপ্রগা পুং অমা অনিগী মমুঙদা শোয়দনমক পুজরক্কে হায়জরবদা মহারাণীনা য়াবিরমই। ডালিম কুমার মতম অস্তুক কুইনা অশিবগী থয়াঙা তাদুনা লৈরিবা অসি লিক অসিগী মগুন্নি হায়বা মহারাণী হুওনা কাওথোকখিরমই।.

মপুরোইবগী পুনশিবু অয়ুক হুংথিলগী অমস্তুং হুমিদাংগী অশি অচঙ শান্নরিবা মমল নাইত্রবা লিক অহু পায়দুনা হুংশাম্বর হোন্দবমথে হুংশিংকা মমাং থানা ডালিমগী হুপীনা মচা হুপা অনি পুদুনা চেল্লক্লমই। মহারাণী হুওগী মঙকশমদগী লিক পন্নেং হেক লোথোকাখিবগা ডালিম হিংগদুনা ফমুংদা ফংদুনা লৈরমই। মহাক্কী হুপী চেনশিল্লক্লুনা মপুরোইবগী ওকশমদা থরাইগী মশক ওইরবা লিক অহু শিজিনবিরমই। মখোয় হুংঙাইবগী ওমথে লৈখিদ্রে। বর মন্ত্রিগী মচাগা ডালিমগা মখোয় রা তান্নরমই। মথংগী হুমিত্তা কোনুংদা চত্তুনা মপা মহারাজ অমস্তুং মমা মহারাণী শুওবু থুরুম্বা হায়না লেপ্পরমই। মাদুগীদমক্তা অঙকপা ফংনা শেম শাগ্রে। বরমন্ত্রিগী মচানা, মহারাজ অমস্তুং মমা মহারাণী শুওগী মফমদা মচা ইবুংঙো ডালিম কুমার হিংলি হিংবদা নত্তনা মমৌ ইবেম্মা অমস্তুং মতুহুপা অনিগা লোয়নননা থুরুম্বা লাকনি হায়না পাও হংগৎপ্রে। মপা ইবুংঙো অমস্তুং মমা ইবেম্মনা পাও অসি অহানবা তাবদা মঙগী রা ওইনা থোকলমই অদুবু মন্ত্রি মচাদগী রারী পুন্নমক নিংথিনা তারক্লবা

অচুম্বা ওইরম্লবদা ফুংঙাইবগী পান্দমনিংঙাই লৈখিদ্রে। মহারাণী ফুওদি মহাক্না কত্তবা খবক তৌরুবশিং অহু লোৎপা য়ারক্তুনা কিখিবনা মশা থক থক নিক্তুনা করি থোক্লগদগে হায়না ফুংবংননা লৈরমই।

অঙকপনি ওসি ডালিম কুমারনা স্না কোম্নুং তান্না লাকপা সভা যাত্রা অসিদি। চাওরবা শামু য়াইশা অমদা ডালিম কুমারনা তোংলি। খরা হম্বগা শামু অনিনা নাক য়েৎ ওইদা মচাম্নুপা অনিনা তোংলি। ডালিমগী শামুগী মমাঙদা মহাক্কী ফুপীনা ফজরবা মীনা পুবা দোলাই অমদা তোংলি। ডালিমকুমায় হিংগৎলক্তুনা মহাক্কী মুপী অমম্নুং মচাশিংগা লোশননা কো-ম্নুংদা মপা মমা খুরুম্বা লাকলে হায়বা পাও তাবদা সহর অমম্নুং খুঙ্গ শিংদা লৈবা মী পুম্নমক চেম্নরক্তুনা লম্বী শোরোক মীনা চীন্না চায়নবা ওন্নখিদ্রে। ডালিমবু হন্না হন্না আশিবাদ তৌন-রকলে। পুং শেল শিঙ্গা বেন্নু অঙক অঙকপা যন্ত্র খোংহুনা অঙকপা সভা যাত্রা অমা ওইনা লাকলমই। য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈ খুদিংদা মঙ্গলগী মশক ওাক্তা ওাইরমই। প্রকৃতিগী নিংখিবনম্নু তিল্লরে। স্না কোম্নুং য়ৌরবদা মপা ইবুংঙো মহা-রাজ অমম্নুং মমা ইবেম্মা মহারাণী শুও অনিবু ডালিম কুমারনা মখোঙ শোক্না খুরুমজখি। ডালিমগী মুপী অমম্নুং মচাম্নুপা অনিম্নু চংলক্তুনা নিংথৌ অমম্নুং মহারাণী অনিবু মকোকনা শোক্না খুরুমজখি। নিংথৌ অমম্নুং মহারাণী অনিনা মচাম্নুপ; মমৌ অমম্নুং মশু ফুপা অনি মখোয় পুম্নমকপু মুংশিনা খম্নোইদা চেৎনা চেৎনা কোনবিহুনা আশিবাদ পীবিখি।

নোংদোন থকী ভান্না য়াই
তাইবংপানগী য়াইবী থয়াই
লাইরন্নেনগী মীৎস্না থম্বাল
কোয়েংহনবা ঙমিংনা
মচা ইবুংঙো ডালিমগী
য়াইফ মুংঙাই পুনশি'মা
পীবিরগে খন্দুনা
নোংপোক হারম পাংবদৈ
তরং তরং থোকলক্কুনা
অনৌবা মঙাল পীরক্নে।

হুও মহারাণী, কণ্ডবা থবকী উপাল থারুহুনা হু য়াওবা মহৈ অহু মহাক্না চাবা তারকলবদা কিখিবনা রাখল পুন্নমক মাঙখিরমই। চেন্নবা হোৎনবদা উপাই লৈখিদ্রে। ডালিম কুমার গী হৌখিবা পুনশিদা থোকখিবা অরাবা অমস্তুং কণ্ডবা পুন্নমক লোম্নবী মমা হুওনা শিনবনি হায়বা খঙলবদা শাওখিবনা মৈ হৈৗরবা নিংথৌনা হুওবু মনাক্তা কৌরগা দন্দি পীরমই। নিংথৌনা অস্নম লাওথোকখি "মী অমগী মরেপ্তগী খুহুপ অমা হেন্না লুনা লৈপাক তৌথোকলগা মহুতদা হুওবু লেপহল্লু অহুগা মচিম ফুন্নবা থোরবা তিংথং, য়োৎপী, য়েন্তুম লিক্লি মচেৎ অমস্তুং চেগাইনা ফুমজিনন্দুনা মহাকপু হাস্তোকউ।" লেঙবা য়াত্রয়া নিংথৌগী য়াথংদগী হুওবু হায়রিবা মীহাৎ অহুদা হাংখি। অহুগা হুওগী মত্তেং পাংহুনা কণ্ড-লংজিন পুথোকপা লৌতু-শরৌ

থৌশিনবা শেনজা থুমজা পামললবা অচাওরমনা ময়াই কারবা মীতোকচাক শিগৈচল মীনী মরমা মরল শাবা, মীগী ঈ চুপ্পদগী কাকফৈগুম মওং মরীন নাইদনা মপুক ক'লবা ফজ্রবা মীশিং পুম্নমক নিংথৌগী য়াথংদগী ময়াম মমাঙদা পুথোক্লগা বল্লিগী শীংজংনা মঙক কক কক্তুনা হাক্লোকখি। মথোয়গী অশিবা মশাশিং অহুনা হুই, অমহুই, কাক অমসুং লংজাদা পীজখি। ময়ামনা হায়নখি "পেল্লেদা পেল্লেদা।"

নিংথৌনা শিরবা মতুংদা নিংথৌ পান্দব' লৈবাক ওইহৌ-রগনি খনবদা রাবনা পন্দোল লোমললদা অহল মতম ওইরবা নিংথৌনা শিগ্রবা মচা ডালিমকুমারবু মথন্তু ফংবদা নত্তনা রাজ-কৈন্যা অমবু মহাক্কী মুপী ওইরম্বা অহুগী মথক্তা মচা মুপা অনিসু পোকলমহুনা ফংলবসিদা নিংথৌ অমসুং মহারানীগী মুং-ঙাইবশিংসি করম্বা রাহৈনা কোংদোকপা ঙমগদগে? মুংঙাইব-শিংগী মরক্তা খ্বাইদগী মুংঙাইবা অপেনবশিংগী মতুংদা খ্বাইদগী পেনবা অসিনা মথোয়গী শরুক্তি।

# কদাম্বরী অমসুং মহাশ্বেতা

(ক)

তরাপিড় হায়না কৌবা মতিক মগুণ চাওরবা, য়েকনবা কয়াবু মায়থিবা পীহনা, পাক চাওরবা ভারতবর্ষগী মমুঙদা যুগ কয়াগী মমাঙদগী মমিং চৎলক্লবা নিংথিবা প্রকৃতি অমসুং থুৎশেম অনিনা ঐনা হেনগে মতাংগুম তানহনা লৈরিবা উজ্জয়িনী সহরদা, নুমিৎকী লংলবা মঙাল্লা অতিয়াদা শন্দোকখিবগুম মহাক্লা নিংথৌ ওইহনা চৌং-লেম্না ঙাস্থোইরমই। বিলশ্বতিনা তরাপিড়গী তা-লোয়নি অমসুং লৈবাক প্রজাশিংগী মমা শকলবীনি। মপুরোইববু লাইগুম নিংলবী সতিশিংগী মরক্তা শীংথারবী অকবা গুনশিংনা লৈতেংলবী মহারাণীনি। মহারাজ তরাপিড়গী পুকচেল চাওরবা অমসুং শিংলবা শুকনাস হায়বা মন্ত্রি অমা লৈরমই। মহাক পুকচেল য়াম্না শেঙলমই। অদুগা নিংথৌবু য়াম্না কিনা লুনা তৌরমই। হায়রিবা নিংথৌ অমসুং মন্ত্রি অনিশিনা ঙাকলিবা লৈবাক অসিদা চাকহোং-ঙাহোংলমই; হয়রান চিন্হ লৈরমদে, মী পুম্নমক মফম অমদগী মফম অমদা চৎথোক চংশিন তৌবদা অকি অথঙ লৈনরমদে। মী থুদিংমক পেম্নরমই। অদুবু নিংথৌ, মহারানী, ফমনাইবা অমসুং প্রজাশিংগী অরাবা হায়ববু নিংথৌগী ধারা পাম্লবা অলিভনি।

নোংমা মহারানী বিলাশ্বতিনা মহাকাল মন্দিরদা লেংমলই অমসুং মহাভারতকী বারী তারমই। বারীগী মতাংদি, মচা

পোকুবা মুপী মুপাশিংদি, হিংলিবৈগী মতমদা ফনা অকবা থবক তৌরম্লবসু শিরবা মতমদা স্বর্গ ফংবা ঙমদে হায়বা নিংথিনা তারমই। মহারাণী থম্মোই শোকনা রাখরে। মথোঙ মখুৎ তিংথোক্লুনা তেংথা-নাওইনা কপ্লুনা লৈরে। চাবা-থকপদা পুকনিং চঙখিদ্রে। অরাবগী ঈপাক্তা তাহনা লৈরে। মহারাণী অরাবা পাও মহাজারগী স্না নাকোঃ য়ৌখ্রে। মহারাজনা লাক্লুনা করি মরমদগী কপলিবনো হংলমই। মহারাণীনা মহাকাল মন্দিরদা চৎলুবদা মচা পোকুবা মুপা মুপীনা স্বর্গ ফংদবগী মরম তাবদা কপ্লিবনি হায়না হংগৎচরম্মী। মাহু তাবদা মহারাজনা বিলাশবতিবু চরা হেন্দুনা ঈশ্বরবু থরাই হকচাং পুম্নমক অমত্তা ওইনা নীংজনবা হায়বিরমই। নিংথৌনা তার্কপিরম্বগী মতুং ইমা মহারানীনা চরা হেন্দুনা' ঈশ্বরবু নিংজবা হৌরকলে। থা কয়া হৌখ্রে। নোংমা অহিং অমা মহারানী বিলাশবতিনা মুংঙাইরবা মঙ অমা মঙলমই। মঙ অহুদা মুগুক মুনা নিংথিনা পাক চাওরবা অতিয়াদা ফুদোংলবা লুপাগুম লংত্রিক লংনা থোকলিবা থাজনা অম্নম অম্নম কুমথরক্লুনা মহাক্কী ময়া মমুঙদা চঙখিরমই। মহারানীনা মহারাজদা মঙগী রারী তম্লম্মী। মহারাজ অমদি মচাক্কী মীশিংনা মঙগী পাও তাবদা য়াম্না মুংঙাইনরমই, অমসুং মহারানী গর্ভ ওইরে হায়বা থঙনরমই।

থা থরগী মতুংদা মহারানী বিলশবতিনা মচা মুপা অমা পোকপে। মী পুম্নমক মুংঙাইখিবনা পান্দমনিংঙাই লৈখিদ্রে। উজ্জয়নীদা লৈরিবা মী খুদিংমক হরাউ মথোই কাদবা য়াওখিদ্রে। অম্নমা

মু ঙাইরবা অসিগী মথক্তা অমুক হেন্না নুংঙাইবদি, মন্ত্রি শুকনাস কী তালোয় ইবেম্মা মনোরামাসু, বিলাশবতিগা মতম চপ মান্ননা মচা নুপা অমা পোকখি। বেদ বিধি কায়দনা নৌনা পোক-লিবা অঙাং অনিগী ষষ্ঠি পূজানচিংবা পুম্নমক লোইত্রে। লৈ-বাকী অহৈবা মাইবা পাঞ্জি কৌখত্নুনা অঙাং অনিগী মপোক ময়ি নিংখিনা য়েংত্রে। মহারাজ তরাপিড়গী মচা ইবুংঙোবুনা চন্দ্রপিড় অহুগা শুকনাসকী মচা ইবুংঙোবুনা বৈশম্পায়ন হায়না মমিং থোল্লে। হায়রিবা নিংথৌ মচা অমসুং মন্ত্রি মচা অনিমক ম্না কোন্নুংদা লৈমিন্নরমই। মথোয় অনি চান্নরবা মরুপ ওইরমই।

মচা ইবুংঙো চন্দ্রপিড়, লৌশিং লৈবা, য়াখল চাওবা, মপাঙ্গল লৈবা থবক থুদিংমক্তা হৈশিংবা থোইদোক হেন্দোক্না শুন লৈবা নুপা মচা অমা ওইরকলম্মী। চহি খরগী মমুঙদা ধর্ম্মনিতি, রাজনিতি অর্থনিতি, বিজ্ঞান খুৎশু খুৎলাই বিদ্যা, লালগী লাম্লোং য়েক্নববু মতৌ করম্না মায়থিবা পাবা মপাঙ্গল কল্লবা য়েক্নবগী লৈবাকপু মতৌ করম তৌনা খুহুম চনশিনবা দোলাই তোংবা শগোল তোংবনচিংবা মখল খুদিংগী মহৈ তম্বা লোইত্রে। থাল্লবা শগোলগীদমক্তা পৃথিবীদা মমিং চৎলবা পারশ্য। লৈবাক্কী য়াং চাওরবা মশক ফজরবা মপাঙ্গল কল্লবা লমজেল য়াঙলবা শগোল অমা মহারাজনা লৈবিরম্মী। শগোল অহুগী মমিং ইন্দ্র য়ুধ কৌরমই। শগোল অহু চন্দ্রাপিড়দা পীরম্মই।

নিংথৌ মচা অমনা হৈগদবা মহৈ মশিং পুম্নমক খঙ-হৈরবদা, মরৌশিং লৈরবা পুকচেল শেংলবা মন্ত্রি শুকনাসকা তানহুনা

মহারাজনা চন্দ্রপিড়বু যুবরাজ হাপলে। যুবরাজ ওইরবা মতুংদা মহাক্না মহাকী সম্রাজ্যবু য়াম্না পাক চাওনা শন্দোকপা পাম্লম্মী। পাক-চাওরবা লানমী মপৈ অমা পুরুহনা মহাকী মরুপ বৈশম-পায়নগা লোয়নননা চন্দ্রপিড়না অরাং পাংনা দীগ বিজয় লাকলম্মী। ফনাগুম্বা নিংথৌ অমত্তনা মহাকী মাইয়োক্তা লেপ্পা। ওন্নমদে। উজ্জয়ণীগী নিংথৌরেম্মা চহিগী লোইপোৎ য়াম্না য়াম্না কাবা হায়না মকোক নোম্না য়াখিরম্মী। অমুম্মা মথং মথং চঙখিহনা যুবরাজ চন্দ্রপিড় অমদি মহাকী লাম্মী পূম্নমক কৈলাস চীংগী ফজরবা মফম অমদা লানথম শাহনা লৈরমই।

নোংমা চন্দ্রপিড়না মহাকী শগোল ইন্দ্রযুধ তোংহনা শা তানবা চংলমই। মহাক্না লম্বীদা তাংথুল মতৌ মনাও চংপা উরহনা মথোয়গী মতুং অমুম ইম্ন চংলম্বদগী মথোয় অনি অহু খঙহৌদনা উমংদা মাঙখোকখ্রে। চন্দ্রপিড়দি অরাম খোৌরাংবনা অমমুং চোকথবনা চংপা ওমশিন্নক্তে। মহাকনা ঈশিং থিরকপদা মমাঙদা নীংথিরবা পুখ্রি অমা লৈবা উরমই। পুখ্রি মপান্দা ফজরবা শিব মন্দির অমা লৈরমই। হায়রিবা মন্দিরহুগী মনুঙদা অঙকপা শিব মূর্ত্তি অমগী মমাঙদা, ইচিক হুরকপা, ইনুং ওাল্লমদাইদা থোকপা শজিকলা, লোইবী চীংগী চীংদোন্দা হিকথহনা তাবগুম অশংবা মমিনা স্নাগী শেম্পাক্তা হাল্লগুম চাংদমনিংঙাই লৈতনা নীংথিরবী মথোং কারকপী চমুরা অমনা বিনা যন্ত্র পায়রহনা মী, শা, উচেক অমসুং উপাল রা-পাল কাওবা ওমহৎহবগী মওংদা থোংলমই। চন্দ্রপিড় দৃশ্য অহুদা

শুমহৎখিল্লনা মথং মথং চণ্ডশিল্লক্তুনা নিংথিরবী চন্নুরা অহুনী মমাঙদা লেপ্লুরে। বিনা খোংবা লোইরদ্রুনা মসিং পাঙথোকপ, লকপদা শকখঙদবা মশক মতৌ কজ্জরবা চন্দ্রপিড়না মমাঙদা লেপ্লুনা লৈরম্বা উরদ্রুনা, শরৎকী পুর্নিমা থাজদগী হেন্না নীংথিরবা মহাকী মায়থোংদা মোমোন নোকলদ্রুনা, চন্দ্রপিড়বু মহাকী খাংপোকপগুদা চণ্ডবিরকউ হায়জরমই অমসুং মথোয় অনি চৎথিরমই। খাংপোকশঙ য়ৌরগা চন্দ্রপিড়না মহাকী মরি-মথোঙ পুম্নমক হুজা অহুদা খঙহল্লমই।

মুমিং থরগী মতুংদা চন্দ্রপিড়দা চনুরা অহুনা মহাকী মমিং "মহাশ্বেতা" কৌই অহুগা শিব মন্দিরগী মমাঙদা লৈরিবা কজ্জরবা চাওরবা অছোদক পুখ্রি অসি তৌখিবা গন্ধর্ব মিংথৌনা পোকপনি। নোংমা মহাক্না, হায়রিবা পুখ্রি অহুদা ঈরুজ্জরগা হল্লকপদা মশক মতৌ কজ্জরবা মগুণ লৈরবা মথোং কারকপা লাইনিংবা পাথং অনিথক খেংনরমই। মথোয়গী মমিংদি অমনা পুন্দরিক অহুগা অতোপ্পা অমগী মমিংনা কপিঞ্জল কৌরমই। পুন্দরিকপু হেক উবমক্তদা মহাক্না য়াম্না নুংশিজরমই অমসুং মহাকী থল্লাই হকচাং পুম্নমক লোইনা কৎথোকলমই অহুগা পুন্দরিকসু মহাকপু হায়নিংঙাই লৈতনা নুংশিবিরমই। অহুবু নোংদম্বা বিধাতানা তমথিকনা মথোয় অনি নম্লনা লৈমিন্নবা য়াথিদে। কায়না মৈচাকনা থম্মোই শোকনা য়ানখি। খাইনা মৈরিনা শোকপদগী পুনদরিক অনা লোয়রমই। মহাকী মরুপ কপিঞ্জলনা পুন্দরিকী অনাবগী পাঙ মহাকী মকথাদা

তন্নরবদা খিন্দনমক পুন্দরিক্কী মনাক্তা চৎলুবদা পুন্দারিক থরাই থারমলে। পুন্দরিকনা শিরবদা মহাক মশামক মহাক্কী অশিবা মশাগা লোয়ননা মৈদা দান তৌখোক্লগে হায়না খোরাংলমই। তাঙ্গাসিদা স্বর্গগী চুত অমা লাক্তুনা পুন্দরিক্কী অশিবা হকচাং অদু পূহুনা স্বর্গদা পাইখৎখিরমই অদুগা অশুম্না হায়রকলমই "মহাশ্বেতা, নহাক চারা হেন্দুনা খম্মোই শেংনা অথাণ্ড কনবা অমসুং নিঙবা হনবা লৈতনা ঈশ্বর থুরুমজো, নহাক্কী হুংশিজরবা মথংলেনবু অমুক হন্না ফংজগনি।" কপিঞ্জলসু স্বর্গগী চুত অদুগা লোয়ননা পাইখিরনই। রাৈশিং অদু তাবদগী মহাকনা শিববু কন্না নীংজহুনা মথংলেনগী মথন্নাইবু অমুক হন্নকপা ভাইজখিবন-চিংবা রারী পুন্নমক লীখিরমই।

মহাশ্বেতানা, মহাক মশাগী রায়ী চন্দ্রপিড়দা লীবা লোইরবা মতুংদা, মহাক্কী মরুপ কাদম্বরীগী মরমদা মথা শন্নথরকলমই। কাদম্বরীসু গন্ধর্ব অমগী মচা মুপীনি, মপাগী মমিংনা চিত্ররথ অদুগা অপোকপীগী মমিংনা মদিরা কৌরমই। কাদম্বরীগা মহা-শ্বেতাগা হকচাং তোংডাল্লবসু থরাইদি অমত্তা ওইবগুম নিঙনরম্মী। অমসুং য়াম্না মুংশিননা তিন্নরমই। পুন্দরিক্কা শিগ্রবদা মহাশ্বেতা অবা মৈশা থাঙহোবা অমসুং পুনশিচুম্না যুম পান্নরোই হায়খিবা রাকমসিনা মরুপকী রাখিবনা কাদম্বরী নোংম্মা নোংমগী ময়াঙ কংশিল্লকমই অমসুং কুচু তাইকেৎ তাইরমই। ক্রিতম অদু উরু-রগা মহাশ্বেতাসু অরাবা পোকলমই। মহাশ্বেতানা লীরিবা রারী অদু ত্যারগা যুবরাজ চন্দ্রপিড়গী খম্মোইদা কাদম্বরীবু হন্না হন্না থাগৎলকলমই অমসুং হায়নিংঙাই লৈতনা মুংশিরমই।

( ৭ )

নোংমা কেবুরক হায়না কৌবা হুপা অমনা মহাশ্বেতাগী মনাক্তা লাক্তুনা কদাম্বরী য়াম্না কন্না নারে হায়না পাও পীরম্মী। পাও অদু হেক্ক তাবগা কাদম্বরীগী মনাক্তা চৎনবগীদমক মহাশ্বেতা থোরাং লোইরে অদুগা যুবরাজ চন্দ্রপিড়বু কাদম্বরীগী মনাক্তা চৎপদা য়াওবিয়ু হায়না মহাশ্বেতানা হায়জরমই। চন্দ্রপিড়নসু য়াক্ষম অদু হরাও হরাউ য়ারমই। চন্দ্রপিড় অমসুং মহাশ্বেতা অনিমক গন্ধর্বগী সহর .য়ৌরক্তুনা কাদম্বরীগী ময়ুমদা চঙলক্তুনা উনরমই। কাদম্বরীগী থাজ মানবা মায়থোং, তাম্নাবু ঙমজবী খোনজেন, লৌথোকক্ষম লৈত্রবা শাওং শাদা, পুকচেল চাওবা অমসুং মীয়ুংশি চাওবা গুণশিং অদু উরমই। চন্দ্রপিড়, কাদম্বরীবু হায়নিংঙাই লৈতনা ঙুংশিরমই। মশক মতৌ ফজরবা রাশিগুণ চঙখোল্লবা যুবরাজবু উবদা কাদম্বরীসু ঙমহৎলমই অমসুং ঙুংশিরমই। অসিগুম্বা ফিভম অসি উবদা মহাশ্বেতা হরাও-মথোই কাজরমই।

চন্দ্রপিড়না গন্ধর্বগী লমদম থাদোকলমহৌনা মহাকী লাক্নীশিংনা কৈলাসকী মনাক্তা শারিবা লানথন তাম্না অমুক হন্না হল্লক্রে অদুবু মহাকী পুক্নিং হকচাং পুম্নমক্কি কাদম্বরীগী মনাক্তা-লৈহৌরমই। মহাক য়াম্না থারমই। অনজা অসিদা মণা ইবুং-ঙোনা চন্দ্রপিড়বু উজ্জয়ণীদা হল্লরবগী য়াথং অমা লাক্রমই। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মহাকী পাক-চাওরবা লাম্নীশিং অদু

বৈশমপায়নগী মখুত্তা শিন্নরমলগা উজ্জয়ণী তাম্না শগোল তোংহনা চৎখিয়মই। হুমিং খরগী মতুংদা কোন্নুংদা থুংলমই অদুবু মুংঙাই-রবা নিংথৌগী রাজভুগ ময়াম্না মহাকপু পেলহনবা ঙমলমদে। মতম পুম্নমক্তা কাদম্বরীগী মুংশি রাখম্ব লুপ্তু না চাগনি থকনি অমসুং তুমগনি হায়বা কাওরমই। কদাম্বরীসু অদু মঙাই চন্দ্র-পিড়গা হেক কায়নবা হুমিত্তগী কপ্লতনা মথৌদাং ওইরমই। হুমিং খরগী মতুংদা. কাদম্বরী কুচু তাইকেং তাইগ্নে মশা অদু শাথিনা কংশিন্নে হায়বা পাও অমা চন্দ্রপিড়না তারমই। মহাক কাদম্বরীগী মনাক্তা চৎনিংলমই অদুবু মহারাজগী য়াথং অমা লৌবা তারমই। করি মরমগীদমক চৎকে হায়খিগে হায়না খল্লমই। মতম অদুমক্তদা কৈলাস চীংখোংদা লৈহৌবা লাংঙ্গীশিং অদু হুন্নক্লে হায়বা পাও অম লাকলমই। অকোনবগী পাও অদুনা মহাক কোন্নুং থাদোক্তু না চৎখোকপা য়ারগনি হায়বা উরমই। বৈশমপায়ন্না লুচিংহুনা লাকলিবা লাম্বী ওকলুগে হায়না য়াথং নিরমই। মতম অসিমক্তদা নিংথৌ তরাপিড়, মহারাণী বিলাশবতি, মন্ত্রিশুকনাস অমসুং অতৈ অতৈ মন্ত্রিশিংগা যুবরাজ চন্দ্রপিড় লুহোংনমগী মরমদা য়ারী শান্নয়ম্বা চন্দ্রপিড়না তাখিরমই। মহাক্তি, কাদম্বরী নত্তনা মহাক্না পাম্বা লুংশিবা অমসুং শোয়দাবা মুপী অমত্তা মহাকী থম্মোইনা উবা কংলমদে। মহাক্না থারমই করিগুম্বা কাদম্বরীবু পুরক্তু না মহারাজ অমসুং মহারাণীদা উহলখদি, শোয়দনা মনৌ ওইনিংগনি। মচানুপানা লৌবদা মতিক চায় হায়গদি। রাকম পুম্নমক বৈশমপায়নগা

খয়নবগীদমক থুনা য়াংনা মহাকী ইন্দ্রয়ুধ তোংখত্লুনা বৈশম্পায়ন ওক্লুনবা কোন্সুংদগী খোঙ শাল্লক্লমই।

মুমিৎ কয়ানিমুক্কী মতুংদা ইন্দ্রপিড়না লাম্মী ময়াম হল্লকপা লম্বীদা থেংনরমই। অদুবু বৈশম্পায়নদি য়াওরকলমদ্রে। বৈশম্পায়নদি, হায়নিংঙাই লৈতনা কজরবা অশোদক পুখ্রি, শিব মন্দির অমসুং মকম অদু মহৌশাগী ফজরবা পুন্নমকনা শুমহৎখিদুনা মতম খরাগীদমক পঙ্থোরি হায়বা তাবদা ওক্লদুনা, হাল্লদগী হেন্না কন্না শগোল থৌদুনা চন্দ্রপিড় অশোদক সরখোর তাদা লাকলমই। অশোদক সরোবোর য়ৌরদুনা মহাক্না মহাশ্বেতাদা বৈশম্পায়নগী মরম হংলমই। মহাশ্বেতানা হায়রক্লমই "বৈশম্পায়ন্দি ঐগী শাপ্তগী তেনব্বা ওনখ্রে। মরমদি মহাক্না ঐবু মহাকী লোয়নবী ওইনবা হায়রকপদগীনি।"

পাঙ অসি তাবদা চন্দ্রপিড়গী থম্মোই মচেৎ মচেৎ কায়খিদুনা নিংশিংবা লৈতনা থরাই য়াওত্রবা হকচাংনা লৈমাইথক্তা ভুথখিরমই। মাদু উবদা মহাশ্বেতাসু য়াম্মুখিরমই। মতম অদুদা কাদম্বরী মকম অদুদা লাকলমই। মহাকী ভুংশিজববা চন্দ্রপিড়না শিদুনা লৈরম্বদুদা কাদম্বরী মশামক লৈমুঙদা চোংশিন্দুনা শিজরগে হায়না লেপলমই। মহাক্না চন্দ্রপিড়গী মখোঙ কোন্দুনা থম্মোই শোকনা কপলমই। অঙকপগী থৌঙনি মকম ইথত থঙহৌদনা শিদুনা লৈরিবা চন্দ্রপিড়গী মখোঙদগী অয়ংবা মঙাল অমা থোক্লকুনা মকম অদু পুমঙাল ঙালহল্লমই অদুগা অকাশতগী অহুম্না থোক্লেন অমা তারমই "কাদম্বরী, অথাঙ কম্নু। মহাকী

নথুংনা চন্দ্রপিড়গী মশা শোকতুনা লৈরিমমখৈ মচাকী মশা পুমথরোই। মশা অদু নিংখিনা চাক-শেম্নু, মৈদা থাদোকনু। মথরাই অমুক হন্নকখিগনি।"

মহাশ্বেতানা রাজকুমারদগী হোৗগৎলকলগা, "মবুঙো চন্দ্রপিড়না শিগ্রবদা নহাক্না। লৈহৌদুনা করি কাম্নগনি ?" হায়না ইন্দ্রয়ুধবু অশোদক সম্নখোরদা ইন্দুরমই। শগোল অদুনা ঈশিংদা হেক তাখিবগা, মশম শাংলবা লাইনিংবা অমাগী শকুম ওন্নদুনা ঈশিংদগী কাওগৎলকতুনা মহাশ্বেতাদা হায়রকই "স্বর্গগী দূত অমনা পুন্দরিকপু পুদুনা পাইখৎপ্রবদা তাম্নখিবা কপিঞ্জল অদু ঐহাকনি। পুন্দরিকপু স্বর্গদা পুখৎখিবা দূত অদু থা হায়বা লাইনী। পুন্দরিকনা মহাশ্বেতাগা কান্নবগী অরা মৈচাকনা শিগদোরবা মঙমদা থাগী মঙাম্না অমুক হেন্না অকনবা অরাবা পীখি। মাদুদা, রারবা পুন্দরিকনা থাবু "ওঃ মুংশি হৈত্রবা থাজ, নহাক্না ঐগী রারিদো অরাবা পীবগীদমক নহাকসু মী ওইরগী মপোক্তা হন্না হন্না পোকউ অদুগা মপোক মপোক থুদিংমক ঐনা রারিবা অসিগুম্না রাবা ওইসনু" হায়না পুন্দরিকনা থাজদা শাপ তৌরমই। মাদুদা থানা শাওখিদুনা পুন্দরিকপু লমন থুন-নবগীদমক মহাকী মশা অদু পুদুনা পাইখৎখিবনি অদুবু থাজগী অশাওবা লেম্নথখিরমই, পুন্দরিকপু অমুক হন্না ফংলগনি। কপি-ঞ্জল মহাক মশামকসু শাপ অমদগী শগোল ওইনা পোকলুরকনি; হৌজিক্তি শাপ কোকে অমিনতিবা মরম পুরমক হায়রমই। রাইহেশিং অসি তাবদগী কাদম্বরী থমমুং মহাশ্বেতা মুশোয় অদি-

মক মখোয়গী হুংশিজরবা মকুংতোংবু অদুক ফংলবগীদমক চায়া হেন্দুনা ঈশ্বরবু নীংজরমই।

লাম্মী পুম্নমক উজ্জয়ণীদা থুংলরে তোইগুম্বসুং উজ্জয়ণীগী হুমিৎ-থা ওইরিবা যুবরাজ চন্দ্রপিড় অমসুং মন্ত্রিগী মচা বৈশম-পায়ন অনিদি য়াওরক্তুবদা কোনুং মনুং অমদি লৈবাক প্রজা পুম্নমক অৱাবা ঈপাক্তা তারম্মী। মখোয় অনি শিবগী পাও অসি মথং মথং শন্দোকখিত্নুনা লৈবাক অহু পুমনিন নিনখিম্মী, কোনুং অহু মীনা থম্না তিল্লমই, মমৈথংদা কৈলাস তম্না লাক-লমই। অশোধক পুক্রি য়ৌরক্তুনা চন্দ্রপিড় অমসুং বৈশমপায়ন অনিনা শিখিবগী ৱারী পুম্নমক তারবদা নহারাজ তরাপিড় অমসুং মন্ত্রি শুকনাস মরু ফুক্লবা উপালগুম, সংসারসিদা অমুক হিংনিং-বগী আশা লৈরমত্রে। মখোয়গী লেমহৌরিবা পুনসি থরা অহু অশোধক পুক্রি মপান্দ লেল্লগে হায়না থম্মী।

কদাম্বরীনা চায়া হেন্দুনা ঈশ্বরবু নীংজরকপা হুমিৎ কয়ানি হৌত্রে অহুবু চন্দ্রপিড়গী থৱাইদি হল্লকপা লৈথিত্রে। পুকচেল চেংলবী কাদম্বরীগী আশাদা নীংহৌরবা লৈরমদে। বসন্ত কহু য়ৌরকলে; কজরবা উপাল রাপাল, হৈরাং লৈরাং পুম্নমক অনৌবা য়েমিং হুক্লবা পোম্বী চেল্লাশিংনা অনৌবা আধাগী লেম্নিনমা শামথক্লবা মতমদা নৈংমা হুমিদাংহৌরিবা অমা কাদম্বীনা অচ্ছোদ সরোবরদা ঈরুজথোকলদা ঈশ্বরবু পূজা তৌজরম্মী। মহাকী মথংগী চন্দ্রপিড়গী অশিবা মশাবুসু নিংথিনা ঈরুজথোকপীরগা

মথল মথাগী ফজরবা কিজেং অমসুং মমৱ চুংশিনবা চন্দ্রমা লৈতেংবিরমই। মতম অসিদা কাদম্বরী, অপাম্ব-চুশিংগী ৱাখল কাঙাওনখিহনা, অশিবা হকচাংনি হায়বা কাওথোকখিহনা চন্দ্রাপিড়গী অশিবা হকচাংবু চেজেং কোনজরমই। অঙকপনি ঈশ্বরগী থৌজাল। যুবরাজ চন্দ্রাপিড়, তুমলুবদগী মীকপ থোকলকপগুম, অমুক হন্না থবাই হল্লক্তুনা হৌগৎলক্তুনা, ৱাজরবী কাদম্বরীবু চেজেং কোনবিকরমই। কাদম্বরীসু ইকাই হুংশি য়াম্নখিহনা মথংলেনগী মথানুংদা হিন্না হিন্না পাওদমজাখ। হুংভাইরবা পাও গন্ধর্ব্ব নিংথৌ চিত্ররথ অমসুং মহারাজ হংসদা কেয়ূরক্না তাকলমই অহুগা মদালেখানা মহারাজ তারাপিড় অমসুং মচা কায়নবগী মৈচাক্না ভাওরবী মহারাণী বিলাশ্বতিদা থগুহল্লমই। মী পূর্ণমক হুংভাইবা পাও অসি শিনবা থুং তাম্নরমই।

পুন্দরিকপু মহাকী মরূপ কপিঞ্জলনা লোয়ননা থাগী লৈবাক্তগী হন্নকলমই। চন্দ্রাপিড়না মমিত্তা পিগী ঈরা চেন্নহনা, পুন্দরিকপু মহাকী মরূপ বৈশম্পায়ননি হায়না কোল্লমই। হুংভাইবগী মথক্তা হুংভাইবা পাও অমনা বৈশম্পায়নসু মাগী মীওইবগী মশক্তা অমুক হন্না লাক্লে হায়বা পাও অসিনি।

উজ্জয়িনীগী নিংথৌ তরাপিড়, মহারাণী বিলাশ্বতি মন্ত্রি শুকনাস অমসুং অতৈ অতৈ প্রজাশিংগা উনহনা চন্দ্রাপিড়গা কাদম্বরীগা লুহোংবিরমই। মতুং থন্না লৈরগা চন্দ্রাপিড়না উজ্জয়িনীগী নিংথৌ ওইবিরমই অহুগা মপা ইবুংঙো তরাপিড়না পোৎথাহনা লাইনিংহনা হুংভাইনা মতম লেনখি।

---

# সাবর

থায়না মমাংঙৈদা মমিং চৎলবা মতিক মগুণ চাওরবা লল্লোনবা গুপা অমা লৈরমই। মহাক্কী মচানুপী তরেৎ লৈরমই। নোংমা মহাকনা মচানুপীশিং পুন্নমক কৌশিল্লগা হংলমই "ইচাশা নখোয়না অমুক লাইবক ফনা সুংঙাইনা লৈরিবা অসি কনাগী মপাল্লনো?" মচানুপী অহল্লা খুমলকই "করি হানো পাবুং, পাবুংগী নচা ওইনা পোকচবদগী ঐহাক সংসারসিদা অমুক সুংঙাইনা লৈজরিবনি পাবুং!" অনিশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা, মঙাশুবা অমসুং তরুকশুবা মচানুপী খুদিংমক মচে অহল্লা খুমখিবা পাগুখুমগা চপ মান্না খুমখিরমই। তরেৎশুবা সাতকুমারীদি অশুল্লা খুমখি "ঐনা সুংঙাইজরিবা অসিদি, ঐগী ইরাইবক্তা সুংঙাইমু হায়না তমলকপদগী সুংঙাইজরিবনি ইপা ইবুংঙো।" সাতকুমারীগী পাওখুম তাবদা মহাক য়াম্না শাওরদুনা হায়রকই "করি, নরাইবকনা তমলকপদগী সুংঙাইরিবা। কৈ, নরাইবকনা তমলকপা নংগী সুংঙাইবসি নখস্তনা শিনজদুনা সুংঙাইজক্করো? ঙসিমক ঐগী য়ুম থাদোক্তুনা নশাদা পৈশা অমা ফাওবা য়াওদনা চৎখিগদবনি।" মহাক্না দোলাই পুবা মীশিং কৌথোক্তুনা মচানুপীবু অথাপ্পা উমংদা হন্দোকউনবা হায়রমই। সাতকুমারীনা, মহাক্কী য়েন্থুমগা লংগা য়াওবা থুংলাই উপু-মচা অহুতদি পুর্জখিগে হায়না মপাদা

হায়জরব্দা য়াবিয়কলমই। সাতকুমারী দোলাইথক্তে কাথংগ্রে, দোলাই পুবশিংনা মাবু পুহনা উমং মাইকৈ পাংলকলে। মখোয়না হৈ-হৈ, হৈ-হৈ হায়না তান খাহনা খরা চংলকপদা হন্সুবী অমনা মখোয়বু অমুক্তা লেপ্পীয়ু হায়না খাম্লগা দোলাই তাম্না চওশিল-লক্ত্লনা হায়রকই "নখোয়না ইচাহুপীবু কদায় তাম্না পুবিগদো-রিবনো?" হন্সুবী অসি সাতকুমারীগী মপাগী মনাক্তা লৈরম্বা হুপীনি। মহাক সাতকুমারীগী য়োকচবীনি। দোলাইলেংশিংনা খুম্লকই "ঐখোয়গী ইবুংঙো মহাকগী মচাহুপী অতোনবীবু উমংদা হন্দোকলুনবগী য়াথং ফংলহনা পুরিবনি।" হন্সুবীনা হায়রকই "অহুদি ঐশু চংপা য়াওগনি।" দোল্লাইলেংনা খুম্লকই "ঐখোয়গী খোঙথাং ইনবা ওমলোইদা ইমা নঙবো।" হন্সুবীনা হায়রকই "ইচানা চংপা মফমদা চত্তবা য়াত্রবনি ঐদি।" দোল্লাই মমুঙদগী সাতকুমারীনা হায়রকই "ইমা দোল্লাইসিদা মী অনিগী কমকম লৈ, কাথংলকউ তোংমিল্লসি।" হন্সুবীগা সাতকুমারীগা তোংমিল্লরে। হুমিং য়ুংবা মতুংদা মখোয় বন অমা য়োৗরক্লমই। হুমিং তানিং তামাং তোৗরকপা মতমদা বণহুগী গুল্লবা ময়ায় য়োৗরকলহনা মখোয় অনিবু খনগ্লগা দোলাইলেং ময়ুমলোমদা হনখিরমই।

সাতকুমারী, মতমহুদা মহাকী চহি তরামরিদা মচওলকলি। অহুগী মথক্তা অচৌ অশাং কোম্দ চাওরকপা, মুংঙাইবতনা মথৌদাং ওইরকলবনি অহুবু ওসিদি মফম মরাং খওদবা খুদোং-খিরবা গুল্লবা উমং অমগী ময়ায়দা, হৌজিক বিধিনা করি

তমলিবা? মশাদা পৈশা অমত্তমু য়াওদে, চানবস্থ পুরক্তে। ওঃ অরাবনি থম্মোই য়ারবা লৈশাবী অহুপা হমুবী অমগা উজাও অমগী মখোণ্ডদা কয়হনা কণ্ডুনা লৈয়মই। মখোয়না মনাক্তা কমলিবা উজাও অহুনা মুংশিবা পোক্লহনা হায়রকই "লাইবক থীরবী মুপীমচা, ভাইহাক লৈরবদি শাহিং চাবা লমশাশিং মখোয়গী মচিঞ্জাক থিবা থোক্লরগনি। নখোয়বু শোয়দনা চাথোকপিগ্রগনি। ঐ নখোয়গী নত্তেং পাংগে। ঐগী ঈশা ( মণ্ড ) অসি লাউনা চেংথায়রকপা মতমদা মমুংদা চণ্ডলকউ। নখোয়না মমুংদা হেক চণ্ডলকপগা ঐনা থোঙ অহু চেক্লেৎ থিংজিনগনি। নখোয়বু কনানমু শোকপা ওমলোই।" মিংকুপ অমগী মমুণ্ডদা, মী মণ্ডানা কোনবা থুংকাংলোইদৌবা উজাওহু, মুমগী থোজাও অমা হাং-দোক্লমকপণ্ডম লাউনা চেংথায়রকপা উরহনা মখোয় অনিমক মমুণ্ডদা চণ্ডবিরমই। মখোয় অনিনা চণ্ডরবদা হায়গী হায়ণ্ডম মকুহ শুং নারা ভাইশিনখিরমই। মমথয়রবদা বনগী শাহিং চাবা লোংশা, কৈ, মকুনা, য়োংকুক কয়বা শামুগণ্ডা, চীংহমণ্ডম চাঙ-রবা শামু লমশা, হিংচাবা মায়বা চাওরবা মচী শাংলবা ইরোই মথল মথলগী লমশা কয়ানা মখোয় অনিনা চণ্ডহনা লৈরিবা উজাওহুগী অকোয়বদা মীগী মনম নথহদা ওরং ওরং ওংলাহনা শুরু শুরু নৈবা হৌয়কলমই। মখুজিন অচৌবশিং অহুনা খোয়ো খোয়ো খোগায়রমই। মাশা থুদেকলমই। চোংশিন চোংশিল্লুনা কয়া'মা থেংজিল্লমই। অহুবু অরেম্বদা তারমই। মপান্দ ভৌরবা পুম্নমক মমুংদা মখোয় অনিনা তারমই। সাতকুমারী অমমুং হমুবী অনিমক

করিগুম অশোক অপন লৈরমদে। "মুপীমচা, নোংঙাল্লে থোক-লকলো শা-কৈ পূম্মক চৎথ্রে।" হায়না উজাওগ্ৰ লাউনা চেং-থায়রমই। মখোয়না থোকলক্লগা, চাওর-চাওরবা উশা কয়া কয়া তেক্কুনা গুর গুর নোইহল্লুনা তাবা অহুগা উজাওহুগী মউ অমম্বুং মকু কয়ামুক ইহো হোগায়হুনা লৈরম্বা উবদা সাত্ত-কুমারীনা হায়রকই "পুকফবী ইমা, ঐখোয়বু চঙজফম পীবদগী, কল্ৰবা শাহিং চাবা লমশাশিংনা পান্দমনিংঙাই লৈত্ৰবা অৱাবা পীরমলে। ঐখোয়বু ঙাকপিয়ু।" অম্মম হায়রম্লগা অচোবা পুথ্ৰিহুদা চৎখিহুনা লৈখোম থৱা পুরক্লগা, হোগায়রবা মউ অমম্বুং মকুশিংহ মেনশিল্লমই অমম্বুং নপাশিল্লমই। উপাম্না হায়রকই "হুংঙাইরে ইবেম্মা; থোইদোকনা পংশোক শোকপা নত্তে। ঐনা য়ারিবদি নহাক্কীদমক্তনি। নহাকতি ঙরাংদগী চাখক্তবানি, য়াম্না লাম্মরিগনি। ঐদি উহৈ অমত্তা পীজনিংঙাই লৈতে। নহাক্কী শেল য়াওরবদি কৈথেল্দগী চান থক্লবা থৱা লৈক্লনবা হনুবীদা পীখো।" সাত্তকুমারীনা মহাক্কী খুৎলাই উপুহুদা কোয়খি খিবদা পাই মঙাথক কংলহুনা হনুবীদা পীরমই। হনুবীহু কৈথেল মায়কৈ পাংলকলমই। পংথাপ থাগুনা কৈথেল অম্না কংলহুনা দোকান অমদা চঙলহুনা পাই মঙাগী চেংপাক পীয়ু হায়রকপা দোকান্দারদা ইশি-শিনা নোকলপা হায়রকই "হনুবী পেং চোইবী, পাই মঙাগীবু চেংপাক তম্বা হৌনব্রা?" হনুবীনা দোকান অমদা অমুক অমদা অমুক কোয়চঙ চঙহুনা হংলমই। মমৈথংদা দোকান্দার অমনা মাগী মতৌহুদা হুংশিবিরহুনা পাই মঙাগী চেংপাক য়াম্না পীবিরক্লমই।

চেংপাক পুরহনা হন্থবীনা হন্নরবদা উপায়া সাতকুমারীদা হায়রকলমই "চেংপাক তংখায় অমনা নখোয় অমিনা চারো. তংখায় অমনা পুখ্রিগী মপাল অংকোয়রবদা চাইখোকউ। হায়রিব- হুনক মথোয়না তোরমই। মুমিৎ তারহুনা মখোয় অনি উবাওনী মচুংলো চওহনা লৈরমই। মনম কওলবদা, মাহোং চামা-চাথা খোকানকতুনা পুখ্রি মপাল চেংপাক চাবা লাকরমই। চেং- পাক মুরবদা মাপামা চোংশিন চোংশিনদুনা ফুরবদা কজরবা মতু য়াম্না ফেরমই। নোং তারতনা উপায়া মখোয় অনিদা মাহোং মতু খুমুনবা হায়রমই। মাহোং মতুশিংদু খুমরগা সাতকুমারীনা হায়রিবতাই লৈতনা কজরবা হুমাই অমা শায়রমই। হুমাই অদু পুহনা হন্থবীনা সহরদা য়োন্নুবদা লৈবাক্তুগী যুবরাজনা মমল য়াম্না পীহনা লৈখিরমই। মুমিৎ খুদিংগী মাহোং মতু খুম খুমগা হুমাই শা-শাহনা মমল য়াম্না য়াম্ন শিংতুনা য়োনবদগী মখোয় অনি মতম থরগী মহুতদা শেল য়াম্না পায়রকলমই। মখোয়বু কনাবিরিবা উপাল অহনা মখোয়গী যুম্ অমা শাকনবা হায়বি- রমই। থীজনমক, মী নেক্তুনা উমংগী উজাও কয়ামুক য়াম্ভনা রিম অমম্থং উপাক খায়দোকলমই। চেক শাহনা যৈ হৈরমই। থা থরগী মহুতদা সাতকুমারী অমম্থং হন্থবী মখোয় অনিগী চাওরবা যুম অমা শাবা লোইখিরমই। যুম শাবা লোইরবদা ঈশিংগী খুল্লাং চানবগীরমক অচৌবা পুখ্রি অমা তোগে হায়না সালান্থনারীনা লোলকলই।

সাতকুমারীগী মপাল্ মহাকী লৈজরবা চাওরবা জহাজ

তরামক সমক্রেদা লুপখিদ্রনা হায়নিংঙাই লৈতনা শেল মাঙখিরমই। মহাক মাল-চাং মরৌ-ইংখোল পুম্নমক য়োম্মোকহুনা মীগী শেল শিংদোকলমলগা মরৈবাক থাদোকহুনা, সাতকুমারীনা লৈরিবা মকমহুদগী পংথাপ থাম্লদবা খুল ১চা অমদা, মহাকী মুপী অমম্মুং মচামুপী তরুকা লোয়ননা লাক্লুনা লৈরমই। মহাক মুমিং খুদিংগী মশানা অকনবা থবক শুহুনা নোংম নোংমগী চয়া তাম্লমই। থবক কংদবা মুমিস্তা শেলসু কংলমদে। চয়া হেনবসু কোঙাইনি। মখোয় থবক শুকম-চংকম খঙত্রহুনা উমং অমগী মনাক্তা শাগৎলক্লিবা কোম্মুং অমম্মুং পুখ্রি তৌরিবা অদুদা থবক শুবা য়াওরুরগে হায়না লেপলমই। মহাকী মুপীসু থবক শুবা য়াওগে হায়রমই।

নোংমা সাতকুমারীনা, মহাকী কোম্মুংগী দোলান মথকী খোংনাও মপা অমদা কমহুনা, থবক শুবা মীশিং য়েংহুনা লৈরি- বৈদা, মহাকী মপাগা মমাগা মোৎলবা শেগায়রবা চরৈ নমথাঙ- নহুনা মহাকী কোম্মুং তম্না থবক শুনবগীদমক লাকপা উবদা মহাক হায়নিংঙাই লৈতনা ওকলমই। মনাইশিংদা মহাকী মপা মমা অনিবু মনাক্তা পুশিল্লকনবা হায়রমই। মনাইশিংনা থোক- লক্তনা “নখোয় অনিবু ঐখোয়গী ইবেম্মনা মহাকী মনাক্তা পুশিল্লকউ হায়রকই” হায়না হায়রমই। মাহু তাবদা মপা মমা অনি কিখিবনা মশা থক থক নিকলমই। মখোয় অনিনা অসুম য়েংবদা পুখ্রিহু তৌবা লোইশিল্লকপগী কিভম উরমই। মখোয় অনিবু পুখ্রি তৌবগী ইয়াং-চাবামগীদমক কারবগুম থম্লহুনা থোইনা হেন্না কিরম্মী।

(থাক্টনা মমাংঙৈদদি থোং শাবদা মী হাপনরমই অমম্বং অচৌবা পুন্নি ভৌবা লোইরগা মীনা ঈরাৎ-চাবান লাৎথোকনরমই ।) মথোয় অনিগী কত্রবা মল্লবা কিজোলশিংছু থম্লগা কজবা অহনবা কিশিং চোংদোকনবা পীরমই। অহুনবু চেম্না কোকচাওবী কানা মশা পূম্নমক পং-পং লাওনা কিরমই। অসুমনা ইরাৎ-চাবানগীদমক্তা কারবা মীশিংদি কজবা কিজোল হোংহল্লি। সাতকুমারীনা মপা মমা অনিগী মনাক্তা হেক চঙলকপদা অকিবা পূম্নমক শাই মাঙখিরমই। মপা মমা অনিগী মঙক্তা কোনশিল্লহুনা "ঐহাকসে নথোয় অনিগী নচা অতোম্বীনি" হায়রমই। মকম মরাং থঙ-খিত্রবা, ই-পাও অমঙা তাখিত্রবা মচাবু অমুক কুংবদা য়াম্না ফুংঙাইরমই। সাতকুমারীনা মপা মমা অনিদা মথোয়গা হেক কায়নবদগী থোকাগ্রবা থৌদোকী য়ারী পূম্নমক লীরমই। হৌজিক্তি মপা অহু, মহাক্কী মচা অতোনবী অসি মহাক্কী মরাই-বক্তা তমলক্নুনা ফুংঙাইজবনি হায়বা য়ারমই। সাতকুমারীনা মপাদা অমুক হন্না অচৌবা লম্লোনবা মী ওইনবা শেল য়াম্না পীরমই।

সাতকুমারীগী মপানা অতোপ অতোপ্পা অথাপ্পা লৈবাক-শিংদা চত্তুনা লম্লোনগে থম্লমই। মহাক হিথাংকম তাম্না চত্তুনা জহাজ হোনদোকক হোৎনরমই। অঙকপনি জহাজ অহু মকম লেংউ য়াখিত্রে। মহাক তৌকম খঙদনা লৈরমই। মমৈথংদা খঙলকলমই। মহাকনা চৎলমদাইদা, মহাক্কা লৈজিন্নরিবা মচা মুপী ভরুকমক করি কবি অপাম্বা লৈবিন্নকউগে হায়না হংলমী

অদুগা মহাকপু অমুক মী ওইনবা খেল য়াম্না পীরিবা মচানুপী অতোপীবুদি হংখমগ্রে। মরম অসিনা মহাক চংখৎ য়াদবনি হায়রবা খঙলদুনা মহাক্না নংকৈথগী হরকপদা করি অপাম্বা লৈরকউগে হায়না হংনবগীদমক থুনমক মী থমা মাতকুমারীগী মনাক্তা থারমই। পাওপুরা মীদু লাকপা মতমদা সাতকুমারীদি ঈশ্বরগী পূজাগী মতম ওইরম্মী। মপানী মনাক্তগী মী লাকই খঙলদুনা "সাবর" হায়না সাতকুমারীনা হায়রম্মী। সাবর হায়বগী অর্থদি "খাইথোং" হায়বনি অদুবু পাওপুরা মীদুনা সাবরগী অর্থ খঙ-দবনা, মহাক্না অপাম্বদি সাবরনি হায়না চংখিদুনা মপংহা "সাত-কুমারীদি সাবর পাম্মী" হায়রম্মী। মহাক অদু মখন্তনা চৎপা হৌরক্লম্মী। অসুম মখং মথং লৈবাক কয়া চৎলকপদা মহাক্না পুরিবা লক্নোনপোৎশিংদু শেল য়াম্না তোংলম্মী। মচা নুপী ভরুকী অপাম্বা পোৎ পুম্নমক ইরাই লাইনা লৈবা কংলমই। মচানুপী অতোপীনা সাবর হায়বা থোক্তুদি করিগুম্বা মকম অরুবদা কংবা লৈখিগ্রে। করিগুম্বা বন্দর, সহর অমসুং কৈথেল হেক থেংনবগা মচানুপীগী সাবর হংলমই অদুবু কনানা অরু-পুম্বা পোত্তুগী মমিং অমুক্তা তাখিদ্রি হায়রকলমই। মহাকনা চংলকপগী ইরোই লোইবা বন্দর অদুদা "ঐ সাবর পামই, ঐ সাবর পামই, সাবর য়োল্লরদি ঐ লৈজগে" হায়না সহর অমসুং কৈথেল মহুং চওদুনা কোয়রাও লাওরমই। মহাকনা লাওবদুদা মী কয়ামুক চও শিল্লকনা য়েংনরম্মী। মীয়ামদুগী মরক্তা লৈবাক অদুগী যুবরাজ য়াওরমই, যুবরাজ অদুগী মমিং সাবর

কৌরমই। লম্নোনবগী মচানুপীনা সাবর পামহই হায়বা তারহুনা যুবরাজনা মহাক্কী সাবর লৈ হায়রনা লম্নোনবনু কৌশিররগা হুমাইহ মচা অমগা মিংশেল মচা অমগা য়াত্তবা উমা শাবা উপু মচা অমা পুথোকরগা। "মাসি নচা নুপী ইথেম্বনা পামজিবা সাবর হায়বা পোত্তু নি" হায়রদুনা পীরম্মী। মতম কুইনা য়ানা থিক-হুমা তাত্তনা যংলকলব সাবর পুদুনা সাতকুমারীগী মপা মযুম মাইকৈ, পাংলকলম্মী। মযুম য়ৌরক্লদুনা পোৎশক থত্তদবা উপু মচা অহু মচা অত্তোনবীদা পীরমই। চুমগী উপু অমা তইর-থোক নিত্তদুনা য়ুমগী কাচিন অমদা থম্মই। নুমিৎ থরগী মতুংদা সাতকুমারীনা নীংশিংলক্কুনা উপু মচা অহু হাংদোকলুবদা কৈরবা য়াকেং মতুগী মথোক থুংপাইকমদা মমল য়াম্নবা মণি মুক্তানা থাম্নবা হুমাই অমা য়াওরম্মী। হুমাই অহু লৌথোকতুনা মহাক্কী হুমলম্মী। অত্তকপানি, থত্তহৌদনা মশক মতৌ কজরবা নুপা অমা মহাক্কী মমাত্তদা চপ ক্নেপ্তুনা লৈবা উরম্মী। সাতকুমারী তকপগী পনথে লৈথিত্রে। যুমা য়েংদুনা লৈরে। নুপা অদুনা হায়রকই "ইবেম্মা নত্তনা কৌবা করি মরমগীদনক্নো?" সাতকু-মারী অত্তকপগা লোয়ননা হায়রক্লম্মী "ইবুংঙো, নহাকপু কনানো?" নুপাদুনা হায়রকই "ঐ সাবরনি, নহাকনা হুমাই অহু হেক হুরদা ঐ হেক্তা লাকনি। মাহু যাক্লগী হায়রিনি।" সাবরনা হুমাইহু মহাক্কী মপাদা পীখিবগী বাক্ষ পুরুমক তমলমই। মথোয় অনি শকথত্তনরবা মতমদা অমনা অমবু য়াম্না নুংশিজরবী। যুবরাজ সাবরনা সাতকুমারীগী মনাক্তা মরি মত্তানি লৈরম্নগা

মরৈবাক্তা হনখিরম্মী। সাবরনা মপা ইবুংঙো মহারাজ অমস্তুং মমা মহারাণীদা সাতকুমারীবু মহাকী পুনশিন্নী লোয়নবী ওইনবা লুহোংনবগীদমক হায়জরবদা য়াবিরক্লহনা লুহোংনবগী থুমিৎ লেপ্লে। সাতকুমারীগী মচে তরুকস্তু লুহোংবা য়াওরমই। হয়াঙ কুম্মে য়াম্না চাওনা তৌহনা সাবর অমস্তুং সাতকুমারী লুহোংলে। করক চাওরবী মচে তরুক্না সাতকুমারীগী য়াইফ-মুংঙাই পুনসিহ্ন য়েংহনা থাজহনা লৈবা ঙমলক্তে। মরম অদুনা মখোয় তরুক তাম্নহনা মহাক্কী মপুরোইবা সাবরবু হাজোকপ হায়না লেপ্লবে। মখোয়না শিংশেল কয়ামুক শুগাইহনা উফুলঙম কুপহল্লে। সাবরনা ভুমগদৌরিবা কমুণ্ডা চাইশিন্নমই। ফত্রবা লৌতু শরৌ শীন্দুনা কত্তবা থোকনি খজদবনা সাবরনা কমুণ্ডা হিপ্পম্মী। মিংকুপ থরগী মমুণ্ডা সাবরগী মশা পুম্নমক অঙকপা কংনা শাখিনা অনাবা ফাওরক্লমই। মিংশেল মকুপশিংহনা মহাককী ভুখোংগী অহোবদা চঙখিহনা থাজমত্রবা অনাবা ফাওরকহুনা য়াম্না রানা নাহেরমই। মফম অদুগী মীশিংনা মহাকপু লায়কননরম্মী অদুবু সাবরগী অনাবা অদু কম্নন্ন ময়েং তাহনবা ঙমলমদে। সাবরবু থুনমক মহাকী লৈবাক্তা পুখিনবা থৌরাং তৌরমই।

মরৈবাক য়েৌরবদা সাবরগী মপা মহারাজ অমস্তুং মমা মহারাণীনা হৈরে হৈরবা অমাইবা অমাইবী কয়া কয়া কৌথত্তুনা য়াম্না কয়া লাইয়েংলমই অদুবু অরেম্বদা তারমই। কনানন্ন লায়নাগী লাইহিং থজবা ঙমখিদ্রে। নোংমা নোংমগী ফিভম কংচিন্নক্তে। শিবদা নমনা লৈরে। অথঙ অহৈ পুম্নমক খুং থারে।

সাতকুমারী, কয়াদা অরাবগী কিতমনো। জুহোংবা গাই-রিবা মপুরোইববু খওহৌদনা নারজুনা পুপ্রে। মাসিদবু করবা মুজা অমনা খাওহুনা লৈবা ওমখিগত্রা? হৌজিক মহাক কর-রিগত্রা হায়বসু খওত্রে অহৃগী মখক্তা মপুরোইবগী লৈবাক মহাক খওত্রি। মরম অসিনা মপুরোইবগী মনাক্তা চৎলগা মহাক্লা ওখা সেবা তৌরুগে খল্লহুনা সন্তাসিগী কিজে শেংলহুনা নাকল্লা খাংখাং অমা য়ানশিল্লহুনা সাতকুমারী সাবরগী লৈবাক তয়া খোঙখাল্লমই। নৌরবা মুজা অমা ওইবনা চীং-মান, ভু-খোং অমসুং উমং ক্লাবং শমহুনা লাকপদা য়ায়া চোকথরহুনা মহাক উজাও অমগী মখোঙদা কমহুনা পোংখারমই। মহাকনা কমলিরা উজাওহুগী উপা অমদা লাইগী শক্তি চওলবা উচেক বিহাজমা মতৈ-মনাও অনিগী মহুম শারম্মী। মতম অহুদা মখোয় অনিদি মচাপ্পাক থিবা পাইখিরম্মী। পীকলিবা পাইবা হৈত্রিবা মচা অনিখক মহুমহুদা লৈরম্মী। উচেক মচা অনিহুনা সন্তাসি শা-হুনা কল্লিবা সাতকুমারীবু কৌরহুনা অকিবা খোঞ্জেমা কল্লম্মী। সাতকুমারীসু করিনো খন্দুনা নাক-য়েৎ, ভু-মাঙ কোয়েং য়েংবদা অকিবা কংমা চাঙরবা মুগুক মুরবা লীল অমা মরৈ ক্, ক্ তম্রহুনা উহুদা য়েত্তুনা কাখৎপা উরহুনা, খুৎলৈ থুনা নাকলগী খাংখাং শৎলগা লিল অহু মকোঙগী খরা চৎথরগা এবং কক-থৎলম্মী। উচেক মচা অনিহু কিহুনা খোংলবা তোক্তুনা মথিং কিরুপ কিরুপ তৌহুনা মপা মমা লাকপা ওাইহুনা লৈরম্মী। আইহাক লৈরগা বিহাজমা মতৈ মনাও পাইনা ২ য়ারী শারম্মী।

অনাবা পূমকা ফগনি অদুবু হায়রিবা থবকশিং অসি ওসিনী হুমিং তরেৎনি শুবা কাওবগী মমুঙদা হিদাক থাহোক্লবদি যুবরাজ সাবর হিংবগী আশা লৈরে।" বিহারমীনা— "ইকুরেৎ চৎলবা লমদি কয়া শাংনা ল্বাৎলি।" বিহারমা—"[illegible] [illegible], চাও-রাকনা থা অমগী লমদী। অদু ওইরবসু মহাক্না ঐখোয়না চাশিংগী থবাই কনবিবগীদমক ঐনা মহাকী মতোং পাজনি। ইথক্কো তোংহন্দুনা সাবরগী লৈবাক কাওবা পূবিগনি।" উবক্তা উচেক অনিনা শানরিবা য়ারীশিংদু মথাদা সাতকুমারীনা তার-দুনা নোমুকনা হায়জরমই "থোজাল হৈরবা উচেক, নহাকনা ঐবু ইপুরোইবগী লৈবাক তাম্না অমুক্কা পূবিয়ু" মতোং পানা হায়না লৈরমলবা উচেক অদু পাইথরকলমই। সাতকুমারীনা হায়রিবা উনাদু ওমলিবা মথৈ হেকলগা মহাকী লৈতাং শতলবা কিদুদা য়োমশিল্লগা উচেকী মথক্তা কাথৎলমই। অহাঙবা মা-লংদা পাইথিদুনা পুং থরগী মমুঙদা সাবরনা লৈরিবা কোয়ুংগী য়াথোঙদা কুমথরমই। যুবরাজ সাবরবু লাইয়েংগে হায়না সাত-কুমারীনা নিংথৌদা পাও থাখিরমই। নিংথৌনা লাকলিবা পাও অদু করিসু থোশারমদে মরমদি করা ফরবা মাইবা কবিরাজ কয়ানা য়েংবদা করিসু কানবা ফংলমদে। হৌজিক অরোইবা মতম ঙাইদুনা লৈরিবনি। অদুবু অরোইবা ওইনা অমুক্তং য়েংশি হায়দুনা সন্যাসি শারিবা সাতকুমারীবু কৌশিল্লমই। সন্যাসিনা নিংথৌদা ঙাংখ তরেৎ অমম্বুং শজোম অনৌবা থরুং তরেৎ পীয়ু হায়রমই। নিংথৌনা হায়রিবা পোৎশিং অদু থুদক্তা পীরম্মী।

অন্যৗলিনা ভাংথমিত্থ ঈশিং থাম থাম হাপচিনগা মহাক্না পুমরিবা ঙৈরা পূমক ফুম্না তকথাইহুনা হাপচিনগা লায়োল ভরেং ভরেংনা মথুন চেংনা চেংনা থুনজিল্লুনা মুম্ন ফুংলমই। ফুংপা লোইম-ক্লম সাবনবু ঙাংনা তক্লেংকী ঈশিংনা ভরেংলক হন্না ঈকল-থোকপীরমই। অক্ষুপী মতুংদা থরুং ভরেংকী লেরোম্ন অনৌবনা ভরেংলক হন্না ঈকজথোকপিরগা মথুংমক্না মরাউ য়াওনা মিংথনা লেনা তৌবিহুনা সাবনবু অহিং অহু ভূমথুন হন্না মুস্তাইনা ভূমহনলমই। সাতকুমারীগী হিদাকী মওম্না সাবন্না ভূমলিংলা লিরিক মরুপ পুম্নমক মপান থোকথিরমই। নোং ঙাম্নকপগা যুবরাজ সাবরগী অনাবা দুমকা ফরম্মী। নিংথৌনা সন্যাসি অহল মমা মথুম য়াম্না পীনবা হায়রমই অহুবু মহাকনা লৌ-থিদে। যুবরাজ সাবরগী মথুক্তা শিরিবা থুদোংগু পীয়ু হায়রম্মী। মহারাজনা য়াবিরহুনা থুদোপ পীরমই। থুদোপ লৌরগা সাত-কুমারী মরক্ত মপান্দ চৎথিহুনা মহাকপু ঙাইহুনা লৈরিবা বিহা-নমাগী মথক্তা তোংথতুনা মমুম য়োথিরমই। হুমিং থমগী মতুংদা মিরাংগী মশক ওইরবা হুমাই অহু হুপ্পদা যুবরাজ সাবর সাতকুমারীগী মমাঙদা লেপ্লমই। সাতকুমারীনা থুদোংগু উৎলহুনা থোকথিবা মারী পুম্নমক লীরমই। সাবরনা মহাকী মথমাই ফনথিনা মীশক অহু মহাক্কী মথংলোন ওইরমথদা অতকপা অমসুং হুংগাইথিনা সাতকুমারীবু চেংলেং কোয়মই।

যুবরাজ সাবরনা সাতকুমারীবু পুম্না মরৈবাক্তা চৎথিরম্মী। মহাক্না মতৈমা তরকপু ঙাকপিথি। মতম থম্না লৈরগা নিংথৌ ওই-রহনা সাতকুমারীবু মহারাণী হাপ্পুনা মচা-মও ওথাং পোক্তুনা মতম শাংনা হুংগাইনা পানথি।

চাফু মসুংদা হয়িংখোয় ঙংবগুম ঙরং ঙরং ঙংহনতা মরেপ্রে। ঐজ্ঞাগী ইমুংদা শান্তি লৈখিদ্রে।

লায়রজ্ঞরবস্তু ঐজ্ঞা অসিগী থাগৎনিংঙাই ওইবা গুণ কয়া-মুক লৈরমই। মহাক মপুক ওম্মোকনা শেংঙ্গে, লৌনম-ল্যাংথাক তৌহনা ওইদ-বাহে ঙাংহনা কনাগুম্বা অমদগী করিগুম্বা পোং অমত্তা লৌখিদ্রবা মীশকনি। মহাক্না হেক মীরোল তায়কপদগী হৌনা শিব-দুর্গা অনিগী মিংলেনবু ত্রি সন্ধ্যাদা চামনিপান্নক, ২ শোন্দুনা অমমুং মুক অঙাংবনা চামনিপান্নক ইদনা মহাকনা চাব-থকপা হায়বসি লৈখিদ্রবনি। মহাক্না দুমিৎ খুদিংগী ত্রি সন্ধ্যাদা শোন্নি "ওঁ দুর্গা ওঁ দুর্গা — — ইমা ইমা — — জগৎ মাতা জগৎ মাতা — — লায়রববু থৌজানবী, অরাববু কোকপীবী, তোল্লববু কনবীবী। ঐহাক য়াম্না লায়ররে, ঐ ওম্মোক্না বারে অমুক্তং কোকপীয়ু। ওঁ দুর্গা ওঁ দুর্গা ওঁ দুর্গা।

ঐজ্ঞা অসি চাক তাংবা কুম অমম্ভ নংখোকখিহনা নোংমা নোংমগী অরাবা অসুম অসুম হেনজিল্লহনা নোংমদি ময়ুম থা-দোকতুনা মখোয়গী ময়ুমদগী য়াম্না থাপলবা মকম অমদা মীনা চঙবা ঙমনদ্রবা বন অমদা চৎখিরমই। মকমদুদা চৎলহনা শিব দুর্গা অনিবু মপুকনিংলা চেৎনা লাকশিন্দুনা মমিত্তা মপিনা তুরেলগুম চেম্বহনা খোনজেল বাংনা দেবী মাতা কৌজহনা কপ-কলই "ওঁ দুর্গা হো ইমা ভৈগ্যবতি, নঙ ঐগী অরাবসি কোক-হনবিররোইদ্র? সংসার অসিদা ইথত্ত ওইরম্নবদি করিগী অশুক বারুগনি। অহুবু নহান্না মুপী অঙাং কয়ামুক পীশিনবিহনা ঐ

সংসারগী অরাবদা ঈরাক্লয়ে। অমুক্তা কনবিয়ু, অরাবা কোক্লবা উপাই শীনথিয়ু। ওঁ দুর্গা ঈমা ভৈগ্যবতি ওঁ দুর্গা ভৈগ্যবতি ঈমা-ঈমা-ঈমা, থামোন লায়রবা অচুমা কপ-লাওচুমা শিব-দুর্গা অনিবু কৌচুনা কপ্পা তাপ্পা অচুদা, শিব-দুর্গাগী অমুক্কী হরা চাবা থোক্লকপদা লম্বীদা হেক থেংনক্লরে। দেবীনা অথাম্লদগী থামোন লায়রবা অচুবু উয়রচুনা মহাদেবদা হায়জরকই "কৈলাস পতি ইবুংঙো, উবিরিবরা আদগী ব্রাহ্মন অসে, মথক্কা ঐবু-ঙুমিং থুদিংগী অরাবা কোকপীয়ু হায়না অতং অথম নাইদনা শোললিবসি। ঐখোয়বু মাগী অরাবা অসি কোকহন্দনা তোক্ল-গত্রা প্রভু? মহাক্কী ইমুঙ মচুং অসিনা মপুক থল্লা চারক্তবা মতম কল্লা কুইরবনো দিননাথ?" শিবনা হায়রকই "প্রিয়ে, ঐ খা হায়গে তাও, শীওইবা হায়বা লাং অসি য়াম্না কত্তবনি, মখোয়না দুংঙাইরিঙৈ মতমদা ঈশ্বরবু থক নীংশিংদবনি। মহাক্কা মমুম মকৈ পাল্লকপা দুঃঙাইরিঙৈ মতমদা নহাকপু 'ঈমা ঐ দুংঙাইহিরে' হায়না নীংশিংবিবা ঐ তাখিদে। হৌজিক য়ারক্লবা মতমদা মহাক্কী ওইজবা থিরকলিবনি থোশাক্লগনু প্রিয়ে।" দেবীনা খুমলক্কই "তাকপিরিবচুবু করিনো খামিজি? লাই ঐখোয়না পুকচেল অচুক পীক্লবদি অসি সংসার কদায়দগী শক্তি য়ারগদগে? মতম অমদা নীংলমত্রবগু হৌজিক্তি নীংলেদনা। মী পূরথক পওলথলগী শিংলকপা ঙাক্তনি, লাই ঐখোয়দৌনা হেক্তে শিংবা পোকললকউ হায়রবদি কদায়দগী য়াগদগে ভূটনাথ।" অমুক্কা উক-শিল্লকপচুদা মহাদেবনু দেবীনা হায়রিবা অদিগু অচুবা অমনি

খন্নুনা "হোয়, নহাক্না থোকপা অমা ভোয়ো।" হায়বিদুগ মহাদেবগী য়াথং ফংলবদা দেবীনা মকম অহুবাইদগী লৈপাক থয়া লৌরগা খুদক্তা ফজরবা চক্ষু অমা শারে। হন্নক দেবীনা শারিবা চক্ষু অসি অঙকপগী শক্তিনি। অসিগুম্বা চক্ষু অসি পায়রগা দেবী মাতানা বামোন লায়রবগী মমাঙদা চপ লেপ্লহুনা লাওরকই "হাই ব্রাহ্মন। নঙনা ঐবু নীংজবা উবদা ঐ য়াম্না পেল্লে, মহাক্কী অরাবা কোকপীরগে। সে চক্ষু অসি লৌজৌ। চক্ষু অসি মমায় হেক লুকথবদা হাওরবা ক্ষীরনা ঈচেক নাইনা চেনথরক্কনি, মাহুনা নহাক, নহাক্কী হুপী অমসুং নখোয়গী অঙাংশিং পুম্নমক চাবদগী লেমহুনা নঙনা য়োনগে হায়বমখৈ য়োনজরা ঙম্মগনি" অসি হায়রমলগা দেবী মাঙখ্রে। ব্রাহ্মনা মাতাবু হন্না হন্না থাগৎলহুনা, নীংগদবা ঈশ্বরদি মহাক্কনি হায়রহুনা চক্ষু অহু পুরহুনা মকম অহুদগী মখোঙনা মাবু অহুক্কী য়ুভিক য়াঙনা পুবা ঙমলিবমখৈ থুনা য়াংনা চৎপা হৌরকলম্মী। থয়া চৎলগা মহাক থংলেপ লেপ্লগা দেবীনা পীরা ইহাং হ্যাংবা চক্ষু অহুগী মগুণ য়েংথোক্কে থল্লহুনা চক্ষু অহু লৈপাকলোমদা য়মাই হেক লুকথরগা থোক থোক নোমমুবদা কদোমদক্নো থঙহৌদে কপ্রবা শঙ্গোমদা কৌরেন অমুবীগী মচং তেকতবা চেংনা থোংবা এলাইচি, কর্পুর কিসমিস য়ুবি, অমসুং মসুং চপ চানা হাপ্পবা চিনি, ভোয়োক ভোবা নঙ নঙ দাওয়া শঙ্গোম ক্ষীরনি লেপ্পা নাইত্রবা ক্ষিরগী ঈচেম্না জর জর চেন্থরকুনা মকম অহু পুমথল, শঙ্গোম ক্ষীরগী ক্ষীরমকা। কবি

অমুক হাক্সরসিংগে মনমহৌদা মীদি লায়রহুনা খোইমু, হয়িংখোই উচেক-ওয়া কাওবা নংহোরোইদবগুম পাইশিল্লকইবা চেনশিল্লক-ইবা অহুকী মতিক হুংশিঞ্জবা মনমনি। ক্ষীরনা খাংমুক ৱাংনা হেক্তা পৈহনা লৈরে। বামোন অহু ঙকলেদ্রা মুংঙাইরেদা। মহাক ক্ষীর অহু থরা য়োমশিল্লগা ময়ুম লমদম পাংলকলে। মানা অয়ুম লাকপদা হুমিং য়াম্না খেংজিল্লক্লে মবুকসু য়াম্না লাম্লক্লে। তৌইগুম্নসুং মহাক্তি দুর্গা মাতাগী নাম চামনিপাল্লক অমুক শোনবা অমুক ইত্রিমখৈদি চাবা থকপা থক তৌদে। মহাক্না অয়ুম লাকপদা মীথুংশং ( ধর্ম্ম শালা ) অমা থেংনরম্মী। মাহু অচৌবা পুখ্রি অমগা খোইমা থাম্লরমদে। মকুম অহুদা চঙলগা পুখ্রিদা ঈরুজখোক্তুনা লাই শোল্লগা হাওরবা ক্ষীর চাগে হায়বা ৱাখল তৌহনা মহাক মীথুংক্ষম শঙদা চঙলক্রম্মী। মনাক্তা চফু অহু থম্লহনা হিদাক ঙাম্নক অমা থকলগা মশা অহু ঈরুজরমদাইগী তৌবা হৌনবা হঙাম খাও নোইরহুনা লৈরমই। মহাকনা ঈরুজবা চংলমদাইদা মীথুংক্ষম শঙগী মুমবু অহুদা মহাকী চফু অহু য়াম্না চেকশিন্না থম্মীমু হায়না হম্না হম্না হায়রল্লগা মহাক ঈরুজবা চংগ্রে।

লৈপাকনা শাবা চফু অহুবু য়াম্না চেকশিম্ন হম্না হম্না শিম্নরম্বহুদা মুমু অহু ঙকলমই অমসুং চিংনরমই। খঙনিংবা অমা য়াওরহুনা চক্লুমহুঙদা করি করি য়াওরিবগে হায়না য়েংলমই অহুবু করিগু থেংনরমদে। মসিবু করম্বা পোত্তানো করিগীনো হায়না মুম্না য়েংলমই। বামোনে অহুনা অহাংবা চফু অমগীদমক

ঐহাক লুনা চেকশিন্না হায়রিগী শিন্নরমলিবনো ? অসি থম্লহনা চকু অমহু থাঙতুনা য়েংলম্বদগী মমাইহ অমহু মথাদা হেক্ক উপধ-রুবদা থঙহৌদমা কজরবা মনম হুংশিনবা ফারমক্তা ওর ওর হৈথরকলে। মমুনা মহাকী হুপী অঙাং পুম্মক কৌহনা হৈথ-রকলিবঃ ফীর অহু ইমুংছদা কৌথু, কোফাল, বালচিল, সেনা-বুল, পুথম তেংগোং পুম্মক থম্না হাপচিল্লে। মুমু অহনা মসিদি মান্না কমিত্রবা অঙকপগী পোংনি হায়বা থঙলহনা চকু অহু নানা লোংশিল্লগা মাহুগা চপ মান্নবা চকু অমা হান্নগী মকমদা ইকাই কাইদনা থমলে। বামোন্না ঈরকবা অমণ্ডং দেবীগী নাম শোনবা লোইরহনা মফি চোংনা চোংনা ধর্ম শালাদা লাকলে; বৈদগী মত্রনচিংথা থীবা লোইরহনা অকংবা মফি হোংদোকলগা দেবীগী মমীং চামনিপান্নক মুক অঙাংথনা ইথা লোইরহনা মহান্না ওশাই য়োমলকপা ফীর অহু পুথোকতুনা দেবীদা কংলগা চান্নে। অহুদগী মমুমদা চংলগে থম্নুনা মুমুল মহাক থনবা চকু অহু পীগো হায়রমই। মুমবুনী হায়রকহু ঐঙ্গা অসিদগীসি ওইরবগা ? ওশাই ঐঙ্গানা থমথিরগু। অহুদগী কনাম্ন শোকউ-লাকউদে।" বামোন অহুনা করিশু চিংনবা লৈতনা চকু অহু লৌরগা মমুম মায়কৈ পাংথরে। চংনী চংনা মথন্ত থনজরমই" দেবীগী থৌজান্দগী ঐ অসি লাইথক কবা হায়বহু ওইরেন্দা। ওরাং রায়মই ওসি হুংঙাইরেদো। ওরাং মীনাই ওসি মপু। আঃ মীওইবগী পুনশি থুবাক থুনমদনি। তান্নবলগী মমাথবা মমলথদগী তাংহোকপকপা। রাজরকলবী মম্নাইথক

লীরবী ঐগী মুপীনা করা হরাওজগবা। চাবা কংলুক্রবা ঐগী ইচাশিংনা, দেবী মশামকনা হৌগ্রবা লাইরমশেনগী ক্ষীর অসি মপুক থম্না নাথাঙ থুম্না চাজবা ফংলগদৌবা। ঐ শোয়বনা ইনাক খুনবা মী অমা ওইরগদবনি। ইমা ইবেম্মা লক্ষ্মীনা মথোঙনা থোংনা চেনশিন্নক্লবদা থিংউ-লাকউবা য়াব নত্তেবে। মতম খরগী মমুংদা ঐ মীকোক থোংবা ফমা ওইরগদবনি। মী পুম্নমকনা ব্যবহার তৌনরগদবনি।” অমুম্না মুংঙাইরবা আশং অমদা তাওরক্নুনা লাকপনা মম্লম য়োৌখিবা থংহৌত্রে। কোম্বোং য়োৌরম য়োৌকাক্সিনৈনা লাওরকলমই তারিবরা লাইবক কবী ইবেম্মা, ইচাশা নথোয়স্লু থোকলকউ ঐনা পুরকলিবা চক্ষু অসি মৈংক্লো লাও, মতৌদবু ইচম-চম্না উবদনি, মসি ঐথোয়গী মাইক-মুংঙাই পুম্সি অমা পুরকনবা দেবতানি। চক্ষু অসিনা হেক উপথবদা, ভগিরথি গঙ্গানা হিমালয় চীংক্নাওগী নাপোমদগী ঈরম নাইনা চেম্বরকপগুম চক্ষু অসিগী মমুংদগী নথোয়না নপোকচৈদগী অমুক্না উরকথিত্রিবা ফজরবা মনম মুংশিরবা অমমুং হাওরবা শজোম ক্ষীরনা ঈচেল নাইনা অরোই অথম লৈতনা চেম্বরকপ উরগনি” হায়রমলগা অচৌবা লাই খুদেং অমদা চক্ষু অন্থ থোক উপথরগা থোক থোক নোমলমই। ঐজ্ঞানা চক্ষু অন্থ লুপথরগা হম হম্না থোক থোক নোমলমই। অমুক লোংথংলি অমুক লুকথৈ হম হম হোংনরে ক্ষীর তারকপা মরৈখিত্রে। মপুক মপাও ফরবি বুধি লৌশিং চঙথোক্লবী থৌরানিনা মপুরোইববু ঙাওরে

হায়না কয়া মখমম্রে। ঐজাহুদি রাখিবনা মশা পুম্নমক হুমাংদা পুমচোং চোংখ্রে। মশা থক থক মিকথ্রে। দেবীনা পীরকপা মগুন লৈরবা চফুহু ধর্ম্মা শালাগী য়ুমথুনা লৌহৌরগা অচম্বা চফু অমনা মহুং শিনজিন্দুনা পীরকসবনি হায়না মহাক্না থাজৈ শেংনা খগুলম্মী। মথংগী হুমিত্তা চম্বুনা ধর্ম্মা শালাগী য়ুমবুদা মহাক্কী অকবা মগুন লৈবা চফুগী মহুত্তা অচম্বা চফু অমা শিনজিল্লে মহাক্কী হায়গী অচুম্বা চফু অহু পীয়ু হায়রকপদা য়ুমবুনা বামোন অহুবু ওন্থোকনা ফজখিত্রবা মগুংদা, হুরামবনি হায়জিনহুনা য়াম্না শাখিনা ফুবি-চৈবিরে অমম্নুং মকম অহুদগী মণ্ডকম্ত্রে লাক লাক্কুমা ইথোক্কুনা য়াম্না থাপনা ভাম্থোকখ্রে।

থোকউ হায়বদা থোকউ য়ারবা মনি মতুমবু মীনা লিক্লি অকায়বা মচেং শিনজিনবিরম্নবদা য়ায়বা গতি লৈত্রবা বামোনা দুর্গা মাত্তাদা য়াকংচরুরাগে থল্লহুনা অমুক হম্না মহাক্কী হায়গী লাইনিংকমদা লাক্লে। পুকচেল শেংলবা ব্রাহ্মনগী মফমদা শিব দুর্গা অনিমা থৌজানবিখি। দেবীনা হায়রকই "ঐনা পীখিবা চফু অহু মাগুহনগ্রবনিনা অসিমা অমুক লৌত্রয়ো।" হায়হুনা অতোপ্পা চফু অমা বামোনগী মখুত্তা পীরমলগা শিব দুর্গা মাঙ-খিরমই। ব্রাহ্মনা শিব দুর্গা অনিবু হম্ন হম্ন ভক্তি কংলগা চফু পুরহুনা ময়ুম লমদম পাংলকখি। থরা চংলগা লেপ্তুনা হায়গীগুম্না ক্ষীর তারকপ্রা য়েংগে হায়হুনা থোক চেপথরুবদা ক্ষীরগী মহুত্তা থোকলকপা মুত্তিশি দো হেক উরুবদা ঐজ্ঞা অদো থংপ্রেক থংই, কোকচাওবী ফুং কাই মনিংদোল পিং পিং চোংই,

য়েংবদা হন্দোইদিংঙাই, ভুক্চদিংঙাই অমঙ্কুং কিনিংঙাইনি। ভজং ফরাম্নি শক্তম্‌শিংদো। ইস্'ঃ মমিৎ থেঁরুম মঙ্গা লীংজং মনাতোন কোক্নু', মথোঙশিং অহুমা থগ, শগোল, ইয়োইশিংগী মথোঙ ভাক্কা পাম্নি, মতুম্‌ জোম জোম চোম্মি। কুচুশিংহু ভাংবং ভাংবম্ম য়াওই মুত্তক মুবম্ম য়াওই মরীং মরাংবম্ম য়াওই অমত্তা মাল্লদে। অতুপা মখোয়মা পায়রিবা খুংলাইশিং অতুম্ম অতক্‌পদি শৌগিদাক অমুবগী মহৈদা ভিংখংনা য়োমল্লনা লৈবগুম গদাগী পাংখোকপা মতৌন্দা য়োপিনা শৌ শানা পানবা গদা পায়বা ফাংলুপ অমা, থল্লিগী লীংজং য়াল্লবা পাক চাওরবা লীংজং পায়বা কাংলুপ অমা, থম্মা মানবী ভাগী মমৈ পায়বা কাংলুপ অমা অহু নত্তবা অতোপ অতোপ্পা খুংলাই পায়বা কাংলুপ কয়া অমা চফু মখুংদগী ফল ফল চোংখোকলক্তুনা ঐজা অহু মখোয়না পুমকোয় কোয়শিনথ্রে। য়াখিথ্রে থামথ্রে অমা অনি অহুম মরি মঙা এঃ তরা ইস চাম্মা, ইমাইপেম্মা চনি ওহুম মশিং-ককা থীবা ওম্বা পোৎ মণ্ডে। হিংচা য়াইতম্বা ভুট-প্রেতমত্তা। মখোয়মা ঐজাদা ফুবা থিনবা কাউবা হৌরকলে। মসিদি মাঙ-লেদমা, শিব তারৈদনা হায়রুনা পাইরকী রাখল অমা হেক লাক্তুনা বাথেম্মা চফু অহু খোক লোংখংপদা হিংচাবা মরাম অতু থাই মাঙথ্রে। ঐম্মা অতু চফুদুবু লেককপা কাওবা শোক-নিংথিথ্রে শক্তাশিংহু উবদা থিথ্রে। দেবীদা অম্রুক হন্দোকত্রগে নিংলমই। মহাত্মা অন্থুম রাখল তৌবদা শহুম মসিদি য়াম্মা কায়বো অমা লৈরে। ঐগী কীরগী চফু হরানবিবা থর্মা শালাগী মুনসুহ

ঙসিদি মতিক খোকপা লাকনগে ময়াম মমাংদা ঐবু হুরানবা শীহুনা ফুখিবা, ঙকশম লাক্নুনা ইনখিবা ঐ শিবনা কপ্রবনি। মীগী মরল পাম্বা। মহাক পারা য়াম্না কাপ্রি ঙসি ঐনা তঙী-রুগনি। প্রশাড লাগি লজ্জা পাই, নারী লাগী লাঠি খাই, ধন লাগি প্রান যাই হায়বসি মহাক খঙদ্রি। ঙসিদি মহাকী অহুমগুবা পারা ধন লাগি প্রান যাই।" শাওগন্দবা ঐজ্ঞানি অহুবু এতম্বাই অহুমগী মমুংদা শোকপা থবক মীনা তৌরক-পসিদা য়াম্না শাওরে মথরাই চাকপ্রমায়ে। চফু অহু পাম্বরগা থম্মা শান্না ভাম্না লাক্লহুনা য়ুমবুগী মনাক্তা হাম্নগী অহুগুম ইকায় কায়দনা মহাক ঈরুজবা চংলুগে চফু অহু য়াম্না চোকশিন্না শেম-বিরমউ হায়রহুনা য়ুমবুগী মনাক্ত চফু অহু থনমলগা মহাক ঈরুজবা চংখিরমই। য়ুমবু অহু হুরাওরেদা মুংঙাইরেদা। "ঐমুক লাইবক কবা মীশিবু মালেমসিদা লৈরমখিগদ্রা? নহাক মুকী মপোক্তা ঐ অসে দান য়াম্না তৌরকপ্রবা মীনি মাহুগী ফলনা হন্দকী মপোক অসিদা অহাও অথুম শন্দেশ কয়াগী ঈফুংনা পেরে ওইনা শৌররিবনি "অসি হায়রহুনা মহাকী মুপী অঙাং পুম্নমক কৌথোকলহুনা কোর্ফু, কোর্কান কোম্পাক অমমুং বাকটিল পুম্নমক পুথোকলকউ হায়রহুনা পুথোকহম্নক্রে অহুপা অমুক হায়-রকই" "অহানবগীহুনা গুপগী স্কৌরদা, হন্দকীসিনা মথল মথেলগী শন্দেশ" হায়রম্নগা চফু অহু খোক হেক উপথবদা য়ুমবু অহু খোংথাক লোংনা পত্রাক লাওনা লৈপাক্তা লুখম রৈহুনা ভাবনা, মুংখিল পোবোপ্পা থরানমিচাকী থরানমিচাকমক্তা মমাঙদা কিজ্রিং

ফিত্রিং চোংহুনা শায়ব উবদা মহাক ঞাঁন মাঙলমই। কনাগী মুপী অঙাং পোৎ-চৈ মকি-মরোল মকম মরাং অমত্তা থঙখিত্রে। অয়ো ইমা অয়ো ইমা, ঐবু থরা কনবিয়ু ঐবু থরা কনবিয়ু হায়বা রাহৈ অসিনা পূমনিল নিনখ্রে। য়ুমবু অহু হৌগৎচবা ঙমখিত্রে। অমনা অমূক কাও, অমনা অমূক খিন, অমনা অমূক নেৎ অমনা অমূক ফু মশা অহু পুমখিৎ খিৎলে পুমপোপ পোপলে লেংবা য়াত্রে। কা অহুদগী হেন্দোক্কুনা ধর্ম্মশালাদা লৈরিবা মী পুম্নমক ফুবা খিনবা অমসুং পোৎ মাঙহনবা হৌ-রকলে। অহুদগীসু হেন্দোক্লক্কুনা থংনবা মুকানশিংদসু পোৎ-চৈ মাঙহনবা হৌরকলে। মী পুম্নমক মথরাই হিংনবা চেয়খ্রে। তানজাসিদা ব্রাহ্মনসু ইরুজবা লোইরহুনা হল্লকলমই। য়ুমবুনা ঐজ্ঞাদা মহাক লানজরে মখোয়বু মথরাই অমুক্তদি কনবিয়ু হায়না খুরুমলমই। বামোন্না মহাক্কী শঙোম ক্ষীরগী চফু অহু পীয়ু হায়রমই। য়ুমবুনা খীন্দনমক অশেংবা ক্ষীরগী চফু অহু পুখোক-তুনা বামোন্দ পীরে। বামোন্না ভুট-প্রেত হিংচা য়াইতন্না চোংখোকলকইবা চফু অহু হেক লোংখৎপদা পুম্নমক শাই লাঙনা মাঙখিরমই। চফু অনি অহু পুরহুনা ঐজ্ঞা অহু ময়ুম পাংলক্লে।

ময়ুম য়োরবদা খোঙজাও অমসুং মিচ্ছুৎখোঙ পুম্নমক থিং-জিল্লগা, মহাক্কী মুপী অঙাং পুম্নমক কৌশিল্লগা অচৌবা পাত্রা অমদা ক্ষীবগী চফু অহু উপথরগা থোক থোক হেক নোম্বদা কজরবা, মনম মুংশিরবা ক্ষীরগী লোইবা নাইত্রবা ঈচেম্না ঈচেন নাইনা চেম্বরক্লে। ওইখোক্কুবা থবক অহু উবদা ময়াম পুম্নমক

পুমণক ওঙ্গখ্রে। কুমন্দা কয়া মপুক থল্লা চাবা কংলক্ক বা ব্রাহ্মন, মহাক্কী মুপী অমসুং অঙাংশিং পুম্নমক মপুক থল্লা পোল্লা চারে। অচুদগী মথংগী মুমিত্তগী মখোয়গী ময়ুমদা ক্ষীরগী চুকান অমা কল্বা হায়না লেপ্লরে। চুকান কমলে। খুনগী মী পুম্নমক ক্ষীর লৈবা লাকনরে। চাবদা অশুক্কী মতিক হাওখ্রে। করি-গুম্বদা কনাগুম্ব ঐজ্ঞা অমত্তনা অসিগুম্বা ক্ষীর হৌহনা চাখিজ্র। মশকনা কজরিবা, মনমনা মুংশিরিবা থুমন থুমলিবা অঙকপনি। অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্তা অমসুং সহরদা অসিগুম্বা ক্ষীরাঙ চানখিজ্রি হায়ত্তনা লৈবাক কাওরে। অথাপ অথাপ্পা লমশিংদগী ক্ষীর লৈবা লাকনরে। ঐজ্ঞা ক্ষীর য়োনবা হায়না লৈবাক কাওখ্রে। মতম থরগী মমুংদা মহাক ইনাক খুনবা হায়বগু ওইরে। অচৌবা চেক্কী য়ুম শাগৎখ্রে। ইনাক খুনবা অচৌ অশাং অমনা লৈবা হৌনবা মওংদা লৈখ্রে। লম্বী অথুবদা লোংথৈনবদা মীনা কৌবিরমত্রবা ঐজ্ঞানি অচুবু ওসি মী পুম্নমক ব্যবহার তৌনরে। শেগায়রবা লাইশঙ ওইরিবৈদ খুনগী মী অমত্তনা লৈ মনা অমা ফাওবা কৎপীথিত্রবা লাই অচু ওসি চেক্কী মন্দিরদা লোংশিনবদগী মথল মথলগী শিথা থিন্নরকলে। সন্ধ্যাআর্তিগী নতমদা খুনগী মী তিল্লরে। পুং-কর্তাল পুনরক্কুনা শৈহেক নাইন শৈশকলরে। সন্ধ্যাআর্তি লোইরকপদা দেবীনা পীরকপা চকুদগী খোকলকপা ক্ষীরনা প্রসাদি কংনরে।

মোংম্মা ঐজ্ঞাগা থৌরাম্নিগা অরুবা থবক অমগীদমক ময়ুর-দগী চংখোকলমই। মখোয়গা মচ্যাশিংনা মপা মমা অনিমা-

ক্ষীরগী চক্‌ উপথরগা নিকপদা ক্ষীর ওর ওর চেক্লকপা অহু মখোয়না য়েংবদা য়াম্না হুংঙাইরম্মই অমসুং মখোয়স্মু নিকমিংলম্মী। ভাত্রা কংলহনা পুংকক চাওরবা অঙাওবা মচাদুপা অনিহুনা চক্‌ অহু কমা মুন্নরম্মই। ওঃ ওম্বোকপবি। চক্‌ অহু নৈপাক্সা ভাহনা পুমভোক ভোইকা কায়থিরম্মই। ঐঙ্গানা হন্নকপদা চক্‌ কারবগী পাও তাবদা মুক্নাগুম চপ মুংহনা কুচু তাইকেং তাইমা লেপ্তুনা লৈশ্রে। শাওথিবনা মমিং ঈ কারহনা মচাশিংবু ওন্থি-মথৈ ফুদংলে। অদুবু অঙাং কুরুবরদি মিত্রংগী চক্‌ অহু অমুক হন্নকপগী মবক লৈতবনিনা ফুবা ত্তোকলে। থরা লৈরগা বামোন অহু মহাক্কী মহৌশাগী লাই নীংকমদা অমুক হন্না চং-শিন্নহনা দুর্গা মাতাবু কমা নীংজখি। চানবিহৈরবা শিব দুর্গা অনিনা দর্শন পাবিখি করম্না ক্ষীর চক্‌ কায়থিবগে হায়বা তাবী-রহনা অত্তোপ্পা চক্‌ অমা পীরগা হায়রকই "ঐনা হন্নক পীরিবা চক্‌ অসি কায়থিবা নত্রগা মাংথিবা থোকলবদি অতোপপা অমা'মুক পীররোই।' বামোন অহু মুংঙাইথিবনা অতোপ্পা মকম অমদা পল্লুবা তৌদনা মমুম তান্না পর-পয়প লাকলে। মমুম য়োরবদা মমুমগী থোঙাও অমসুং থোঙনাও পুম্নমক থিংজিনগা মহাক্কী কুপী অঙাংশিং কৌশিন্নহনা অনৌবা চক্‌ অহু অচৌবা পাক্রা অমদা উপথরগা থোক থোক নোম্বা অঙকপনি. অশেংবা কশ্রবা মনগী থাবা তাওবা থোং থোং লাওরবা তৌরোক তৌবা খুজি, সিঙ্গারা, পেরা, নিমুকি, খজুর, রসগুল্লা, জিলিকিনচিংবা লাইশিংতনা চাগদোবা হাওপ্রবা কোং কোং শারবা শক্তোক

কয়ানা মখল মখেল নাইনা অতৎ অখম লৈতনা চফু মনুঙদগী কল কল চোংথাকলক্লে। ঐজ্জাদো লোইয়ে। মুংঙাইবগী পম্ভেংলে। মুমিৎ অদুমক্তদা মুকান অমা কমমুনা শন্দেস ময়াম অদু য়োনবা হৌরকলে। য়াম্না থুনা ঐজ্জাগী শন্দেস অদু মমিং চৎখ্রে। অথাপ অথাপ্পা লমশিংদগী লাক্কুনা মীশিংনা হাওরবা শন্দেস লৈরবদা ঐজ্জা, থৌরানী অমম্মুং মচাশিং চঙমুনা তম্বা ওমখিদ্রে। অঙকপগী পোৎশিংনি হুন্দক্কী অনৌবা মুকান অসি থুনমক হাম্নদগী শরুক য়াম্না হেন্না শেল পায়খৎলক্লে।

অম্মুম্না বামোন লায়য়রবনা খঙহৌদনা অঙকপদা শেল পায়-খৎলকপসিদা লম অদুগী জামিন্দার অদুনা য়াম্না কল্লকলমই। বামোন্না য়োম্লিবা শন্দেস অসি, মহাক নত্রগা অত্তোপ্পা মী অমত্তনা হৌরুবা নত্তে অঙকপগী মশক ওইরবা মিত্রংগী চফু অমদগী থোকলকপনি হায়রবা পাও অসি জামিন্দারনা নিংখিনা তারমই। মিত্রংগী চফু অদু মহাক্না লৌরগে হায়না খল্লমুনা লৌনমগী লাং অমা থাকলক্লে। মহাক্কী (জামিন্দারগী) মচা মুপা লুহোংবদা মী লিশিং লিশিং বার্তোন তৌখ্রে। মসিনা মরম ওইদুনা মহাক্না বামোন্দা লাক্কুনা মহাক্কী মচামুপা লুহোং-বদা মী লিশিং লিশিং পীজ-পীজথকদৌবিরা মাদুগী ওরুবা শন্দেশ পুম্নমক বামোনগী মিত্রংগী চফু অদু মহাকক্কী (জামিন্দারগী) ময়ুমদা পুরক্তুনা থোকহল্লনবা য়াম্না চেক্কশিন্না হায়রম্নই। বামোন্না অহানথদা য়াম্না য়াজরমদে অদুবু জামিন্দারনা নমফুদা য়াহল্লমই। হায়নখিবগী মতুং ইন্না চফু অদু পুরমুনা বামোন্না জামিন্দারগী

ময়ুমদা চত্তুনা চফুদগী শন্দেসনা সুচীংমুক হাংনা থোকহল্লবা মতুংবা জামিন্দারনা মরাল লৈত্রবা বামোনগী চফু অদু মুনবিংবতা নত্তনা মী অমগী মফমদা তৌবা হৌন্দ্রবা থবক কয়া তৌহনা বামোনবু শাথিনা ইকাইবা পীবিরে। চফু পীয়ু হায়জরুবদা অমুকসু হন্না শাথিনা ফুঁবিরে। মঙক লাক লাক্তুনা ইন্দুনা জামিন্দারগী ময়ুমদগী মীয়াম মমাংদগী তান্থোকলকলে। ঐজ্ঞাদু মথরাই য়াম্না চাকখ্রে। ময়ুমদা পরপ পরপ লাক্লগা মহাকী অনিগুবা খোঙচত্তা কংলকথিবা শিবগী মনাই যমগী দুৎ মীয়াম য়াওবা চফু অদু পুদুনা জামিন্দারগী ময়ুমদা লাকলগা ভুটনাথ মহাদেবগী মনাইশিং ভুট মীয়ামদু চফু মতুংদগী কৎ কৎ পাইথোকলক্তুনা লুহোংবা লাকলিবা মী পুম্নমক ফুবা, থিনবা, কাওবা অমসুং নেৎপা হৌরকলে। হিংচাবা মীয়াম পাইশিল্লকতুনা মুপীশিংগী মশম তাপ তাপ পায়দুনা শোরো শোরো লাক্তুনা লৈমাইথক্তা হেক্তা চিংখুই। কনাগী লিক-কোল, খুজিয়াচি, মু-পুপা অমসুং মফি মরোল অমও মকম-মরাং থওখিত্রে উজার মেলা শারে। জমিন্দারনা য়োক্তুনা থমজরবা মপাজল কল্লবা কুন্তিরাগা মলরাল। কয়া কয়া, কল্লবা ঐজ্ঞাগী লাম্মীগী মমাঙদা লেপ্লা য়াথিত্রে ঈ ওদুনা লৈমাইথক্তা তাখ্রে। জামিন্দার অদু হিংচাবা কুনমুক চঙলক্তুনা মহাক্কা কিবুল ওইরগা কিবুল হাবি শাম্নবিররে। মহাকী মমিত্ত সংসারদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক লোইনা উরু উরু লৈখ্রে। মহাকপু অমনা লংই অননা ওকই, অমনা অমুক কাওই অমনা অমুক থিনজিল্লকই। মা মীওইবগী

লোইয়ে। জামিন্দারনা ব্রাহ্মনগী মখোঙ কোল্লহনা থরাইদদি কনবিয়ু হায়না শন্দেসকী চফুহ পুথোক্লুনা পীরগা কপতুনা হায়জরমই। ব্রাহ্মনা মহাক্কী চফু ফংলবদা ভুট-প্রেট হিংচা যাইতবা মরাম অহ মাঙহনখি। অসিগী মতুংদা কনাগুম্বা অমত্তমা ঐঙ্গা অসিদা য়ৈথাঙ থিনগাইবা পীরকপা লৈখিদ্রে। মহাক মতম কুইনা পুক্লিং মরা তপ্পা ঈশ্বর নিংহনা পুনসি লেনখি।

# ডাকুগী মখুত্তগী ডাকাতিনা লাকপা

খায়না মমাংঙৈদা সুপামচা অমা লৈরমই। সংসার অসিদা মহাক্কী মমা হনুবী নত্তনা মহাক্কী মরি-মতা অমত্তা হয়রা য়েংবদা উরমদে। উনাগী খাঙপোকশঙ মচা অমদা য়াম্না য়ানা লৈরম্মী। মহাক্কী মমিং তোমপোক কৌরমই।

সুপামচা অসিনা পাখং ফারক্লবা মতমদা মোংমা মমান্দা হংলমই "ইমা ঐগী বাবানা হিংলিঙৈদা করি থবক তৌরমই।"

মমাঃ— "ইবুংঙো মঙগী নপাগী থবক্তি হুরানবসি হৌজিক্তি মহাক চাওরকলে। নপানা হুরাল্লবগুম মহাকসু হুরানবগী থবক তৌরো। ঐখোয় করা য়ানা লৈরে? মোংমত্তসু পুক্খম চাদগনা হুংঙাইসা ভুমশি।"

তোমপোক্কী থম্মোংদা অকিবা পোকলহৌদা হায়রকই—
"ইমা ঐ হুরানবগী থবক তৌরোই।"

মমা— "করে, হুধারোই হায়রবসু করিনো থবক অমা তৌরো। ইমাদি অচল ওইরক্লে নহাকপু থাকপা ঙমলোইদৌরে।"

পাথং অহু করি থবক তৌশিনগে থল্লমই। মরৈথংদা রাখল অমা লাক্লহনা কুহা অমগী মনাক্ত চংখিরমই। মফম অদুদা ঈশিং শোকপদা কায়খিবা চফু মচেৎ চেগাই কয়ামুক তাহনা লৈরমই। চেগাইশিং অহু মহাক্না থুম্মুক অমা পীকখ্রা থুরগা ময়ুমদা পুরক্লে। পুরক্লিবা চেগাইশিং পূম্নমক মকোয় মানবা তকথোকলবা চেগাই ময়াম অহু খাও অমদা হাপচিল্লগা মরেং-বাম্ন লেংথোং নারহনা, লাইবক্না করি তমলিব্রগে খেংলুরগে হায়না তোমপোক ময়ুমদগী খোঙ শান্দোকলকলমই। হুমিং হুমনি চংলকলবা মতুংদা মহাক অরাম থোরাংবনা অমম্না চোক-থবনা চংপা ওয়ক্তু হুনা কুহা অমগী মনাক্তা পোংথারম্মই। ময়ুমদগী চয়োম থরা পুরকপপুসু ওরাংনা লোইথোকল্লে।

থুরং অসিদা হুরানবা মচিন মনাও তরেং লৈরমই। অখোয় তরেং অসি মশিং চংলবা অচৌবা হুরানবা ওইরমই। কৈরোই-লৈকাই অমত্তুং মুম্লোন কৈরোমবশিংনা অখোয়বু য়ায়না কিনরমী। অখোয় তরেংকী থাক্ত কৌবা মচম হুপী অমা লৈরমই। মহাক্না কুহনদা ঈশিং লোকপা লাকপদা পাথং অমনা থাও অমা চেংবা কোনহন্না লৈবা উরমই। মহাক্না কোল্লিনা থাও অহু জুপাগী থাওনি হায়না থাবাবা থলহনা থুনা পায়না ময়ুমদা হনশিনহনা

মানা উরকলিবা পোত্তুগী মরমদা মবুংশিংদা য়াম্না লাংতক্না পাও তমললমই। মবুংশিংনা লুপা ময়ামদু হুরান্নবা খুজিন-থৌরাং তৌবা হৌরকললমই। মচন, মুপী থাবাবু মকম অদুদা অমুক হন্না চত্তুনা পাখং অদু মখোয়গী অতিথি অমা ওইনা য়ুমদা লাক্তুনা পোংথাবিরনবা অমসুং চাক চাবিরনবা হায়হল্লমই।

পাখং অদুসু হরাও হয়াও য়ারমই। মহাকপু ইমুংদুগী মী-শিংনা মরম চাদনা নিংখিনা সেবা তৌবা অমসুং মখোয়গী মিৎয়েং নায়েংদুদা মহাক্না পুরিবা থাও অদু লুপা থাওনি খল্লে হায়বা মহাক্না খংলমই। চাবা থকপা অমসুং পোংথাবা মতমদা তোমপোকনা থাও অদু থাদোকপা লৈরমদে য়াম্না চেকশিন্না শেন্নরমই। হুরানবা তরেৎ অদুনা থাও অদু লৌগদবগী কন্না তান্নমলমই অদুবু পাখং অদুনা কন্না শাগোন্নখিবনা তানজা ফংখিদ্রে। মানা তুমথ্রবদা লৌরসি খন্নরমই। পাখং অদু অহিং কাওবা তুমখিদ্রে থাও কোন্দুনা অদুম মরৈপ্রে। হুরানবশিংগী অপান্বা অসুম অসুম হেনগৎলক্লে।

মথংগী অয়ুক্তা মচিন মনাও তরেৎ অমসুং মচন মুপীগা য়া তান্নরমই। মচন মুপী থাবাবু পাখং অদুদা লুহোংদুনা পীবা। পাখং অদুগী ময়ুমদা লৈহন্নরগা তানজা য়েংদুনা থাবানা লুপা থাও অদু হুরান্দুনা পুরকপা হায়না য়ারেপ্পদুনা মবুং অহন্না তোমপোকতা য়াম্না হায়জ চৎচা তৌদুনা মচনমুপী থাবাবু লুহোং-দুনা লৌবিয়ু কৎচবা দান লৎনবিগনু হায়জরমই। তোমপোকনা অহানবদা মহাক লম্নোনবা শেল তানবা লাকলিবনি মুপী থিবদি

খুরৌ চেনগনি হায়রগ্নুনা য়্যানিংদবা উৎলমই মরৈধংদা য়্যানিংদনা য়্যাবগী মওংদা য়্যারমই। ব্রাহ্মন পুরোহিত কৌরক্লুনা লুহোংলে। মতম পূম্নমক্তা তোমপোকনা মহাক্কী খাও অহু খাদোকপা লৈ-খিদে লুহোং ফান্দ ফম্লবা ফাওবদা কোন্দুনা লৈগ্রে। লুহোংলবা মতুংদা মবাই তরেৎমক্তা বিদাই তৌনহুনা থাবা পুরগা ময়ুমদা হনখিরমই।

তোমপোক্না ময়ুম য়ৌরক্লুনা মমা কৌখোক্লগা পুরকইবা ফুপী অসি মহাক্না লুহোংহুনা লৌরকপা মহাক্কী ফুপীনি হায়না মমাদা তাকলমই। লুপানা খাওতাও অমা পিক থন্না পুহনা লল্লোনবা চৎলিবা মাগী ফুপানা উনাগী শেগাইরবা পিকলবা খাংপোকশঙ মচা অমদা লৈরম্বহুদা থাবা ওকপগী পল্দোল লোম-লমই। থাবানা মাহুগী মরম হংলকপদা তোমপোক্না ইশি শিনা লোক্লগা মাগী মমাংদা হৈদোক্লুনা "মসিনি ঐগী লুপা" হায়রম্মী। মীনা কিবরবা মবুং তরেৎপু মহাক্কী মরৌশিংনা ওইদ-লাংথাক তৌরগা অধুদা থাবা চম্লরম্মী। তুংদা কন্নি থোকললগদগে থল্লমই। লাইবক্লা তম্বা হায়বহুনি থন্দুনা মহাকন্থ মপুরোইবগা অহুম লৈমিন্নরগে থল্লমই। অহুবু অরুবা ব্রাকম অমদি মহাক্লা লুহোংলবা মতুং চয়োল অমা ফারকপদা মবুংশিংগী মনাকতা পুপা খাও পুহুনা হন্দ্রবদি মখোয় শোইদনা লাকনি কন্নিওগ্না অমা শোইদনমক তৌরকনি। মরম অহুনা থাবানা মপুরোইবগী মফমদা মখোইনা শীল্লমলিবা খুজিন খোরাং পূম্নমক তাকখোক-লমই। চয়োল অমা হেক কাবা ফুমিত্তা মবুং তরেৎ লাকনি হায়রমই।

মরম পুম্নমক খওলবা তোমপোকনা লাক্কদৌরিবা হুরানবা মবাই তরেত্তা থোক খরা শান্নগে খল্লদুনা জক্কন্দা চৎলগা লাং থাক্তুনা মশক চপ মান্নবা থেব অনিথক ফারমই। অমনা ময়ুমদা পুন্দুনা থম্নগা মাগী মুপীদা ঙসিদি মী তরেৎকী চাক হাপউ কোবি শাক অমা থোংউ, হুরাই অরহুর অমা থোংউ, অমনা ইরোল্লু হায়রম্লগা অতোপ্প থেব অমত্তু পুত্তুনা হুরানবা মবাই তরেৎ লাকপা ঙাইত্তুনা লৈরমই।

মবাইশিং লাকপা উরত্তুনা তোমপোকনা ইখঃ খওশিন্নদবা শারত্তুনা ইওক ওকশিন্নরমই। ঙসিদি চাক চাবিগ্রো নচন থাবাসু উন্নবিয়ু হায়রমই। মবাইশিংসু য়ারমই।

চলাক হৈরবা তোমপোকনা "ইবাইশিং পুম্নমক অমুক্তা ঙাইবিখো, ঐখোয়না য়ুম হেক য়ৌবদা চাক লোইরম্লবা পাও অমত্তা নচন্দ থাজখিগে।" হায়রত্তুনা মহাকী নাকন্দগী থেবা অত্তু পুথোক্লক্তুনা হায়রকই "থেবা নও য়ুমদা য়াম্না থুনা চত্তুনা থাবাদা মী তরেৎকী চাক হাপউ, ইনশাং মথেনদি, কোবি শাক অমা থোংউ হুরাই অরহুর অমা থোংউ অমনা ইরোল্লু হাইয়ু।" অস্নুম হায়রগা থেব অত্তু হেক থাদোকপদা গ্রুং চেনখিত্তুনা নারক্তা অত্তুম মাওগ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা মবাই তরেৎকা লোয়ননা তোমপোক ময়ুম য়ৌরকলগা মহাকী মুপী কৌরত্তুনা থেবনা চাকী পাও হাইবরা হংলমই।

মুপী— "অহোই, মী তরেৎকী চাক হাপউ, কোবি শাক অমা থোংউ, অৱহর অমা থোংউ, অমনা ইরোম্বু হাইরৈ।"

মখোয় ময়াম চাক চারে। থেবদা হায়খিবা ইনশাং মথেলশিং অদু ইকাই কাইদনা থোংলম্বা উবদা হুরানবা তরেৎ ওকপগী হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে। অশুক মীরোল তাবা শাদি অওকপনি মাসি লৈরবদি মখোয়গী য়াম্না কান্নবানি খন্নদুনা হুরানবা তরেৎনা থেব অদু মখোয়দা পীরো হাইরকই। য়াম্না হাইজরবা মতুংদা লুপা চামঙাদা য়োনবা হাইনা য়ানরে। মখোইনা লুপা চামঙা পুথোকতুনা থীরগা থেব পুদুনা চৎখ্রে।

হুরানবা তরেৎনা ময়ুম হুন্নকপগী লম্বী ত থাই চন্নকপদা মীরাল তারবা হাইবা ইন্নবা থেব অদু চাং য়েংনিংলদুনা মাগী মাগী মুপীশিংদা মানা মানা চানিংবা ইনশাং থোংলমউ হাইদুনা থেব থাদোকখিরমই। ময়ুম য়েরিকলবদা করিস্থু তৌরমদ্রে। থেবনা পাও হান্নরক্রা হংলুবদা মুপীশিংনা শাওনা, ঙাওবু ঙাওরবরা কদায়দগী থেবনো হাইরকলমই। হুরানবা তরেৎ, মখোইবু নমথাক তৌখিবদুদা শাওখিবনা লম্মন খুমবগীদমক শেম-শাদ্রে।

তোমপোকস্থু মহাক্না তৌখিবা নমথাকা অৱাই অথুম লাকনি খঙলদুনা মহাকী মুপীদা সন্দেশ হৌরগা শুমাং মতোন্দ হৌরিবা আতর গুলাপ পাম্বীগী তিংথংশিংদা থেৎচিন থেৎচিন্দুনা থমউ। মাদু উদনবা কি অমা কৌবা মাম্না কুপশিন্দুনা থমউ হাইরমলগা মাথাই তরেৎপু ঙাইনবগীনমক থোকখিরমই।

মচিন মনাও তরেৎ লাকলদুনা তোমপোকা উনরমই।

মথোয়বু রা ঙাংনবগী মতম অমত্তা পীদনা মহাক্কা ইরাং লাং-শিন্নহনা তরাম তরাম তৌরহনা ময়ুমদা পুশিল্লক্লগা মাগী মুপীদা চান-থকনবা শন্দেস পুখোকলকউ হায়না লাওরমই।

থাবানা শাওনা খুম্নকই— "করিনো হায়বিরিবহুবো ? হৌজিকপু কদায়দগী অহুক য়াম্বা পোৎশিংহু লৌরুগদৌরিবনো ? মী লাকনি হায়বম্ন হান্নন হায়বিদনা।"

"ওম্বোকপা মুপীনিদা, কয়াদা তনগ্রবনো ? ফরে, ঐগী মিত্রংগী চৈ অহু পীরকউ।" হায়না তোমপোকনা হাইরকই।

থাবা অকনবা থবক অমা শুবগুম তৌরি মাহুদা অপনবা পীচগুম্না শাওশিন্নহনা খোংলোইজেমুক চাওরবা চৈতুপ অমা ইমুংদগী শুমাং ময়াইদা লংখোকরকই। চৈ অহু তোমপোকনা খুল্লগা হাইরকই "ইবাইশিং পুন্নমক ঐগী তুং ইনবিরকউ, ঐখোই করিশুম্বা থরা চারুসি।"

ময়াম অহু করি তৌগদৌরিবনো খনবদা ইঙক ঙরুহুনা মাগী মতুং ইন্নরমই। ফি ফৌরিবা অতরগুলাপ অহুদা মানা পায়রকলিবা চৈ অহুনা অহাঙ অহাঙবা শন্দেশ ময়াম খোকউ হাইনা বোম বোম ফুথরমই। খওহৌদনা খজুর, নিমুকি, সিঙ্গারা, পুরি, গাজা অমসুং কচৌরি ময়াম প্রোপ প্রোপ কেল্লকলমই। মাছ মানা থুম্মোক অমদা খুজিল্লগা নবাইশিংদা য়েন্দুনা পীজরমই। তৌরিবা থোদোকশিং অহু উবদা হুরানচা তরেৎ অহু ঙকপনা হায়নিংঙাই, লৈরমদে। য়াম্না হাইজহুনা চৈ অহু লুপা চাতরক্তা লৈরগা ময়ুমদা পুখিয়মই।

ময়ুম য়োৌবগা মুপী অঙাং ময়াম কৌথোক্লুনা অহাওবা শন্দেস খোকহল্লগা চাগদোৌরিবনি হায়দুনা চৈ অদু চাং য়েংবদা কারিগু কান্নখেত্রে। অাতর গুলাপতুম মশা পুমতেক তেকলে। মখোই তরেৎমক ঙাওরে হায়দুনা মুপী অঙাং ময়াম্না থুবাক খুদুনা নোকলে। হন্দকমুকসু মখোইবু নমথাক তৌগ্রে হায়না লাওরমই। থুনমক মখোই তরেৎ তোমপোক্না ময়ুমদা লাকনবা শেম-শাগ্রে।

মবাই তরেৎ অমুক লাকলগনি খঙলদুনা তোমপোকনা মমাদা হায়রমই "ইমা হোরেল ইগাইশিং হেক লাকপগা ঐগাকপু য়াম্না চৈ-থাংলকউ। মাদুদা ঐনা শাওশিন্নদুনা চৈনা ফুশিন্নবদা শিশিন্নৌ" হায়রিঙৈ তাঙ্গাদুদা মখোয় তরেৎ য়োৌরকলদুনা গুমাংদা লেপ্লে। ইমুংদা মমা-মচা অরায়-অথুম তৌদুনা খৎনবদা তা-হৈবা ঙমদ্রে। মচানুপা কা হেন্না শাওখৎলক্লুনা উতুপ অমা পাইখৎলদুনা মমাবু কোয়তান তান্নরগা মকোক্তা খোক লাওনা থাখিবগী মখোল অমা মখোয় পূম্নমক তারমই। মখোইনা ইমুং চঙলকপদা মমাগী মকোক্তু ঈনা পুমঙাং ঙাংলদুনা কন্মাংদা শিরদুনা লৈবা খেংনরমই। থাবানা চেনশিন্নক্লুনা "মাঙলে মাঙলে নহাক্না তৌরিবসিদি করিনো? নমা হাৎলেনা, নহাকপু মীনা ফিনরনি। নহাকপু শোয়দনা ফাঁসি তৌদুনা হাৎলরনি হায়না কপ-লাওরমই।

তোমপোক্না হাইরকই "মুপী ঙাইথো ফিংগৎখিনু ঐগী যাদুগী মুঙ পুরকউ।"

মুপীনা মুঙ অমা তোমপোক্কী মমাঙদা থাদরমই। মুঙ অহু মানা লৌরগা মমাগী মনাতোন ময়াদা পুশিন্দুনা ঙাইহাক থম্বদা মমা হিংগৎলক্লে।

মথোয় তরেৎলক খোঁদোক অহুদা য়াম্না ওকনা য়েংলমই। মুঙ অহু পাম্নহুনা লৈরগে হায়রমই। তোমপোকনা য়োম্লোই, মহাক্তি য়াম্না ফিংই শাওগম্লি। ইতত্তনা মী হাৎপগী খোঁদোক অসি থোকই মুঙ অহু লৈত্রবদি মহাক মপু চৈরাক ফংহুনা অরাকম তাগনি হায়রমই। মাচন মনাও তরেৎনা হম্না হম্না য়াম্না হায়-জরবদা লুপা লিশিং অমদা য়োম্থোকলমই।

মথোয় তরেৎ ময়ুমদা থুনা চৎপ্লগা মুঙ অহুগী মগুণ য়েংনবগীদমক মথোয় মথোয়গী মুপীশিং উতুপ্পা শুহুনা হাত্তোক্লগা মুঙ অহু মনাতোন ময়াদা পুশিন্দুনা থম্লু্বদা করিমু কাম্লদ্রবা ওইরমলে। মথোয় শাওনগী পম্দোল লোমগ্রহুনা মাগী মাগী শগোল তোংখত্তু্না মশেনগী ময়ুমদা লাকলমই। করিগুম্বা অমত্তা খঙহনবা ভৌদনা তোমপোক্কী ময়ুম মৈ থাদোকলম্লগা চেনখিরম্মী।

উনানা কুপ্পা য়ুম ওইবনা মৈনা ঙাহাক্তদা গ্রুং গ্রুং চাক-থোকখিরমই। তোমপোকা মমাগা মখোই অনিদি উচিন না-চিননা চেম্থোকহৌই। মহাক্কী মুপী থাবাদি তূমম্লবা তাঞ্জা থোকখিহুনা মৈনা চাক্তু্না শিরে। মৈচাকপা লোইরবা মতুংদা হোগায়হুনা থিরুবদা মাগী মুপী থেংনহুনা পুথোকলক্লগা নিংথিনা মফি মরোল শেৎচিনবিরে। অহিংবা মীগী মতৌগুম প্লাধা অমগী মথক্তা ফমহন্দুনা ময়ুমদগী থোকলক্লে।

গাধা অদু হোইদুনা লাকপনা, চানা হৌবা লৌবুক শম-দুনা লাকলমই। গাধা অদু থাদোকলগা তোমপোকনা মকম অমদা লোত্তুনা লৈরমই। গাধানা মমুন ফাররবা চানাশিংদু মনিঙ তৌনা চাবা হৌরক্লমই। মপুনা উরদুনা গাধানা চানা চারে অহাংবদা পুথোকখো হায়না লাওরমই। অদুবু গাধাগী মথক্তা তোংলিবা মীদুদি শিরবনিনা করিস্মু তাবীরমদে। হেন্নদুম অফ-অফবা নফমদা চত্তশিন্দুনা চারমই। মপুদু থরা ফিংবা মীতা ওইনা তৌরদুনা শুকমুক চাওরবা চৈজাও অমা পায়দুনা চেন-শিল্লকলগা গাধা তোংলিবা মী অদুদা তুপ লাওনা মকোক্তা থারম্মী। মীদু গাধা মথক্তুগী লৈপাক্তা ওন্থখিরমই। তাঙ্গাদুদা তোমপোকনা চেনশিল্লক্তুনা "লৌউবনা ঐগী মুপী হাংলে" হায়না কোয়রাও লাওরমই। মফম অদুরাইদা লৈরম্বা মী পুম্নমক চেনশিল্লক্তুনা "নঙগী চানা থরা গাধানা চাখিবগীদমক মীগী মুপীবু হাংপদি হাকমনগ্রে, য়াম্না লাল্লি।" হায়দুনা লৌউবা মুপা অদু ময়াম চঙদুনা চাগদৌরে। তোমপোকনা মরোল অমা থানা তাকউরনি হায়দুনা অঙকপা কংনা লাওথংলক্লে। লৌউবা মুপা অদু কিখিবনা মশা থক থক নিক্লদুনা তোমপোক্কী মখোঙ কোল্লদুনা ঙাকপীয়ু, মতা অমা চাদবদগী থোকপ্রবনি, হন্দক্তা মুমিং তরানিমুক্কী মমাঙদা মহাকনা লুহোংজরুবা মশক কজংবা মাগা মুপী অদু লৌবিগ্রে, অশিবদুনা মহাক লৌজহৌরগে লৈবাক্কী অঙম অথৌদা তাকপীক্লরম্মু হায়না হন্না হন্না থুরুমজ-দুনা হায়জবদা য়াম্নরদুনা তোমপোক্তা অনৌবা মুপী অদু পুদুনা ময়ুমদা হল্লক্লমই।

তোমপোকনা অনৌবা য়ুম অমা শারহুনা অনৌবী মুপী অমসুং মমাগা লৈরমই। নোংমা হুরানবা তয়েত্তু লম্বী থোক-ভুনা লাকপদা তোমপোকনা ফজগ্রবা মুপা অমগা লৈমিননবা উরহুনা অঙকপগা লোয়ননা মরম হংলমই।

তোমপোকনা খুমলকই শইবাইশিংনা হাকুম ঐপী য়ুম মৈ খাদোকপিখিবহুদা নচন মুপীদি মৈনা চাক্তুনা শিরে। মাগী অশিবা মশাহু কৈথেন্দা পুরগা, হৌজিক ঐগা লৈমিন্নরিবা ফজ-রবা মুপী অসিগা ওম্নরকলিবনি।

হুরানবশিংনা মাগী মতৌহু য়াম্না কল্লকলম্মী। অমসুং মানা তৌরুরিবা থবক অহু অকবনি খল্লম্মী। মিত্রংগী মুঙ চাং য়েং-বদা মথোয় মখোয়গী হাত্তোকপ্রবা মতুংদা মথোয় তরেৎমক অতোপ্পা মুপী অমময় অমুক থিরম্মী। অহুবু শকখিবী ঙাক্না ওইরম্মী। ফজবা মুপী ওম্নবগীদমক মখোয় তরেৎ মক থুনা য়াঙনা ময়ুমদা চৎখিহুনা ময়ুম মৈ থাদোকলম্মী অহুগা মৈমুংদা মখোয়গী মুপীশিংবু নমশিন্দুনা হাত্তোকলম্মী। অশিবা হকচাং-শিংহু মৈমুংদগী লোৎথোক্লপা গাধাশিংগী মথক্তা হাপকত্তুনা কৈথেন মায়কৈ পাংলক্লে। কনা কনাগী অহিংবা মুপীশিংগা ঐখোয়গী অশিবা মুপীশিংগা ওম্নসি হায়না হন্না হন্না লাওরম্মী।

অঙাওবা কাংবু অমা লাক্লে হায়না মী পুম্নমক্না য়েংনরম্মী। মখোয়গী মতৌহুদা মী কয়া অমনা লক্লম্মী থরনা চৈরমই। কৈথেল য়ৌরকপদা মখোয়বু মীয়াম চঙহুনা ফুঙনা থারম্মী। খোঙউপ লংশিল্লকলম্মী অমসুং তিল শিংচিনবিরম্মী। মখোয় ওয়্যোক্না শাখিগ্রবা দশা অমা নংলমই।

ছুরানবা মচিন মনাও তরেৎনা খম্নরমই, কত্রবা লৌনম চাওরবা মুপা অসিগা মায়ওক্নরুবদগী ঐখোয় নোংম নোংমগী অমাওবা শরুক্তা ওইরক্লে। মীনা ঐখোয়বু ফুবি-চৈবিরে, ইয়ুম মৈ চাকলে, হন্না হন্না মুপী শিরে অমমুং শেল মাওলে। মাসিদগী হেল্লক্লবদি ঐখোয় থরাই মাওলক্লগনি। মহাকপু মখোং মথুৎ পুনশিল্লগা তুরেন অচৌবদা থাদত্নুনা হাত্তোক্লসি হায়না য়ারেপ্ন-রত্নুনা মখোয় তরেমক তোমপোক্কী ময়ুমদা লাকলগা মহাকপু কাহ্নুনা ওবোং খাও অমদা নমশিল্লগা পৌ অমদা য়ানশিন্দুনা অথাম্না অচৌবা তুরেল অমাদ থাদনবগী দমক পুত্নুনা চৎখিরমই।

মখোয়না অস্তুম লাকপদা উমং অমা লাল্লমই। মুমিৎ য়ুংবগী য়াম্ন শাগৎলকলবদা ঈশিং খোং অমগী মপান্দ চাকথোংত্নুনা চানবগী থৌরাং তৌরমই। তাল্লক অসিদা যন শেনবা মুপা অমা ওবোং খাও লৈরিবা লম্বী অদোমদা যণ য়াম্না হোক্তবত্নুনা লাকপদা খাও মমুত্তদগী মী অমনা হে হে নাহেবা তারত্নুনা চওশিল্লক্লগা "কনানো, করি তৌরে" হায়না হংলমই। মমুত্তদগী তোমপোকনা খুমলকই "কনাওইবরবনো ?" যনশেনবা মুপা :— "ঐ যণশেনবা মীনি।" তোমপোক— "ভায়, ঐ অসি ঐখোয় ইচিন ইনাও নিপাল পোকপগী ইতোন তোনবনি। ইয়াম্বা তরেৎ-মক আদগী ঈশিং খোং অসিগী মপান্দ চাকথোংলিবশিং অসিনি। মখোয়না ঐবু অতোন অতাংনি, ইপা মশক খণ্ডহৌত্রবনি হায়ত্নুনা য়াম্না মুংশিনা লুনা তৌবি। মতম পুম্নমক্তা ঐগী কনবতা খনবি। মখোয়না ঐবু তরেৎলক লুহোংবিগ্রে। হৌজকম্তু অমুকঃ লুহোংউ

হায়বদা ঐনা শুকল্লা য়ারমদে। মহুদা মখোয়না ঐবু লমহুনা লুহোংবগীদমক ফাহুনা পুরিবসিনি। ঐনা লুহোংগদৌরিবা মুপী অহু মশক য়াম্না ফজে ইনাকসু য়াম্না খুল্লি হায়, অহুবু ঐদ শুকপাম পামজদ্রবনি, পেল্লবনি"।

যণশেনবা :—"এঃ নহাক্তি নরাইবক য়াম্না ফবা মুপানিনা। চহি নিফু শুগদৌরবা ঐদি মুপী অমত্তা লুহোংবা ফংজদ্রি। নহাক্তী নহুত্তা ঐনা ওইবা য়াববদি মুংঙাইজদ্রনিদা।"

তোমপোক :—কৈনে, খাওসি মচিন থর ফাস্তোকপীয়ু, ঐ খোকলকলগে অহুগ ভায়না ঐগী ইহুত্তা মমুংদা চঙবিরকউ।" মুপা অহুনা খাও মচিন হোগাইহুনা তোমপোক মপাল খোক-লকলে। অহুগা মুপা অহুনা তোমপোক্তী মহুত্তা মমুঙ চঙগ্রে। মুপা অহুনা পুরকপা যণ চামা অহু তোমপোকনা হোইহুনা মকম অহু থুনা থাদোকলমহুনা চৎগ্রে।

হুরানবা তরেৎমক চাবা-থকপা লোইরহুনা ভবোং খাও অহু অমুক পুরহুনা চৎখিরমই। মখোয়না চাকচারিঙৈদা করি খোক-খিবগে হায়বা মখোয়দি করিসু খঙলমদে। হায়রিবা তুরেল অচৌবা অহু য়ৌরহুনা তোমপোকনি খল্লহুনা পুরকলিবা মরাইবক থীরবা মীহু লংখহুনা হত্তোকগ্রে। মখোয় অমুক হন্না খুদোংখিবা খোকলরোই মুংঙাইরগদবনি হায়না মখোয় মশেল অমগা অমগা থাগৎনহুনা ময়ুমদা হনখিরমই।

থা থরগী মতুংদা নোংমা হুরানবা তরেৎনা তোমপোক্তী ময়ুম মনাক্তী লম্বীদা চৎলুবদা মহাক, মহাক্তী মুপী অমসুং মমাগা

লোয়ননা মশীং লাকঙমত্রবা যণবী যন্নাওশিংগা। লৈবা উরমই। অহুত্তস্থ নত্তনা ইমুং মাঙ্গোল, শুমাং-থেল্লোং অমস্থং য়েন্নথা-লুখা পুম্নমক শঙ্গোম চফু, ঘী-চফু, মাখল চফু, শঙ্গোম মপাল চফু, শঙ্গোম অফন্বগী চফুনচিংবা শঙ্গোমদগী থোকপা পোং মথল মথেল্লা পীক পীক থন্না। লৈবা উবদা মখোয় হায়নিংঙাই লৈতনা ঙকলহুনা চঙশিল্লক্নুনা মরম হংলমই।

তোমপোকনা শাওশিন্নহুনা; থাঙ্গৈশেংনা তৌদ-তৌরুবা থোদোক মাম্না শকফম হঙ্গিন্দুনা হায়রম্নই "হেরা, ইবাইখোই'মা ওস্থোক্না ফত্রখিত্রে, কর ফত্রবস্থ নচল লৌরমলিবনি, নশেন হংশিবিরবদি ঐবু তুরেন্দা লংথবা মতমদা অা ময়ায় তান্না লংথবিরম্নবদি কন্নাদা ফরমগদবা, অহুদি নত্রে, মতাইদা পোপ তারে। মকম অহুরাইদদি যণ ইরৈস্থ লৈরমদে। ময়ায়দাদ করি অমুক হায়রুরনি যণগী যণমক্তা। যণ ঙাক্তা লৈবা পৃথিবী অমা ওইনা উথ্রবনি ওস্থোকপনি মতাইদা তারুবদো ঐগী লাইবক থীঙবনি। করিস্থ লৈত্রবা যণ চামাথক পুরক্নুনা লৈরিবসিনি য়েংবিয়ু" হায়রহুনা মাগী যণ ময়ামহু হুরানবাশিংদা য়েংহল্লমই।

মখোয়গী মথুংমকনা ঙবোং থাও মক্নংদা নমশিল্লগা তুরেন্দা থাদহুনা শিত্রবা মীশক অহুনা অমুক হল্লক্নুনা তৌরমলবা কিবম অহু মখোয় ঙক্তবা ঙমখিত্রে। মখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংনহুনা রা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা চঙরুহুনা লৈরে। তোম-পোকী রাফমহু থাঙ্গৈশেংনা হেক্তা মথাঙত্রে। মখোয় তুরেল ময়ায়দা লংথরপা যণ লিশিং লিংশিং খোমলুবা হায়না লেপ্লত্রে।

অত্থবু ব্লাফম অমা মেন তান্নদবদগী মখোয় মশেল থংনরমই। মখোয় পুন্নমক মফম অত্থদা চংলগা ষণ খোমলুবা ঙাক্তা ওই-নিংলমই। ইকোন কোনববু লংথবিনবা লৈরমদ্রে মাত্থদগীনি মখোয়না থংনরমলিবা। মমৈথংদা ব্লারেপ অমা তান্নরমই মাত্থদি মখোয় মচিন মনাও তরেংকৌ মন্থুঙদা মলিং নাম্ন তাঙন অমা য়াওরমই। মহাকতি নৌংথখিনা উবা ঙমদবনিনা মতিক চানা ষণ ফারকপা ঙমলোই। মহাক্তা মখোয় তরুকপু লংথনচগীদমক লৈহৌবা অত্থগা ষণ পুরকলগা মহাক্তী শরুকস্থ চপ চানা থুংবা হান্নবা লেপ্পরে।

বোরাথাও তরুক পুরক্তুনা মখোয় তরুকমক অমমম চঙলগা মচিল অত্থ ক্রক ক্রক পুনশিন্নগা ষন য়ান্নঃ পুরকনবা ভুরেন ময়ায় তানবা মাগী অরৈবা পাঙ্গল পুখোক্তুনা মখোয় তরুকমক লংথক্রে। মহাক, ময়াম্বা অমম্থং মনাওশিংনা ষণ পুরকপা ঙাইবদা হুমিং তাশিন্নক্লে। কনাস্থ লাকখিদ্রে। নোংমা নিনি হৌখিবনা চহি-থা ফাজিন্নক্লে অত্থবু অমত্তা মরাকখিদ্রে। মচিন মনাওশিংগী মপান তাংহনা লৈবা মপাঙ্গল মথৌনা য়াওদ্রবা মমিং নামা তাঙলবা হুরানবা অত্থদি চাকনিবা অমা ওইনা পুনসি লেনখিরমই। অস্থম তৌত্থনা হুরানবগী থুংপু অত্থ মরু ফংনা মাঙখি।

তোমপোকনা নোংমা নোংমগী শেল পায়থংলক্তুনা, মচা-মত্ত য়াম্না পোক্তুনা মপুন্সি শাংনা মুংঙাইনা পানখি।

# হুরানবা অনি

মতম অমদা হুরানবা অনিথক লৈরমই। মখোয়গী খুল অতুংগী করিগুম্বা হুরাম-চিংথি অমসুং পোৎমাঙ-চৈমাং হেক থোকলকপদা মশানা মনম ফত্তবদগী মখোয় অনিদা হেক্কা মতাম্ননরে। মথুন্দা লৈবা মুংঙাইরক্তুনা অতেপ্পা লমদা চৎলগা পুকচেল শেংনা শু-নোমহুনা শেল তাল্লুসি হায়না মখোয় অনি থোকলকলমই। মখোয়না অমুম লাকপদা সহর অমা ফংলমই। সহর অতুদা লৈবা শেল পায়বা মুপা অমগীদা মখোয় অনি থবক ফংলমই। অমনা যণ শেনবা অমনা লৈহাও পাম্বী অমগী মখোণ্ডদা ঈশিং চাইবা। হুরানবা অহম্না অয়ুক নোং হেক ঙানবদগী ঈশিং চাত্তবা হৌরমই। ঈশিং বারটিল অমা অনিনা মরাইনা তাওথোকচগনি খল্লম্বা অত্থ করিসু ওইখিদ্রে। কংলবা লৈপাকনা চুপ চুপ চুপশিনখিরমই। মুমিৎ চায়থরক্রবদা মহাক ঈশিং হোনবদা থামনবক্তুনা উরুম অমদা চঙলগা পোৎথাহুনা লৈথোকলে। হুরানবা মহাদা পীরিবা থৌদা অতুম্থু কয়া মুংঙাইবা জাৎনৎলমদে মহাক্না শেল্লিবা যণচু লৈবাক্তুগী মতুংদগী থাইদগী মওং চাদনা শাথিপ্রবা অমা ওইরমই। লমহাংদা শজিক পীজনবগীদমক থৌম্নি মতোন্দু পায়রহুনা থোকলকপা থোক্কাল হেক লাবথোকলকপদা যণ অত্থ এগ্রুং হৌহুনা মমৈ ফিরান শানা থেকত্তুনা পাইব'খৈ চেনখিরমই। ফজরবা কৌনানা লেঙ লেঙ চংলবা

মীগী লৌফমদা হোৎচিনখিহুনা শ্রু শ্রু হেক নৈথায়রুরে। অহুদগী অমুক ফল চোংথোকলক্তুনা মীগী চানা, শগোল হরাই অমম্নং হঙ্গাম থারিবা ইংখোল্দা। চগুহুনা পত্রৎ পত্রৎ থত্তুনা হেক চারুই। অহুদগী অমুক চেম্থোকপ্রগা মীগী কজনা শেমজরবা হৈকোল-লৈকোল মম্লাম অননা শ্রু শ্রু প্রোক প্রোক হেক নৈথেকই। মাহুদগী অমুক চোংথোকখিহুনা পুথ্রি অমদা ফল হেক চোংথে। অগুকপগী যননি। অমুকতবু উখিত্র। ইংখোল মপু, লৌ মপু, হৈকোল-লৈকোল মপুশিংনা য়াম্না শাথিনা চৈ থাংলমই। মুমিৎ তারকপা মতমদা য়াম্না রানা হোৎনহুনা ফারগা ময়ুমদা পুরক-লমই। ছুরানবা নহা অত্থ রাবনা তপ তারমই। ওম্থোকপা মুমিৎ অমা হায়বহু ওইত্রে। মহাকনা যণ চিংহুনা লাকপা উবদা ছুরানবা অহন অত্থ তূম্বদগী হৌগৎতুনা হায়রকই— "ইনাও অম্মুক থেগুনা হল্লক্লিবদি করি তৌরুরে?" নহানা খুমলকই "তাদা ঐনা যণ অসি চিংহুনা অম্মুম চৎখিবদা, চাওরবা শজিক ফরবা লমপাক অমগী ময়ায়দা পুথ্রি অমা লৈ পুথ্রিহুগী মপান্দ হৌবা চাওরবা হৈনৌ পাম্বী অমগী মথাদা ঐগী গমছা অসি শৎ তিংথোকলগা ছিপথবদগী তূমথোকখিহুনা হৌজিক্তা মীকপ থোক-লকপদা যণ অসিসু ইনাক্তা কুন্দুনা শগুপ শায়হুনা লৈরমলে। অহুদগী ঐনা যণ অসি চিংহুনা লাকলিবসিনি। ওম্থোক্লা তেংত্রে মসিগী যণ অসি।"

ছুরানবা অহন— "ও, নগুগী থবকম্মু য়াম্না মুংগাইবা জাৎ-নিনা। ইয়াম্বগী থবকম্মু কয়া মুংগাইত্রে। ঐনা ঈশিং বারটিল

অনিথক হৈবদা লৈহাও পাম্বী অহু পূমতাও তাওথোকলমই। মাহুনা ঐগী থবক লোইরবনিনা হুই খোংহুনা হিপ্লম্বদগী তুম-থোকখিহুনা ইনাওনা লাকপদা হৌগৎলকলিবসিনি।"

মখোয় অনি মাগী মাগী থবক্কী মরমদা য়ারী শান্নবদা ছুরানবা অহন্না ছুরানবা নহাগী য়ারীদা থাজরমই। লৈহাও পাম্বী ঈশিং চাইংবুদি যণ শেনবনা হেন্না ফুংগাইগনি হায়না মহাক্না খল্লমই। ছুরানবা নহাস্নু মাগী যণ শেনববুদি ঈশিং চাইবনা হেন্না ফুংঙাইগনি খল্লমই। মখোয় অনিমক থবক ওন-থোকনসি হায়না লেপনরমই।

ছুরানবা অহন— "ইনাও ইবুংঙো হয়েংদগী ইয়াম্বগী ঈশিং চাইবগী থবকসি নহাক তৌরো অহুগা নহাক্কী যণ অহু ঐ শেল্লুরগে। ইয়াম্বনা হায়রিবসি ইনাওবু ফুংশিহুনা ফুংঙাইহল্লিংহুনা তৌবনি। য়ানিংদবরা? বারটিল অচৌবগা পুরুম্নু।"

ছুরানবা নহা— "য়াম্না য়াজনিংই, তাদনা যণ শেনবিরো। অহুগা ননাও করিগুম্বা অমত্তগা হায়জগে। হয়েং তাদনা চৎপিবা মতমদা আদা ফুংঙাইনা তুম্নবা চারপাই অমত্তং পুবিখো। নত্রবদি লৈপাক্তা হিপ্লদা অয়িং-অশু কাহুনা হকচাং ফুংঙাইবি-য়োই।"

নোংঙাল্লহুনা ছুরানবা অহন্না ফুমিত্তুমা ফুংঙাইনা পোম্বা-রুনবগীদমক চারপাই অমা কোকথোং নাহুমা যণ হোইদোক্লগা থোকখিরমই। ছুরানবা নহানা লৈহাও পাম্বী ঈশিং চাইবা হৌরমই। হায়খিবহুদা থাজহুনা ঈশিং বারটিল অমা-অনি [illegible]-জিল্লগা পূমতাও তাওথোকচগনি খল্লম্বহু থবক্তুদি ওইখিদ্রে। ঈশিং

খাৎচিন্দ চনি চহুম শুরবকাওবদা মকম অদু থ্রক থ্রক কংহুনা অদুম মরৈরে। তুমিংশু ত্তাশিল্লক্রে। মহাক রারহুনা পোৎ-থারমই।

হুরানবা অহনগী শঙ্গোকপা অরাবা দশানি। নহাহুনা হায়খিবা মতুং ইন্না অচৌবা লমপাক্কী মথাইদা লৈরিবা পুক্রি মপানগী হৈনৌ পাখ্বী মখোঙদা চারপাই থমকাত্রিভৈদা যণ অদু মমৈ ফিরান শানা থেক্কংলগা চেনখিহুনা ওরাংগী খোদোক্কগী শরুক অনি হেন্না শাখিনা মীগী লৌ ইঙখোল কয়া'মা নৈথাই-ক্রে। মহাকপু মীনা চৈবিবদা শিপ্রবা মপা-মপু পুন্নমক নহক্কী কোমদা মকোক য়ুংনা য়ুংনা পাইথক্রে। মহাক্কী য়াম্না মওং চাদবা ফিভম অমনা মহাক্কী চারপাই অদু মফম খওদনা থনম-লবদি মীনা হুরানখিগনি হায়দুনা মাগী কোকখোংদগী থখা লৈখিত্রে। চারপাই কোকখোংনহুনা অঙাওবা মওং চাদবা যণ তাম্নবদা মহাক রাবগীম্ভু হায়নিংঙাই লৈত্রে, চাকম্ভু য়াম্না লামলে অমস্তুং শাওনিংবনস্ভু লুত্তোন কাগ্রে। মহাক নোংশাগুম্না কল্লম্রবদি ফত্রবা যণহুগী মথক্তা কল চোংশিল্লগা মকোক্তু প্রোক প্রোক শায়দেক্তুনা হাৎতোকলমগদবনি হায়না থনবা য়াওরকলমই। করিনুংগী থবক ওন্নজরুরবনো হায়নস্ভু থল্লমই। চারপাই কোক-খোং খোংলগা অঙাওবা যণ তাম্নবদা মহাক্কী ফিভম কাম্নবা উবদা অউবা মীশিংনা পুক্রি তিংবমখৈ নোকলমই। মহাকতি য়াম্না রানা হোংনজরিবা ময়ামদনা কুম্মৈ তারবা অদুদা মানা থক্কই "ঐনা লৈবাক্কী অচৌবা মী অমা ওইরম্নবাদ, থরাই

খুবাক্তা হাপ্তনা অমুক য়ানা হোৎনরিবা ঐবু নোক্লরিবা মীশিং-সিগী নোকলিবা মখয়াৎশিংসি খুদোংবী অনিনা কৌশিল্লগা মথক-লোমদা চিংখত্তুনা মপুনশি চুপপা নোকত্থনতা লৈবা মাল্লবা শেগাইরমগদবনি।" সন্ধ্যা য়াচঙবগী মৈ থানগৎনবা মতমদা য়াম্না য়ানা হোৎনহুনা ষণ অহু ফারগা ময়ুমদা হল্লকলমই।

হুয়ানবা অনিমক মপুগী য়ুম য়োৗরকলহুনা মখোয় অনি য়াদি অমত্তা ঙাংনদনা নোকনরমই। ঙুমিদাংগী চাক চাবা লোইরহুনা কমুঙদা হিপ্ল। হিপ্লা হুমিত্তুদা তৌরুবা থবক্তী মরমদা য়ারী শান্নরমই।

হুয়ানবা নহা— "তাদা ঙসিবু কমদৌবিবগে?"

হুয়ানবা অহন— "ইনাও, নহাক্লা ঙরাং তৌরুবদগী ঙসি ঐগীনা খরদি শাকৈ।"

হুয়ানবা নহা— "ইচিল ইনাও ঐখোয়'নিনা হন্দক মরক য়ারিবসি ওস্থোক্লা য়ারেদকো। মীনদি পুকচেল শেংনা থবক ঙু নোমলগা শেল তানবা কৈ মুংঙাই হায়, ঐদি মসি য়াম্না তরে। ঐখোয়গী মহৌশাগী হুয়ানবহুনা হেল্লা মুংঙাইজবো তাদা ইবুংঙো।"

অহন— "উম ঐস্থ মাহুনবু অমুক পামলক্লবনি। অক্লগা ইনাও, মাসিগী খনলিদি ওস্থোকনা মঙং চাখিজে, শাখিগ্রেদা। কনাম্বা ভুট প্রেতনা মাবু ওল্লকপনো?"

নহা— খল্লুদি কবু করিনে, তাদনা ঐবু ঈশিং চাইয়ু শিন্নবা লৈহাও থারিবা মকমদো অহুবু করিনোনে? ঙরাংদগী ঐখোয় অনিনা চাইরিবা ঈশিং'হুনা কদাইদা চৎরবা? মখাদা

পুশিবু লৈরবরা? ঐখোয়না লৈরিবা ইশিংসিগী চাং য়েংলুরবদি পাক-চাওরবা মরুভূমি কাওবা সমুদ্র ওইরগনি।"

অহন— "হোয়নে, ঐদি মসি তৌরগা মথাদা করি লৈবগে হায়না য়াম্না হেক ময়েংনিংঙ্গ্রে।"

নহা— করে, য়ুম্বুশিং তূম্নপ্রগা ওসি অহিং মকম অসি তৌখোকতূনা য়েংলনি।

অহিং নোংয়াই ওইরক্লতূনা মখোয় অনি য়োংপাক অমস্থং গয়স্তি পয়াহ্নুনা লৈহাও পাম্বীগী মখোঙ অকোয়বদা তৌবা হৌরক-লম্বই। করা য়াম্না তৌরবা মতুংদা হয়ানবা নহাগী গয়স্তিনা করিগুম্বা অকনবা পোৎশক অমদা কোক লাওনা থেংনরমই। পুক্নিং লাংতক্লবা অমস্থং খঙনিংবগা লোয়ননা য়েংবদা চাওরবা কোক্ফু অমগী মস্থংদা লংত্রিক লংত্রিক লংলবা য়া খাঙেন ময়াম য়াওবা উরহ্নুনা হয়ানবা অহন্দু তানবা হায়রকই "ওস্থোকপগী লাইবক্নি, অম্মুক য়ানা হোৎনক্লরিবসিদি অরেম্বা তারেদনা। মাসিদি মুংজাও ওইরমলেদনা।" হয়ানবা অহন্দু থজরমদে। "ঐখোয় অনি ওস্থোকনা নামৎশিৎপা থবক তৌরুরেদা" হায়-শিন্নহ্নুনা মখোয় অনিমক তূমকমদা লাকলমই। পুং অমরোম লৈরবা মতুংদা হয়ানবা অহন্না নহাম্বু তূমপ্রে খন্দুনা য়াম্না তপ্পা-নাশোঙ পিকনা হৌগত্তুনা মখোয়না তৌরুবা; মকম তাম্না চৎলগা ওয়াসাই থেংনখিবা পোত্তু খোত্তোক্লুনা য়েংবদা য়া খাঙেন ময়াম থেংনরমই। মনাক অহ্নবাইদা অমমুক তৌহ্নুনা য়েংবদা হাম্নগ-শুম য়া খাঙেন ময়াম য়াওবা কোক্ফু অমস্থু থেংনরমই। কোক্

অনি শুরে। নপাল নাইত্রবা লন্ অদু থেংনবদা মহাক হুংঙাইবগী পান্দম লৈখিদ্রে। মথন্তগী ঙৈনিংলদুনা, মহাক্না লৈহাও ঈশিং চাইবদা ঈশিং শোককম পুন্ত্রি মন্নুংগী মতাই অমদা কোফু অনিমক পুরকুনা মীনা থঙদনবা লৈখোম মন্নুঙদা ফুমজিল্লগা ভুমকমদা লাকুনা হুংঙাইনা ভুমগ্রে। অদুদগী নহাদুনা অমুক তপ্না হৌগন্তুনা ঙসাইগী মানা থেংনখিবা স্না স্নাওবা কোফু লৌনবা চৎলুবদা পোৎ লৌথোকগ্রে হায়বা খঙলমই। হুয়ানবা অহম্না লৌথোকলগা থৈদোকখিবনি হায়বা মহাক্না খঙলমই। অদুবু মকম কদায়দা থম্বগে হায়বদি খঙদ্রে। তম্না হুন্নকুনা য়েংবদা হুয়ানবা অহনগী মখোঙ মথুন্তা লৈখোম লৈনাং অ-ম্মুং কঙ পকপা উরমই। পুন্ত্রি মন্নুঙদা পোৎ লোৎসে খঙলদুনা মহাক পুন্ত্রি তাম্না লাকলমই অদুবু করম্বা মকমদা লোৎলিবগে হায়বদি খঙলমদে। মহাক্না পুন্ত্রিগী মায়কৈ মরিমক কোয়না চৎলকপদা মায়কৈ অদুমদি মহাক্না হেক চৎলুবদা হঙোই মন্নাম ঈশিংদা কল কল চোংথখি। মায়কৈ অমদি হঙোই চোংথরমদে। হঙোই চোংথদবা মায়কৈদা পোৎ লৈরে খঙলদুনা কুমথরগা খিবদা কোফু অনিমক থেংনরদুনা কংকান্দা পুথৎলকলগা মহাকনা শেনবা অঙাওবা মন্দুগী নথক্তা হাপকৎতুনা মযুমলোমদা চৎগ্রে।

হুয়ানবা অহম্না মিৎকপ থোকলকপদা মহাক্না ভুমমিন্নবা নত্তা অদু লৈরমগ্রবদা হুংশাখিবা অমম্মুং লাংতক্নবগা লোয়ননা পুথ্রবা চত্তুনা য়েংলুবদা পোৎশিং অদু লৈরমগ্রে। শঙ্গোন্দ মন য়েংলবদসু লৈরমগ্রে। হুয়ানবা মহানা পোৎশিংদু মণগী মথক্তা

হাপকৎলগা পুন্থনা চেৎপ্রে হান্নবা তশেংনা খণ্ডলে। মহাকনা, মহাস্থ ময়ুমলোমদা চৎলমগবি খণ্ডলহুনা কারগে খল্লমই। মহাক্কা কৈখেন তান্না প্রপ প্রপ লাকলগা স্না মচুগী ফজরবা খোংউপ জোরা অমা লৈরগা পুন্থনা হুরানবা নহানা চৎলিবা লম্বীদা থুনা লাকলমই। নহাস্থ মাণ্ডদা যণ হোইরহুনা তপ্না পোং-চৈ য়াওবহুদা মণ্ডম ইশান শান্দনা চৎপা উরহুনা মহাক উহন্দনা ন্যকোয়ননা মোংশোং শমহুনা খন্না হেনগৎলগা মহাক্কা লৈরকপা স্না মচুগী খোণ্ডউপ নামা নহাহুনা লাকদবা লম্বাদা থাদহুনা থমলে। অহুগা অতোপ্পা নামানা খন্না থাপ্পা উজাও অমগী মখোঞ্জদা থাদহুনা থমলে। মহাক্কা উথক্তা কাখত্তুনা লোত্তুনা লৈরে। হুরানবা নহানা লাকপদা স্না মচুগী ফজপ্রবা অহনবা খোণ্ডউপ নামা তাহুনা লৈবা উরমই অহুবু জোরা কায়বহুদা কান্নদে খল্লহুনা মুন্না য়েংলমগা হেন্দোকহুনা চৎখিরমই। খন্না চৎলকলগা, গুসাইগী খোংউপ জোরাগী নামাস্থ তাব উরহুনা হায়রকই "আঃ ঐসি ওম্বোকনা পণ্ডপ্রেদা, গুসাইনা খোণ্ডউপ নামাস্থ তাপ হেক খুবজিল্লক্রবসি মসিগা জোরা চারেদোসে। অহুবু হৌজিক কনানন্থ খুল্লমখিরোই। মাহুম খুল্লুখিগে।" হায়-হুনা অকোনবা খেংনবা খোণ্ডউপ নাম্মস্থ খুল্লগা গুসাই মানা খেংনরম্বা নাম্মাস্থ খুল্লবগীদমক উপাম্বী অহুদা মনগী খৌরি পুন-শিল্লগা চৎপ্রে। খুদক্তা অহম্না উথক্তগী কুমথরক্লগা থৌরী থোকলগা অতোপ্পা অমদা যণ চিংহুনা নয়ুম মায়কৈ পাংলক্লে। হুরানবা নহামা হল্লকপদা পোংস্থ যণস্থ লৈরমদ্রে। পোং

লৈরমদবগী মরম মহাক ভাব হাইফেৎ তারদুনা মখোঙনা চৎপা-ঙমলিবা মখৈ থুনা চৎখিদুনা হুরানবা অহনগী ময়ুমগী থোঙ্গান ময়াদা লুমদুনা লৈররে ইকুই কুইদনা হুরানবা অহনসু থুংলরে। নহানা থোকলক্তুনা হায়রকই "থোইদোকপা অশোয় অঙাম য়াওদনা য়ৌবিরক্লেদনা তাদা। তাদগী ইমুং চঙলগা স্না ময়াম অসি ঐখোয় অনিদা তত্থায় তত্থায় য়েম্নরুরসি" হুরানবা অহনসু য়ারমই। মখোয় অনিমক ইমুং চঙলগা থোঙগী পৌরোল থা-জিন্দুনা স্না য়েম্নবা হৌরকলমই। স্না খাঙেন অনি পায়খত্তুনা মফম অনি থোকনা মাগী মাগী মমাঙদা থমলমই। মথং মথং লৌখত্তুনা অহানবা কোফুদা য়াওবা স্না খাঙেল পুম্নমক চপ মান্নবা য়েস্থোকপা লোইরে। অনিশুবা কোফুগী মতাং য়ৌ-রকপদা মখোয় অনি মরৈ য়েৎনবা হৌরকলে। য়ান্না য়েৎনরবা মতুংদা অনিশুবা কোফু অদু হুরানবা অহনগী য়ুমদা অহিং'দুমা থমলগা নোংঙাল্লকপদা কায়থোকলুরগা শেল ওইনা য়েম্নবা হায়না য়ানরদুনা হুরানবা নহা ময়ুমদা হনখ্রে।

হুমিদাংদা হুরানবা অহম্না মাগী হুপীদা হায়রমই "হয়েং নোং ঙানবগা ঐগী মরুপ্পা লৈহৌরিবা মাগী শেল শরুক লৌবা লাকলগনি। মহাক্কী কংফম করিস্নু লৈত্রবনি। ঐ মহাক্কী শরুক শুকপী পীনিংদে। মসি ঐখোয়গী ওইরবনি। ঐখোয়না তৌগদবা হায়রবদু খাঙেনফমসিদা কি অমা থারগা মাদুদা ঐনা শিশিমদুনা কি অমনা কুপশিল্লগা লৈরগে। হয়েং নঙনা মহাক লাকপা হেক উবগা নশম ননা ফোয়দুনা ফ্রং ফ্রং চোংদুনা

খঙহৌদনা ঐগী নুপা শিরে হায়হনা পংকপ্ত কপউ। মতম তৌরবদি মহাক্কী শেল শরুক লৌদনা মরাইঅা হঙগনি।" হায়রিবা বাক্য অহুদা মহাক্কী নুপীস্থ য়ারমই।

নোং ঙাহনা হুয়ানবা অহল শিশিংহনা খাঙভেনকমদা ফি অমনা কুপ্তুনা লৈরে। ইকুই কুইদনা হুরানবা নহা লাকপা উরহনা মুপী অহু কপ্পা হৌরকলে। নহা অহুনা নকশিল্লক্লিবমখে নুপী অহু হেম্না হেম্না লাওনা কপথংলক্লে। হুরানবা নহা য়ৌ-রকলহনা হংলমই "ইতৈমা কার তৌরবগে?" নুপীনা খুমলকই "ইবুংঙো ইথঙ খঙহৌদনা নয়াম্বা শিরে। ফিনা কুপ্তুনা লৈরিব-সিনি।" হায়রহনা তেংথাহনা হেম্না হৌনা কপথংলাক্ল। তৌরম্লিবা ওইদবা পরেং অহু মহাক্কী শেল শরুক খুন্দনবগী থোক্লি খঙলম্মী। অহুবু খঙশিন্নদবা শারহনা মখোয় অনি কপমিন্নরে। খরা কপ-মিন্নরগা হুরানবা নহানা হায়রকই "ইতৈমা ঐ ঙস্থোকনা নুং-ঙাইখিদ্রে। ঙরাং নুমিদাংদা চামিন থকমিন্নরমলিবা তাদবু পুন্সিসিদা অমুক হন্না উররোইদে। অহুবু কমদৌনি, ইশ্বর মাগী থৌশিম্ম। হৌজিক্তি থবক লোইশিনবনা ফরে। মোংফম ফাওবা ঐ পুজগে ইতৈমস্থ চংশি হায়ববু নুমিৎ তাশিন্নক্লে নুপীজিনা খুদোং ফয়া চাররোই। ঐ ইথস্তনা হেক্তা পুজগ্রগে।" অসি হায়রহনা চরু থন্না লৈরুরগা থৌরি তারে। শিশিম্নরিবা হুরানবা অহনগী মখোঙ অনিমক চরু থৌরিনা ক্রক ক্রক পুনশিল্লগা শ্রে। শ্রে। চিংহনা পুশ্রে। হুরানবা অহনগী মশা পুম্নমক লমজাঙদা চিংহনা পুরক-পদা পুক্তং ভংলে ঈহং নাইহংশারে। অহুব শিশিমবনি খঙগ্র-ঝদি স্না কোফু ভস্থাই অমা মাঙশগনি থনবদা অহুক শারবা ফাওবা হুমিন্না থাঙহনা লৈগ্রে। পোংলোইফম য়োবা মতমদা ঝেদি পুরকলমদ্রে। মৈ লৌবা চংপা তারমই। মহাক্না চংখ্রিভৈদা হুরানবা অহন চেনখিগনি খঙলমই। চেনখিদনবা শিশিম্নরিবা হুরানবা চরু

থৌরিনা উশা অমা থাক থাক য়াম্থুনা থমলে। নহাক্তুম্ন উরক্লা কাখৎলত্তুনা নাম্থোক্লক্কত্রা নাম্থোকলরোইদ্র হায়না য়েংলমই।

অম্বুম্না তৌরিঙৈ তাঙ্গা অসিদা হুরানবা কাংবু অমা লম্বী অশোমদা লাকলমই। মখোয়গী মরক্তগী অমনা য়াম্মুনা লৈরিবা অত্থু উরত্তুনা অশিবা মী অমা লৈরে হায়না লাওরকলমই। হুরানবা কাংবুগী লুচিংবনা হায়রকই “অখণ্ড অহে ব্রাহ্মন পণ্ডিতশিংনা থবক চৎথোক্লকপদা মী অশিবা উরবদি মঙ্গল ওই হায়নৈ ঙসি ঐখোয়না হুরানবা চৎলিবা অসি শোয়দনা মঙ্গল ওইরগনি। হেৎরেল ঐখোয়না হল্লকপদা য়ুম চঙনদ্রিঙৈদা অশিবা মী অসি পোংলোক্তরমসি। ময়াম করি হায়বগে?” ময়াম পুম্নমক য়াম্নরক্তুনা মকম অত্থু থাদোক্তুনা থংনবা খুল অমদা হুরানবা চৎখিরমই। হুরানবশিং অত্তুনা ইনাক খুনবা জামিন্দার অমগী ময়ুমদা চঙত্তুনা য়াম্নবা স্না, লুপা, লৈতেং অমস্তুং কোল-লিক কোকথোং কোকপোং পুরক্তুনা লাকলমই। মখোয় অশুক্কী মতিক মায় পাকলকপ্রে মাথুদি উচি অমা ফাওবা হুরানবা চঙলে হায়বা খঙহৌদে। মখোয় মী অশিবা লৈহৌবা মফমদা লাকলে। মখোয়না হল্লকপা ফাওবা অশিবা মী অত্থু য়ান্দুনা লৈরমলি। অত্থু য়ৌরকাওবদা হুরানবা অহন স্না পীনিংদবদগী অয়ো ফাওবা হায়দনা অরাবা থাঙত্তুনা লৈরমই। হুরানবা ময়াম্না শীং শেঙ্বা লোইরত্তুনা য়াল্লবা অশিবা হকচাং অত্থু লৌথরগা শীং মথক্তা থাঙ্গৎলগা মৈ চুরম্মী। হুরানবা অহন ফনা থাঙলম্মী অক্ত্বু অকনবা মৈশা ফংলবদা শিশিম্নবা য়ারকত্রত্তুনা য়াম্না শাথিগ্রবা খোল্লাও অমা লাওরম্লগা মমিৎ-মনা লাওথোকত্তুনা থাথা লাওরবা ঙাংশং ঙাংবা মরৈ অত্থু শাংনা তিংথোক্লগা মথুৎ-মশা ফম্দোক্তুনা মৈথু মরক্তগী ফল চোংথোক্লক্লগা ময়াম মরক্তা পুপ লাওনা তারমই। অত্থুদগী অমুক ফুক হৌগৎলগা হায়রিবা বিকার অত্থুদা ফল ফল চোংত্থুনা আ-আ-আ লাওত্থুনা লৈরমই। তাঙ্গা অত্থুমক্তদা হুরানবা নহা অত্থুম্থু

উথক্কী মশম মমা টকা কারহুনা মখিং মনা লাওথোক্লুরা মরৈ ভিংথোক্লুরা আ-আ-আ হায়না কয়া লাওরহুনা কল চোংথরক-লমই। মথোয় অনিনা লাওবদা মনাক অহুরাহনা লৈরম্বা উচেক হায়া পুরমক কিহুনা য়াকনা য়াকনা থোঙহনা মকম অহু মাতা অমা ভুইনা অকিবা'গা পোকলমই। পোৎলোইরমলিবা হুরানবা ময়াম অহু হিয়াং অথোবা ওল্লে ভয়লাই লাক্লে হায়না খাই পাথৎখিহুনা কিবনা লায়াই শাংখিহুনা মশম চপ চপ য়ুংলহুনা মথরাই হিংবয়া মকম মরাং অমত্তা থঙদনা থোকউ থোকউবা মায়কৈনা চেঞখিরমই। মথোয়না হুরানকপা মমল য়ায়বা লন-থুম পুম্নমক হুন্দোকলমলে।

হুরানবা অহুন অমস্থং হুরানবা নহা মথোয় অনিমক ইশিং শিনা লোক্লখিরমই। মথোয় অনি অমনা অমগী মরাল ওয়া-রমই। কংলক্লিবা লন-থুম পুম্নমক মথোয় অনিনা তথায় তথায় চপ চপ মায়না য়েন্নহনা লৌনখি।

লোইরে।